পুথোরক্লে। হন্দক্লা মদু মীৎতাংবনা য়ৈদুনা য়েংঙি। তেন- তেন। মখোল চুন্লে. তিংবা লোইরবনি। নাপগুবা পূং অমা লৌবা ইমুংদা অমুক চগুলম্মী। মহাক কাচিন্দগী অমা খল্লগা পুথোবক্লম্মী। মীৎতাংবনা য়ৈদুনা য়েংখি। ভুব- ভুব। মদু কান্নদে হায়দুনা অমা শিল্লনবা মাবু থাজিল্লম্মী। নাপগুবা শাউনীংলক্লে। হন্দক্তি মহাক পুং অনী পুরগা থোরক্লে। অমনা মগুক্তা য়াল্লকখি। মদু মহাক্লা য়ৈদুনা মখোল চুন্নব্রা য়েংলম্মী। অতোপ্পদুনা খোঙতেকপনা য়েংলম্মী। নাপগুবগী পূংখোল কনখৎলকখি। তা- তা, তেন- তেন, ধিন- ধিন। বাগ অমা লাকপদগী মখোয় অহুম্মক কন্না কন্না শুমাঙদা চোলোম তৌদুনা থীনগৎলকখি। হা! খর তেন- তা, ধিন- তেন তা- ধিন। থ্রক থ্রক নিল্লে। লৈকাইগী মীশিংনা থন্নখি, মখোয়গী সেবকশিংসি থব্রায় ওম্বোক্লা য়াওখ্রেদা, অহীং নোংয়াইসিদসু পূং ঔরাইরিনে। য়ুম্ন পূংতিংবা লীচৈ পায়দুনা থোরক্লে। মহাক থীল্লিবা মরিদু হূরানবনি হায়না খনখিদ্রে, মহাকপু উশিত্তদুনা লক্করিবনি লৌরম্মী। লোন্না লাক্লগা অহুম্মক্কী য়াঙলেন্দা লীচৈনা শাম্বখ্রে। মখোয় অহুম পূং হন্দোক্লন্নগা মায়কৈ শলাই খগুদনা অমম্বদুদা চেল্লম্মী। অদুবু য়ুম্নুনা তান্দি তাল্লকখিদ্রে। নাপগুবা ষষ্ঠী কোমদা তাশিল্লে। খোঙতেকপনা চোংথরগা লোৎখিবা মফমদু চগুম- কোম ওইরল্লে। মীৎতাংবদি অমাংকোমদা পুৎথবদগী মখোঙ অনীমক শৎকৎপা ঙমদনা ফনা কুইনা নৈনরম্মী। মখোয় অহুম চৈনা অমদি অকিবা কোক্লবা মতমদা লমলোং মরি ফাংবা তম্না লাক্লম্মী।

মখোয় অহুম্নু খদ্রক্লা ঙাইরমখি। মফম অদুদা মখোয় ফম্বা ঙমদ্রে, লোইরে লোইরে, নমথীবনা স্বর হোন্নদ্রে। খুদক্তা তুরেল তম্না চত্তুনা মখোয় অহুম্নু মতম চগুনা ঈরুজহনখি। মদু ফাওবদা মখোয়দগী মনম কোক্তনা লৈরি। খদ্রক মতাও অহুমগী অপগুবা ঘৌওংদা য়াম্না শাউনীংলম্মী। মখোয়বু খুল্লাকপগী ইংখোল ইরক্তা থাদোক্তুনা থম্বা ইরোই হূরাল্লুনবা থাজিল্লম্মী। শোরোৎ- শোরোৎ হায়বা খোঞ্জেল অমা তাখিবা মপা অদোমদা মখোয় অহুম শাও- শাও হায়দুনা ইরক্তা তপ্না তপ্না অমম্বদুদা চগুশিল্লম্মী। কাক!- কাক! কাক! মখোয় অহুম্মক্কী খুবাইদা য়ৈরকপনি। অকনবা চৈফুনি। 'ইরোই মচী ফৈ! ইরোই মচী ফৈ!' হায়না মখোয় চৈনা খাঙবদা চোং- চোংদুনা চেম্বোরক্লম্মী। খদ্রক মওংদু য়েংলম্মী। ইরোই ওইরল্লোই খনখিবদু চুন্নল্লে। থাঙ পায়বা নুপা অমা থোক্লকপা উরে।

কাতনবনা হংলম্মী, "কনানো নঙবু? ইরোই হূরানবা নত্রা?"

"নখোয়সু ইরোই হূরানবা লাকপনি, ঐ খগুঙি।" নুপাদুনা খুন্নকখি, "ঐখোয় হায়দোক্লদবা ফরবনি।"

নুপাদুনা মখোয় অহুমগী খুবাইদা থাঙতেক্লা থারকখিবনি খগুলবসু শাউরুবা য়াদ্রে। মখোয় মরূপ শান্নবে।

খদ্রক নীংবা কায়রে। মহাক ব্রাখল তৌরম্মী। মখোয় অহুমদু মঙোন্দা অমুক হন্না কান্নররোই খল্লম্মী, অহোইনদুম মঙোন্দা পোৎলূম ওইগদৌরি হায়না কিরক্নে। মখোয় অহুম্মু ফত্তবা থবক তৌবা, মরাল লৈবা মী তাহল্লগা মীনাই ওইনা য়োম্থোক্লন্নগে খল্লক্নে।

"ইতাওখোয়, লাও ব্রাফম অমা খন্নসি।" খদ্রক্না মরূপ অহুম্মু কৌরগা হায়রম্মী, "হৌজিক ঐখোয় চাক লাম্বা কোক্লবা উপায় অমা য়েংসি।"

"কবন্না?" অহুম্মক্না হংলকখি।

"ঐখোয় অৱাংবা উথক্তা শগাই তোংবী শান্নসি। উশাদা য়াল্লগা খুবাক খুগদবনি। চাক লাম্বা কোক্লবা অদুদগী হেন্না ফবা উপায় অমা লৈত্রবনি।

"মওংদু তাকউ।" চানীং থক্লীংবনা খাঙবদা ব্রারবা খোঙতেকপনা হায়রকখি।

"উশাদা য়াল্লবা তুংদা ঐনা 'য়া- য়া, য়া- য়া- য়া' হায়না লাউরকপগা ঐখোয় চপ মান্ননা খুবাক খুগদবনি।"

খদ্রক্না তুং থংলগা খ্বাইগী মাঙদা মীৎতাংবা লৈরগা মখোয় মরি মথং মথং অচৌবা চোরফোন পাম্নী অমদা কাখৎলম্মী। মশা য়াম্না লোঙবা মপা অমা য়ৌরকপগা মখোয় চেৎনা চেৎনা পায়দুনা য়াল্লরম্মী। মখোয় ফনা য়াম্না ব্রাংনা কাখৎনখ্রবনি।

খদ্রক্না হংলকখি, "নখোয় চেৎনা য়াল্লব্রা?"

"য়াল্লে, য়াল্লে।" ময়াম্না খুল্লম্মী।

"শান্নবা হৌনবা থৌরাং তৌরো। ঐ লাউরগেকো।"

"হোয়, হোয়।"

"হো ... য়ায়া ...।!" অহুম্মক খুবাক খুরম্মী।

ধব! ধব! ধব! অমুনবা উহৈ কেনবগুমখ্রে।

মরাইবক থীরবা অহুমদু শাফু কন্না লৈমায়দা য়ৈশিল্লবদা ব্রাম্থনখ্রে। উশাদা চেৎনা পায়রগা য়াল্লিবা খদ্রক্কী খূৎতা উচেক মরূম খিরকপা লিঙ্গাউ অমনা চিকপদগী মহাকসু কন্না অমুক্তং লাউরল্লগা লৈমায়দা শাফু কন্না য়েহৎখ্রে। মহাক শিরে।

নোংঙাল্লকপদা নুপা অহুম জ্ঞান খর- খর তারক্লবসু লেঙবদি ঙমনদ্রি। মখোয় চৈনা খাঙবদা নাহেরম্মী।

অয়ুক্তা ইংখোল মপু লাক্নে। অশিবা নুপা অমগী মনাক্তা নুপা অহুম্না তৌরল্লিবা মতৌ অদু উবদা মহাক য়াম্না ঙক্লম্মী। মখোয় অহুমগী ব্রারীদগী মহাক্কী ইংখোল মনুংদা মখোয় শিজনবা হোৎনরম্বনি হায়না খনখ্রে। নুপাদু য়াম্না শাউরম্মী, অদুগী মথক্তা মহাক য়াম্নসু মীনুংসি হৈতবা মীনি। মহাক্না মখোয়বু মীনাই ওইনবা ময়ূমদা পুরক্লম্মী।

হৌজিক মীনাই অহুম ব্রাবগী পন্দোন লোম্লে। নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা

## পূং হূরানবা

মখোয়বু থবক শুহল্লি। চাক্তি চখোম অহুমদগী হেন্না খক পীজরমদে। মখোয় মতম চুপ্পা কপ্তুনা লেনখি।

নোংমদি যুম্বুশিংদু অয়ুক ঙন্তা চাক চারগা লোন্নবা খুল অমদা কুম্মৈ য়েংবা চৎনবা থৌরাং তৌনরম্মী। মখোয়না ঙাঙনবদু মীৎতাংবা তারম্মী। মমানা মচা লৈশাবীদা হায়খি, "চাকখুম শগাইদা নূং তেঙ্গোত্তু থাঙ্গৎলম্মু। মোবোক মেৎপা খবা য়াওরিবদু হোরেন নুমিদাং চারসি।"

মীনাই অহুমদা চেকশিন্না যূম ঙাক- শেন্নবা হাযরল্লগা যুম্বুশিংদু চৎখ্রে। খোঙতেকপগা নাপঙবগা পোৎথাবা ফংলগনি খন্দুনা মাঙ্গোন্দা ফল্লম্মী। মীৎতাংবদি ইমুংদগী মপান্দা খক থোক্লকখিদে। মহাক্না শগাইদগী করিগুম্বা পোৎ অমা লাম্বদু খোঙতেকপনা মপান্দগী উরম্মী। খোঙতেকপনা চোং- চোংদুনা ইমুংদা চেনশিল্লকপদা নাপঙবসু ইন্নরক্লে। মীৎতাংবনা য়াম্না ৱানা থিজবগা লৌথবকপা নূং তেঙ্গোত্তু খোঙতেকপনা মুন্নবা হোৎনরম্মী। নাপঙবসু মখোয় অনীদগী মুন্নবা কন্না চিংবা হৌবকখি। নুপা অহুম লৈজবী পাঙ্গল ফুদোক্তুনা মুন্নে। 'ঐনা হান্না ফংজবা পোৎনি' হায়না কন্না লাউরগা, শাউবনা



*নাপঙবসু মখোয় অনীদগী মুন্নবা কন্না চিংবা হৌরকখি।*

মৈ হৌরবা মীৎতাংবনা অমুক্তং খৎচিং চিংবদা নুপা অনীগী খূৎ নাম্থোকখ্রে। মহাক নূং

# পূং হূরানবা

তোঙ্গোত্তু হাইগত্তুনা নাপঙবগী চুবাদা থোম্লম্মী। নাবনা উংথ্রবা নাপঙবগী ফুল্লম্বা মানা অনীমক হোত্রোং হোম্রে। তাইবং খোঞ্জেল পূম্নমক তারে। মহাক চৈনা খাংবদা উরূ উরূ ঊংলি। মহাক্না মীৎতাংবগী খূৎতগী তেঙ্গোৎ তাপ লাক্তুনা খোঙতেকপগী খুকউদা শাফু কন্না য়ৈরম্মী। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা তুশিনবদগী খুকউদা শোক্তুনা কোনশিনখ্রবা মখোঙদু শিৎ তিংথোকখ্রে। লৈমায়দা ফজনা নেৎপা ঙল্লে। অদুবু চৈনা খাঙবদা ইঙাও ঙাওনা মহাক নূং তেঙ্গোৎ পাক লাক্তুনা মীৎতাঙবগী মমায়দা থোম্লবা লংলকখি। তেঙ্গোৎ ময়ায়দা চপ চানা অনী থোক্লা কায়খ্রে। পোকপদগী মমীৎ অনীমক্কী মথক- মখা মীৎপান ফাজিল্লিবা ঊনশাবু থৌববা তেঙ্গোৎকী মচিনা শাংনা শাংনা য়াৎখাইখ্রে। অঙকপনি, 'অয়ো ইমা!' হায়না লাউখিবা নুপাদু মমীৎ অনীমক লাওনা পাঙথোকখ্রে। মহাক হৌজিক সংসার অপূম্বা উবে।

মখোয অহুমগী খঙহৌদনা ওইরকখ্রিবা ফিভম অসি অমনা অমদা য়েংনরগা কোন্নদুনা কপ্লম্মী। মোবোক মেৎপা মবীক অমা পক্ত্রবা, লৈমায়দা তারিবা তেঙ্গোৎ মচেৎ অনীদা মখোয য়েংলম্মী, ঈশ্বরনা মখোয়গী অৱাবা কোকপীনবা থারকখ্রবনি হায়না খন্নখি।

নুমিদাংৱাইবমদা যুম্নুশিং হল্লক্লে। মীনাই অহুমগী অওনবা মতৌদু উবদা মখোয় পূমঙক ঙক্লখি।

নোংঙানবদা যূম্নুনা মখোয় অহুম্নু মীনাই কোকপীরম্মী। মখোয় নীংতম্লবা মী ওইনা মযূম- মযূমদা য়াম্না হবাওনা হল্লক্লম্মী।

***

নিবগা লেনগে খল্লবা
হূবাল্লগা হিংগে হোৎনরবা
পাঙ্গল- থৌনা শিজিন্নদ্রবা
ওইরবনি মীশক্তু অশিবা।

## মচিন মনাও অহুম

মালেমদা লৈবা জীব পূম্নমক্তগী তাইবং মীওইবনা বুদ্ধি- লৌশিং থোইবদগী মশীং অসুম অসুম য়ামখৎলক্তুনা মাগী মাগী তোঙান-তোঙানবা ফুকপ কাঙলূপ শেমগৎনরকখি। লৈবদা নুংঙাইগদবা, হিংবদা ৱারোইদবা মফম থি থিদুনা মখোয় খুন্দাবন্মী। শাগৈ কাঙলূপ অমগী মচিন মনাওশিং লম মুন্নরকপদগী লাল থোক্লরে। ময়ামদুগী মরক্তগী শান্তিদা হিংবা পামজবা নুপা অমদি মাগী নুপী অমসুং মচা পাখং অহুম পুরগা কনাগসু খৎনদনা য়াম্না



মরম অদুনা মপানা খুদক্তা মৈবা চিংপগা মৈ থৌগৎপন্মী।

## মচিন মনাও অহুম

ঈংনা খুন্দা-লৈতাবা য়াবা অফবা মফম থিবা লাকখি। মখোয় নোংপোক মায়কৈরোমদগী নোংচুপ্পোমদা অসুম লাক্লম্মী। মৈতাল মথক্তা নেৎপগা মান্নবা শারবা লৈমায়দা কুইমন্না চৎলকপা অমদি মৈ পুবা নুংশিৎনা তত্তনা য়ৈরকপদগী মখোয় য়াম্লা ৱারম্মী। অঙৎবা মফম থিবদা উমং- ৱামং ফাওদুনা চৎলম্মী। মমৈথংদা চীংশাং পরেং পরেং মরোল মরোল লৈবা লমদম অমা থেংনখি। মদু লাম্থোক্লবা মখোয় শেম- শারম্মী।

খুন্দাফম থিবশিংদু চীংদোন অমা য়ৌরক্লে। মফম অদু য়াম্না ঈংলম্মী, অকা- অকূমদা খরা ৱাজরবসু নুংশাগী অকিবদি লৈত্রে। মখোয় য়াম্না ৱাংবা চীংদোন অমা য়ৌরকপদা পোৎথারম্মী। মফম অদুদগী নোংচুপলোমদা য়েংখিবদা ইরাপ লাপ্তুনা মায়কৈ মরিমক্তা চীংলোন ময়াম্না কোয়শিনবা তম্পাক্কী লম অমা উরে। মদু তম্না চৎত্রিঙৈদা মখোয় চাক চাথোকখিসি খন্নখি। মরম অদুনা মপানা খুদক্তা মৈবা চিংলগা মৈ হৌগৎলম্মী। মমানা নূংজাউ ঈফুত্তগী ঈশিং য়াদুনা চাক থোঙ্গৎলম্মী। য়েঞ্ছাংদি মফম অদুদা চোংলম্বা চেংগুম থোংখি। লমহা চম্ফুৎ ফুৎলি। অদুগা, লোক্কী ঙমহাই মানবী উনা শিংজু শুরম্মী। লমশাং লাকপদা চোকথমনবদগী ঙাইহাক পোৎথারুবা মচা অহুম্বু মমানা চাক থোংবা লোইবগা হৌদোক্লম্মী। চফুদগী থিদোবকপা মনিল কাবিবা চাক্তা অঙৎবা নুংশিৎনা য়ৈবদা মশা তাশিন্না উয- উয মহাও কারে। মখোয় নুমিৎ অদুগী চাক য়েঞ্ছাং অদুগুম্না হাউবা পুন্সিদা অমুক্তসু চাখিদ্রি হায়নখি। পুক থন্না চারগা য়াম্না নুংঙাইনা, সংসাব অপূম্বা কাউথোক্লুনা মখোয় পোৎথারম্মী। অদুগী তুংদা মখোয় চয়োম পুদুনা তম্পাক তন্নকখি।

মখোয় চীংশাং অমগী চীংয়াংদা লোইবোই- লোইরোই অসুম কূমথরকখি। তম্পাক তাবমদাইদা লোক অমনা থৎলম্লে। শা- যণগী মথি- ময়ুং, অপুম- অশানা লোক অদু পিক থল্লম্মী, য়াম্নসু শাংলম্মী। মদুবু কোইথোক্লুনা চৎলবদি মতম য়াম্না চঙবা তারম্মী। লোক লান্না চোংবা নত্রগা উ ফৈরগা থোং শাদুনা লাম্থোকপা তারে। মখোয় থোং শানবা উ যানগে হায়না থিবদা ফংখিদে, চাউমনবা নত্রগা পিকমনবা ঙাক্তা ওইরে। লোক ৱাংমদদি অনী- অহুম হৌবা উরম্মী। ময়াম্বা অহল উদু য়াল্লগা থোং শাদুনা মমা- মপা অমসুং মনাও অনীবু লাম্থোকহল্লগে থল্লম্মী। মহাক লৈজবা পাঙ্গল ফুদোক্লুনা চোংবদা লোক লাম্থোক্লে। য়াইমবসু ময়াম্বগুম কন্না চোংলম্মী। মহাক মখোঙ অনী ৱাংমগী লৈরায়দা নেৎলবসু তুংলোমদা তুরক্লুনা মখূৎ য়েৎতু নমথীবা পোৎতা নমখি। অতোম্বসু খাম্বা য়াদনা ময়াম্বা অনীগী মতৌদা চোংলম্মী। ওম্থোকপনি, মহাক লাম্থোকপা ঙমদনা অপুম- অশা মরক্তা তাশিল্লে। মচাশিংনা য়ানবা উনা থোং শারগা মমা- মপা লোক লাম্থোক্লবদা মখোয় লেপ্তুনা চৎপা হৌরম্মী।

নুমিদাংৱাইরমগী মতমদা মখোয় মঙা তম্পাক লমদম য়ৌরকখি। মখোয় অরাম্বা

## মচিন মনাও অহুম



*য়াইমবসু ময়াম্বগুম কল্লা চোংশম্মী।*

কোক্লবা চয়োম চারসি হায়নরে। মনাও অতোম্বা নমথীবা মনম কোক্লবা তুরেল কৃমদুনা শেংনা ঈকজথোকখি, য়াইমবা মখূৎ শেংনা হামদোক্লম্মী। অদুবু, অহলদুদি মখূৎ- মশা করিমত্তা হামখিদে। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা চাক চারমদাইদা ঈরুজবা, মখূৎ হাম্বা অমদি হামদবগী হৈনবীসি মখোয় পাখং অহুমদা লৈখ্রে।

অফবা খুন্দাফম থিরকপা ইমুংদু তুবেল মপালগী লৈহাও চেনবা মফম অমা খন্দুনা ময়ূম শাবম্মী। মখোয় মফম অদুদা য়ৈখাই- থিনগাই লৈতনা নুংঙাইনা পাল্লে। মমা- মপা অনী মচা অহুম্বু ময়ূম মকৈ পালহন্নবা ব্রা তানবা হৌবক্লে।

মপানা নোংমা হায়রকখি, "ইচাশা, হৌজিক খুনশেম লৈশেম্নবা, খুঞ্জাউ-লৈজাউনবা নখোয় অহুমমক নুপী থিরসি। নখোয় তোঙান-তোঙানবা মায়কৈদা চৎনরো। পুক্লীংনা খোয়দাবা নুপী খল্লগা পুরকউ। নুপীগী লমদা লৈথোকখিবা য়ারোই, ইপা- ইপুশিংনা চৎনরক্তে। নখোয় য়াম্না থুনা মফম অসিদা হল্লক্কদবনি।"

মচা অহুম্মক্লা খুন্নকখি, "ঐখোয় ইমা- ইপাগী য়াথং ঙাকচগনি।"

মথংগী নুমিৎতা পাখং অহুমদু মখোয়না অমুক্তসু চৎলু উরুদ্রিবা লমদম য়েংলগা খোঙশান্নখ্রে। মচা অহল মখা মায়কৈ পাংখি, য়াইমবনা অরাং, অদুগা অতোম্বনা নোংচুপ। মখোয় নোংপোক্লোমদগী লাকখিবনিনা মায়কৈ অদুগী মীওইশিংগী লোনচৎ শাজৎ

খঙগ্নবনি। মখোয় অনৌবা কাঙলূপকী মীওইশিংগা মরী থম্নবা পাম্লম্মী।

চহী অমগী তুংদা মচা অহুম্মক মাগী মাগী নুপী পুদুনা মমা- মপাগী নাক্তা লাক্লম্মী। মমা- মপাদু মচা- মমৌশিং উবদা ঙমখৈ লৈতনা হরাওজখি।

হৌজিক্তি মমা মপা অহল ওইরক্লে। মশু ময়াম অমা মথং মথং পোক্লকপনা অচৌবা ইমুং অদু মতম কুইনা পূন্না লৈমিন্নবা য়ারক্লরোই হায়বা খঙলম্মী। মচা নুপা অহুমদা মখোয়না নৌনা ফংজখিবা, মপুসু ওইরবা লম অদু য়েনস্থোকপীবা পাম্লম্মী। তম্পাক্কী লম্মা শরুক অমা, লমখৈ চাউবা মায়কৈ মরিগী চীংনা শরুক অনী য়াৎথোক্লগা য়েনবীরসি হায়না তানরে। ময়াম্বা অনীনা নুংশিরবা মনাও অতোম্ববু মানা পাম্বা অমা হান্না খন্নবা হায়রম্মী। ব্রাফমদু অতোম্বনা য়াখিদে, অহলনা হান্না খনফম থোকই হায়খি। মখোয় মাগী মাগী নুপীগা অসুম নৈনদুনা লৈবে। মমৈথংদা মমানা বিচার তৌবগা যেস্থোকপদা তারে।

মমানা হায়রম্মী, "ননাও অতোম্বসি মপাঙ্গল খরা ব্রাৎচৈ। মা য়াম্না তোয়না ঈরুজবগী হৈনবীসু লৈ। মরম অদুনা চৎথোক- চৎশিন্দা ব্রাদবা, ঈশিং মরাং কায়না লৈবা তম্পাক্কী লমদমসিদা লৈজরসনু। পাঙ্গল চাউবা নয়াম্বা নখোয় অনীনা চীংগী শরুক লৌবো।"

মচা অহল অমসুং য়াইমবা হরাওনা খুম্লকখি, "মদু ফরবনি। ঐখোয় ইমাগী য়াথং ঙাক্না চীংদা লৈজকরগে। চীংদোন্দা ইমানা থোংলগা পীজখিবা চাক য়েঙ্খাংগী মহাওদু ঐখোয় খক কাউদে। মফম অদুদা চাক চাবদি হাওই, তৃম্বসু নুংঙাইবনি।"

অসুম্না অহাউবা চাফম খনখিবা মচা অনীদুবু নুমিৎ অদুদগী হৌনা 'হাউ', তুংদনা 'হাও' হাযরগা খঙনখি। তম্পাক্তা লৈহৌবা ময়াম্বা অনীগী নুংশিজরবা মনাও অতোম্বা, মমা- মপানা কেথোকহনবদগী থবক্তা নাম্থোক্লবা, তেরবা মীদুগী চারোন শুরোনশিংবুনা 'মীতে' অদুদগী 'মীতৈ' হায়না কৌনখি।

চীংদা পানখিবা ময়াম্বা অহল, চাক চারমদাইদা খূৎ হামগন্দবগী চারোল শুরোলবু কাইনথংদা খোংজাই হায়রগা খঙনরম্মী। অদুগা, খূৎ- শা হামদুনা তংখাই ঈরুজবগী হৈনবী লৈখিবা য়াইমবগী চাদা- নাউদাবু নাগা হায়রগা খঙনখি।

***

তমগী ইনাও নুংশিবা
পাঙ্গনবা চীংগী ইয়াম্বা,
খুরুমসি লাও পলেম- পস্থৌবু
শিন্নরম্বনি ঐখেয়দা লৈবাকসিবু।

## লম্লৈবী উরেম্বী

মীগা লাইগা শম্নরিঙৈ মতমদা অমনবা চীংলৌ অমগী মনাক নক্লা নারক মোংশোং অমদা উরেম্বীগী ইমুং অমা মহুম শাদুনা লৈরম্মী। মখোয়গী মরক্তা শংবান্নবা মচুগী অঙাং অমা য়াওরম্মী। মহৌশানা উরেম্বীশিংদি ঙাংলৈনবনি। ময়ামদগী খরা তোপ্পীদুগী মমিং শংবান্নবী থোল্লম্মী। মখোয়না চীংলৌ- পামলৌ নক্লা লৈরুবগী মরমদি লৌবোক মতমদা



*ময়ামদগী খরা তোপ্পীদুগী মমিং শংবান্নবী থোল্লম্মী।*

# লল্লেবী উরেম্বী

কেলহৌবা, তাহৌবা ফৌ, চইন, মুম, চুজাক, চনান অমসুং হৱাই মরূশিং ৱাদনা ফংবগা লোয়ননা মখোয়গী য়াম্লসু পামজবা চীঞ্জাক্লি।

অৱাবা থৌদোক অমদা শংবান্নবীগী মমা- মপা, মচিন- মনাও পুম্নমক তাইবং মীগী লাংদা থুখ্রে। মতমদুদা মা পুংকক চাউরকপতা মঙাইহিরি।লাইবক থীবীসি কনাগীসু মতেং য়াওদনা নাইতোম হিংনবা হোৎনজরকখি। মথন্তা মহুম শাজৈ, মথন্তা মচিঞ্জাক থিজৈ। অকনবা নোংলৈ- নুংশিৎ লাকপদা, অকিবা লম্মৈ চাক্লকপদা মীপাইবনা কপচখি।

হৌজিক শংবান্নবী চাউরক্লে, কাংথোং ফারে, ময়ুম পানবগী মতম ওইরক্লে। শকহেনবী, শানানবী, মরম ওকপী মাবু কোয়বা থেম্বা পাখং য়াম্না লাক্লম্মী। ময়ামদুদগী লৈথোক্লবা মা কন্না হোৎনরম্মী। মা ময়ুম পান্নীংলমদে, নাইতোম পুক্সি লেনগে খল্লম্মী। মরমদি, উরেম্বীশিংগী লমকেৎ- লমহাইবা তুকচচবা শাজৎপু মা খক পান্নমদে, শুকয়ামক যাজনীংখিদে। অতোপ্পা উচেকশিংনা মখোয়বু ওক্তবীনি হায়না ইজ্জৎ তৌবীদবদা মহাক খাংঙমদনা ৱাবম্মী। শেংনা হায়রবদা উরেম্বী অমোমশিং অসি লমহেনবী ঙাক্তনি। মখোয় ন্যংঙাইবা পাম্মী, মীনুংসি চেন্দে। মরূম কোকপা লোইবগা য়ুম্বানমিন্নরক্লবা মৱাবু হুন্দোক্লমগনি। মরূম কোনবগী অমসুং মচা য়োকপগী থবক মৱাদা ইনশিল্লম্লগা মাদি কোয়না চত্তুনা অপাম্বা মৱা অমা থিকগনি। মচাশিংদু চাউরক্তুনা মপাগী তুংইন্দুনা চাক্তাবা তৈরম্লগনি হায়বা মতমদুদা মা অনৌবা মৱাদু পুরগা লাক্কনি। অহানবা অমদি অকোনবা মবা অনীদু পাঙ্গল থৌনা চাংয়েংনহনগনি। কাউনহনগনি, লাক্লহনগনি। মদুদা মাযথীরবা মবাদু মপুন্সি চুপ্পগী ওইনা তাম্থোকখিগনি। অসিগুম্বা লোনচৎসি শংবান্নবীনা পামজদে, তশেংনা তুকচচখি। উশাদা তোংদুনা উহৈ- ৱাহৈ চাবগী হৈনবী লৈতবা শাগৈ জাৎতা পোক্লকপী শংবান্নবী মালেম লৈমাযবু খূজিন- খূযানা হোত্তুনা মচিঞ্জাক থিজৈ, মবল তাঞ্জখি। মা পোৎথাদুনা খক লৈথোক্লমদে, অয়ুক-নুংথিল নোম্বা লেপ্পমদে। শূবা- চৎপা কঞ্জবদগী মা ইনাক খুল্লে।

চহী অনী থংননা কুম কাংবদগী উহৈ- ৱাহৈ পানখিদে, মহৈ- মরোং লোক্লখিদে। মালেমগী জীব পুম্নমক ৱাবনা কোক্তা খূৎ হাপ্লখি। ঈশিংগী জীবশিং নত্তনা অতৈদি চাদবনা তোরা তুনা শিনখি। তাইবং মী, শা- ষন, উচেক- ৱায়া পুম্নমক চীঞ্জাক থিবা কোয়চেন চেন্নবম্মী। মতম অসিদা তম্পাক ওংবী, কেব- নানবদা, মশক ফজবদা নাপল তৌজবী খ্বায়না তুনানবী হায়না কৌনবী উবেন কোম্থৌগী ইমুংসু চরা হেল্লকপা কুইরে। মচাশিংনা অরাম- খৌরাংবা খাঙবদা ফ্রুং- ফ্রুং চোংবদু মমা ওইবীনা করম্না য়েংগনি, ঙল্লমফম থোক্তে। খূজিন- খূয়া মোত্তবী, উরূমগী হৱাই- মতোনগুম্বীদু খ্বাংশেৎ লাকশিন্দুনা চেঙ, হৱাই মরূ খজিক্তং ওইরবসু পূফম থিবা চেল্লক্লম্মী। ময়াম্না হায়নরকপদগী মা শংবান্নবীগী লৈফম

## লল্লেবী উরেম্বী

অৱাংবা চীংদোন্দা য়াম্না ৱানা পাইরকখি।

তুনানবীনা শংবান্নবীগা উনরবদা য়াম্না থোংনা- নৌনা হায়রম্মী, "ইতা, ঐ ইকাইবা হুন্দোক্তুনা লাকচরিবনি। ইচাশিং চরা হেল্লকপা কুইরে। ঐঙোন্দা ফৌ নত্রগা চইন নত্রগা মুম খজিক্তুং পীবীয়ু। নোংমৈ মথোইগা লোয়ননা শিংজগে।"

"ইতা, নাইতোম হিংজরিবী, লাইরবী ঐনা করি থংবা ঙমগনি। ঐসু হাতে- হাতে তাল্লগা চাজবীনি। মীঙোন্দা পুথোক্লবা লেম্না পানা লৈজদে।" শংবান্নবীনা খুমখি।

"অদুম্না তাকপীগনু, ইতা। নখোয় ঐখোয় শাগৈনি। উমং- ৱামং, চীং- পাংতা কোয়পাই পাইদুনা উহৈ- ৱাহৈগী চীঞ্জাক থিবসু চৎনদেদো। ঐখোয়দি মালেম লৈমায়দগী, নারক- শীংলক্তগী অফংবা খরনা হিংজবা কাঙলূপ মশেলনি। ঐখোয় নুংশিনফম থোকই।"

"ইতা, নঙগী ৱাফম অসিমক তাইবং মীগা কায়নখ্রবা ৱাব অমনসু হায়রম্লে। পীনিঙাই লৈতবনা করিদি উপায় লৈরি?"

"ইতা, অমুক্তা খনবীয়ু, ইচাশিংদু শিরগনি, ঐ চীঞ্জাক খবা পুদনদি চৎপা ঙম্লরোই।"

তুনানবী অসুম তক্তুনা লৈরে। খ্বাইগী চৎনবীদা মথোইসি মহুৎকী তঙ্খাই পীনৈ, অদুবু মাদি মরূনা মরূ পোক্কনি হায়না ৱাশক্লম্মী। মাগী মতৌদু শংবান্নবী য়েংবা ঙমশিল্লক্ত্রে। চেৎনা থমজবা শেল খরা লৌথোক্লুরগা তুনানবী য়েংদুনা হায়রকখি, "ইতা, ঐদি ইকোক- ইরু পান্দবী, ওয়- য়েৎ পূন্না য়ূম্বান্দবী নাইতোম হিংজবী তোল্লবীনি। ময়াম্না নুংশিবীদুনা শেন্দোই খরা- খরা পীবীরকপা অদুনা হিংজগদৌরিবনি। শোয়বীবদি য়াদ্রে ইতা। সে, পাই য়াঙ্খেনি। নোংমৈ মথোইগা লোয়ননা শিংবীয়ু। মসিনা তমগী ইনাক খুনবা, পুক্কে চোন্না লৈবশিংদগী ৱানবীরুরো।"

শংবান্নবীগী ৱা তাবদা তুনানবী য়াম্না হরাওরম্মী। থৌজান অদুবু থাগৎলম্লগা মা পাই য়াঙ্খে পুদুনা তম্পাক মায়কৈ পাংলক্লম্মী।

ওল্লকপা মথং চহীদা শংবান্নবীদু মতা তুনানবীনা শেল শিংবা লাকপা খৌরাংনা ঙাইরম্মী। অদুবু লাকখিদ্রে। মথং চহীদসু য়েংঙি, লাক্ত্রে। অসুম অসুম হৌখিবনা চহী তরেৎ শুরক্লে তুনানবীনা শেল শিংলদ্রে। শংবান্নবী শাউনীংবনা লুতোন থুমখ্রে।

শংবান্নবী নোংমা অৱাংবা চীংলোন কয়া লান্না য়াম্না ৱানা তম্পাক তল্লক্লে। মা তুনানবীগী য়ূম থিবম্মী। শনৈবীগী অচৌবা ৱাপল অমগী মরক্তা তুনানবীগী অচৌবা ইমুং লৈরম্লে। শংবান্নবী হঙ্গোইনা চঙশিল্লম্মী। অথাপ্পা চীংনুংদগী লাকপী চাওখত্তবীনি, অমোৎপীনি হায়না উশিৎতবা মীৎয়েংদা তুনানবীনা মঙোন্দা ফিদা পীবীরমদে। শংবান্নবী শাউনীংবা কয়া ফাথরগা মাগী শেল শিংদোকপীরো হায়রম্মী। হৌজিক্তি শেন্দোই শেল্লেপ

## লল্লৈবী উরেপ্পী

পূন্না য়াম্না পিক্না পাবদা শেল তবেৎকা পাই চাতরেৎ শুরবনি হায়বসু খঙহল্লম্মী।

"করিনো ইতা, অদুক য়াম্বা শেলবু খুদক্তা শিংবা কনানা ঙমগনি? মথং থাদা লাকউ, থৌরাং তৌরমগে।" তুনানবীনা হায়বকখি।

"ফবে, মদুদদি শোয়বীগনু, ইতা।" শংবান্নবী কপ্পীংবা খাঙলম্মী।



*মদুদা তুনানবী মমায় ঙাংবীদে, করেম্নবগুম নোক্লম্মী।*

মথং থাদা শংবান্নবী ৱানা ৱানা লাকখি। তুনানবীনা থা অমগা যৈথোক্লগা মতম থাই, থেন্নগা থাদোরকখি। অসুম্না থা তরুক মতম থা- থাদুনা য়ৈথোবকপদগী শংবান্নবী খাংঙমদনা শাউনীংলক্লে। শকহেনবী লিন্দাওবী পেৎনা চেঙ চঙবী হাযনা চৈবা হৌরকখি। মদুদা তুনানবী মমায় ঙাংবীদে, করেম্নবগুম নোক্লম্মী।

"ইতা, চাওখৎপা, হৌন-লোনচৎ খঙবসু খরা তমসি।" তুনানবীনা হায়রকখি, "ঐখোয় স্বায়দদি অরৈবনা-লৈতবশিংদা লন-থুম থংনৈ, তেংবাংনৈ। থংবু থংখ্রবদি থৌবসি চৎনদে, ইকাইনরিবনি। ইতাদি করিনো জবরগুম শিংদবা য়ারোই হায়ররি। মসিদি পুকচেল য়াম্না পিকপগী ৱানি। ঐখোয়সু মীগী মবল তোন্নীংদে, শিংদোক্লীংঙি, ঙমদবগী তৌবনি। মতম খরদি ঙাইবীখো কৈদৌগে।"

"ইতা, ঐগী শেলদু শিংলোইদবা লৈরগা শিংলরোই শেংনা হায়রো।" শংবান্নবী অশাউবা ফাথবা ঙন্নক্লে।

"করিনো ইতা, ঐখোয়বু অদুক য়াম্না উশিৎপীদ্রিবসিবো? অদু য়ৌরবদি ইতানা অরানবা তারক্কনিকো।"

"করি হায়বা? চিন্থীবী, ইকাইগেদি হায়দ্রদনা।"

"এ! অদু য়ৌরবদি নঙগী শেল তোন্দ্রে, কোক্লরে। কৎনীংবা মফমদা কৎলুরো।"

"খঙলে খঙলে ইবেম্মা, শাউশিন্নরগা শেল শিংদনবা খৎনবা হৌবীরবনি।"

"অদুম্না খল্লবসু য়ারে।"

"ফরে, ঐগী শেল হাৎলগা নঙ নুংঙাইরো। ঐ মুৎকদবা নত্তে। অদুবু মালেম তাইবংপান পূম্বা নঙবুদি খোঙ্গোইনরন্নগে। নঙসি লন্দোনবী, শেলহাৎপী, কেবদা হৈবী, শূনীংদনা অহাউবা চানীংবী, মীগী মরলনা ইনাক খুনবা শানীংবীনি হায়বদু শাবা শন্না পাউথোক্লন্নগে।"

শংবান্নবী উরেন্বী থম্মোয় শোক্লা কপ্লগা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌনা মা চীংদোন্দগী তম্পাক্লোমদা য়েংলগা তুকচ্চনা হৌনা হৌনা খোংলকখি, "থুই! শেল তরেৎ চাতরেৎ। থুই! শেল তরেৎ চাতরেৎ।"

মদু তাবদা তুনানবী উরেন কোম্থৌনা ইকাই খাংদা ব্রারক্তগী চোংথোক্লুনা লাউবকখি, "কোক ... কোক, কোক্লখ্রে। কোক ... কোক, কোক্লখ্রে।"

***

চেকশিনবশিংনা মীপান তাংদে
থওইদবশিংনা নিরগা চায়,
মরূপ খনবা অরায়বা নত্তে,
অপঙবগী মরল অশিংবনা চায়।

## হন্দোকপীরম্নবা অঙাং

য়াম্না পীকপা খুঙ্গং অমদা লাইরবা মতৈ- মনাও পাল্লম্মী। নুপাদু ৱারেম শূদুনা মতম মাঙহনবা পাম্মুরমদে অদুগা নুপী অদুসু য়াম্না তল্লম্মী। মতৈ- মনাও পুকচেল তিন্নরমদে, থবক্তা লৌদান্নবনা মখোয় অনী তত্তনা খৎনরম্মী। মখোয়গী ইমুং মথোঙ হোবা অসুম অসুম হেল্লকখি। মমৈথংদা মখোয় চারা অনী মপূক থন্না চাবা ফংলক্লে।



নৌপ্পাগা চেকশিন্না শৈরম্মু।

## হুন্দোকপীরন্নবা অঙাং

মচানুপী অমগা নুপা অমগা থাকপদা মখোয় অমুক্কা হেন্না ৱারম্মী। মচাশিংগী অফোংপা, শেগাই- লাংগাইগী ফিশিংবু অহনবনা শিনবীবা ঙমদনা লৈরে। ৱামল্লকপদগী মখোয চহী তরামাথোই শুরবী মচা নুপীদুবু মীনাই ওইনা য়োম্থোকখ্রসিরা হায়না খন্নবা হৌরক্লে। লন্দোন্না খ্বাং কোয়রে, ঙকশম য়ৌনা পুৎথরকপদগী ময়ূমদা ফমদুনা লৈবা য়ারক্কুবদা নুপাদু লংফৈদা শেল তানবা চৎখিরম্মী। য়ূমগী পোৎলূম পূন্নমক নুপীদা ইনশিল্লম্লে।

লংফৈ চৎখিবা নুপাদু মফম কদাযদা লৈখ্রবনো খঙদনা অদুম হল্লকখিদবা চহী ফারক্লে। কাতনবী মমাদু চবা তানবা ঙমশিল্লক্তবদগী মচাশিংগা পূন্না শিখ্রসিবা খল্লকখি। লৈকাইদগী চেঙ মেকুক অনী পুদুনা মচাদা শিন্নরগা নুপীদুনা হায়রম্মী, "ইবেম্মা, ঐ অতোপ্পা খুল অম- নিদা চৎলগা হামৈ খবা য়োল্লুখিগে, নৌপ্পাগা চেকশিন্না লৈবম্মু। ঐ যাম্না থুনা হল্লক্কনি। নখোয় অনীগা অহীংদা লৈবা কিরবদি অৱাংগী নতা কৌরগা তূম্মিন্নৌ।"

মমাদু শেগায়রবা লুবাক অমদা হামৈ খরা হাপ্লগা চৎখ্রে। মমাগী তুং ইনগনি হায়দুনা নিঙাই তৌখিবা চহী তরুক্কী মৌপ্পাবু মচেনা কন্না থেমহৌখি। নুমিৎ নীনি হৌখ্রে। মমা হল্লক্কুবদা চহী নৌরিবী নুপীমচাদু য়াম্না লাঙতক্লবম্মী। মপাগী ৱাদি মখোয় কাউখ্রবগুর্ম্বনি। মমানা থনম্বা চেঙ লোইখিবদগী অঙাং অনী চরা হেল্লে। র্থূম্নিশুবা নুমিদাংদি নুপীমচা অদুনা লৈকাইদগী চেঙ পূবা চেল্লিঙৈদা নুমিদাংগী চাক থোংবা থেঙদোকখ্রে। মৌপ্পাবু ফমুংদা সুমদুনা তূমহল্লগা উচিন- নাচিন চাক থোংবদি লোইবে। অঙাং হৌদোক্লগা চানবা থৌরাং তৌরকপদা নুপী মচাদুগী পূক্নীংদা অকিবা অমা ফাওবক্লম্মী। মা মপান থোক্লুনা অৱাংগী মতা কৌরম্মী, "হো ইতা, হো ইতা।" নুমিদাংদা মী কৌবদা 'হো' হায়হৈদে হায়বসি মাদি খঙজদবনি। অমুকসু কৌরম্মী, "হো ইতা, নঙবু তাদব্রাও?"

"হাও, কবি হায়বনো?" মতা খুল্লকপখি।

"ইতা, ইপ্পা ঐখোয় অনীতা লৈরা নুংঙাইদ্রে, খবা লোকমিন্নসি লাকও, মোইথাপসু নাইসে।" নুপী মচাদুনা হায়খি।

"হোয়, হোয়, লাক্কে লাক্কে।" মতানা হরাওনা খুল্লকখি।

মচেনা অঙাংবু মমীৎ শিংহন্নবা হোৎনরিঙৈদা থোঙ থীল্লকপা তারে। মহাক হরাওনা থোঙ হাংদোক্লম্মী। ইস! পাঙখোক- য়েন্দেম্না শাবা তরেং অমা মখূৎ য়েৎনা পায়রগা ওয়থংবা মখূৎপু লৈমায়দা সোরো- সোরো চিংদুনা নুপী অমা চঙলক্লে। নুপীদু শগোলহিদাক অমসুং কবোকং মপান নাদা চিল্লকখি। মাগী লংত্রিক লংলবা মমীৎ অমদি তুন্নবা মনা উবদা য়ূম্বু অঙাং অনী কিবনা নিকখ্রি। অদুবু নুপীমচাদুনা হায়রম্মী, "ইতা, লাও, চাক চামিন্নসি।"

লৌশিং লৈবী নুপীমচানি। অকিবা অমদি চিংনবা উৎলুবদা অফবা ওইরোই, লাই

খৃৎশাংবীনা মতা শারগা লাকখ্রবনি হায়বা মহাক খঙখ্রে। করি উপায় তৌরগা মাবু থেল্লগা নাছোকখিসিগে খল্লম্মী।

লাই- খৃৎশাংবীসু চাক্লক মপান্দা ফম্বা য়াওররে। অঙাং নুপা মচাদু কিবনা থক- থক নিক্তুনা চাক হুকপা ঙমদনা লৈরবদা মচেনা থেল্লগা পীজরম্মী।

"ইতা, চাবা হৌরসি।" নুপী মচাদুনা হায়বম্মী।

লাই খৃৎশাংবীগী শাংলবা মখূৎনা লৌখৎখিবা চাক য়েঙ্গাংদু অমুক্লা মমীত্তা, অমুক্লা নাকোংদা কীৎ কীৎ নমশিনখ্রে। অদুগা করিগুম্বদনা মনাতোন্দসু নমশিনখি। মোরোক মেৎপা ময়াম অমা মমীৎতা নমশিল্লুবদগী শাবনা খাঙবা ঙমদ্রবা লাই খৃৎশাংবীনা ঈশিং- ঈশিং হায়দুনা মমীৎ উইশিন্দুনা লৈখ্রে। তাঞ্জাসিদা মচেনা মৌপ্পাবু পোরগা মনীংথোঙ হাংদোক্তুনা চেল্লক্লম্মী। নুপী মচাদুনা নক্লা লৈবা য়ুম অমদা চেনশিন্দুনা থোঙ হাংদোকপীনবা হায়জরুই। মাগী খোঞ্জেল খঙখ্রবা য়ুম্বুনা চেঙ- চাক নিবা লাক্লিবনি খন্দুনা থোঙ হাংদোকপীদ্রে। উপায লৈত্রবা অঙাং অনীদু অমম্বা অহীংদুদা খুঙ্গং অদুদা চঙজফম লৈররোই খল্লকপদগী অথাপ্পা খুল অমা তম্মা চেল্লম্মী।



*তাঞ্জাসিদা মচেনা মৌপ্পাবু পোরগা মনীংথোঙ হাংদোক্তুনা চেল্লক্লম্মী।*

সোমদা লাই- খৃৎশাংবী পুখ্রীদা চত্তুনা মমীৎ ঈশিংনা চামথোকপদা মতম য়াম্না

চঙখি। মমীৎ শাবা খরা ফদুনা য়াম্লা শাউনা য়ূমদা চেনশিল্লম্মী, অঙাং অনী হাত্তোক্লগে হায়বা ব্রাখন্দনি। অঙাং অনীমক লৈরমদবদা মা মনম নম- নমদুনা তাল্লক্লম্মী। লোন্নবা খুল য়ৌবা লম্বীদা মখূৎ অনী চিং চিংদুনা চেল্লকখি। স্বর থবেৎ- থবেৎ হোন্দুনা চেল্লকখিবা অঙাং অনী খুলগী মতাই য়ুম অমদা থোঙ থীন্দুনা হাংদোকপীনবা হায়জরুই। কদায়দগী চাকনিবা লমজা- সারা মচাশিংনো হায়না চৈরগা তাম্লোকপীরক্লে। থংনবা য়ুম অমদা অমুক হায়জরুই। মদুনা হেন্না শাথীরম্লে। উপায় লৈত্রবা অঙাং অনীদু শঙ্গোল অমদা চঙদুনা ষনশিংগী মরক্তা লোৎতুনা লৈরম্মী। লাই খূৎশাংবী মনম নমদুনা শঙ্গোল অদুদা চেনশিলকলকপদা ষন লাবা অনীনা ব্রাইথুশ্রে। লাইদু পাখত্তুনা চেনখ্রে। মা নীংঙমদনা য়াম্লা চাক্লা অসুম্না শোনখি-

'নঙকো তকো, তক তক,
লাই খাদাং তক তক।
থরৈ থরৈ মীনম্লা হারে,
নমু শোরি লাংদা থুরে।'

নোংঙানবগা মচেনা মৌপ্পাবু পুদুনা খুল্লক্তা মমাগী খোঙ্গুল লীরম্মী। থেংনবা মী খুদিংমক্তা মমাবু উরম্ব্রা হংজরম্মী। খঙঙি, উরম্মী হায়বা কনাসু য়াওখিদ্রে। মখোয় চাক লাম্মনবদগী পুম্ব্রীগী ঈশিং থক্লকপা তোয়রে। ব্রাবনা চৎসি হায়বা য়াদ্রবা মৌপ্পাবু মচেনা পোদুনা পুরম্মী। লম্বীদা লাকপা নুপী অমদা মখোয়না হন্দকসু হংখি, "ইমহাল, ঐখোয়গী ইমা উরমব্রা?"

"কনা নমানো? কৈদৌবা চৎখিবনো?"

"ঐখোয় ইমাদু হামৈ য়োনবা চৎখিবনি।"

"এ এ, অদু নমা ওইরেকো। লাও লাও মাগী লৈফম তাকপীগে, হান্না ঈশিং পুন অহুম শোক্লমখো।"

নুপী মচা অদুনা তুরেন্দগী য়াম্লা ব্রানা ঈশিং পুন অহুম শোক্লরবা মতুংদা মমাগী লৈফম তাকপীনবা হায়জরম্মী। মদুদা নুপীদুনা হায়রকখি, "চরহৈ! নমা অঙাওবীদুবু ঐগী ফিরৈদা য়েপ্তুনা থমগদ্রা? চৎলো, চৎলো, কনা কনাদনো হংলুরো।"

নুপী মচাদু কপ কপ্তুনা মৌপ্পাবু পোরগা লাক্লম্মী। মখোয়না ইংখোলদা থবক শূরম্বী নুপী অমগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা অমুকসু হংলুই, "ইন্দোন, ঐখোয়গী ইমা হামৈ য়োনবীদু উবীব্রা? মাগী লৈফম খঙলবদি খরা তাকপীয়ু।

"নখোয় মাগী মচা ওইরেকো, হোয় হোয়, তাকপীগে তাকপীগে। ফৌ লিখাই অমত্তং হান্না শুরমখো।" নুপীদুনা মীনুংশি লৈবা শারদুনা হায়রকখি।

হুমাং তপ- তপ তানা ফৌ লিখাই অমা শুবা লোইরবা তুংদা নুপী মচাদুনা মমাগী লৈফম তাকপীয়ু হায়রম্মী। অদুবু য়াম্না নুংশি হৈতনা য়ূম্বু নুপীনা লাউরকখি, "হা করি হাযবা? নমাবু লৈগুম ঐগী শম্মুন্দা থেৎকদ্রা? চৎলো, নশকশিংদু য়েংনীংদে।"

অসুম্না মীনাইগুম থবক শূহল শূহল্লগা, তাকপীনি তাকপীনি হায়রগা তাম্থোকপিরকপা য়ূম মশীং য়াম্লে। নুপী মচাদু ব্রাবনা মখোঙ থাংনীংলক্লে, চাক চাগে হায়না নিঙাই তৌরিবা মৌপ্পাবু থেম্বদা মশা লামদবা শাবগী ব্রানি। কনাগুম্বনা পীরকপা চাক্লেম- চকা খরা- খরা চাদুনা অঙাং অনী মমা- মপা থিরকপদা খুল মঙা লাল্লক্লে। চাক লাম্মনবদগী খজিক্তং পীজবীয়ু হায়জনবা অঙাং অনী হঙ্গোই- হঙ্গোইনা য়ূম অমদা চঙলম্মী। শুমাঙদা নাপী ফোয়দুনা লৈরম্বা নুপী অমনা মখোয়দা য়েংলকখি। নুপীদুগী মশক উবদা অঙাং নুপামচাদুনা 'ইমা লৈরে, ইমা লৈরে' হায়রগা হরাওনা চেনশিনখি। নুপী মচাদুনসু কপ্পুনা হায়রম্মী, "ইমা! করিগীনো নঙনা য়ূমদা হল্লক্ত্রিবা, ঐখোয়গী অব্রাবা খঙদব্রা?" নুপীদু তিংঙক- মায়ঙক য়েংদুনা লেপ্লম্মী। মতমদুদা ইমুংদগী থোরকপা নুপা অমনা লাউরকখি, "হে নুপী! মখোয়সি কনাগী অঙাংনো? নঙ নহান্দি নচা অমত্তসু লৈতে হায়বদাইনে?"

"ঐ মখোয়বু খঙদে। অচা- অথক খরা ফংনবা ঐবু মমা মাল্লি হায়রিবা জাৎনি।" নুপীদুনা খুম্লম্মী।

"অদুদি তাম্থোকখো।" নুপাদুনা চৈ অমা পায়রগা চঙশিল্লকখি, "সে, নঙনা ঙমদ্রবদি ঐ তৌগে।"

অঙাং অনী কনবীনবা মমাগী খ্বাংদা চেৎনা কোল্লম্মী। অদুবু মমাদুনা মখোয়গী শয়েঙ নামা- নামা পায়দুনা চিংলগা থোঙ্গাল ব্রাংমদা ইম্থোক্লম্মী। নুপা মচাদু 'ইমা ইমা কৌরগা লৈমায়দা থরো- থরো ওন্দুনা কপ্লম্মী। নুপীদু হন্নফাও য়েংলমদনা কোম্থোঙ লোনশিল্লগা চঙখ্রে। উপায় লৈত্রবী মচেনা মৌপ্পাবু চিংদুনা পুরম্মী। মমানা ময়ূম পান্দুনা লৈহৌবা য়ূম অদু য়েং- য়েংদুনা মচিন- মৌপ্পা কপ্লগা লাকখি।

অঙাং অনী অতোপ্পা খুল অমা য়ৌরক্লে। মখোয়না নুপা অমা খোংবান তৌদুনা লৈরম্বা উরম্মী। মাগী মশক য়েংলগা নুপী মচাদুনা 'পাবা! পাবা! নঙ ঐখোয়গী ইপানি' হায়না মখূৎ পায়দুনা চিংলুই। য়াম্না নক্লা শম্বল মরুমদা কোন ফেঙদুনা লৈরম্বী নুপী অমনা শাউনা হায়রকখি, "হে নুপা! নঙনা ঐবু লৌরমদাইদা নচা অমত্তা লৈতে হায়না ব্রাশকখিবদাই, মখোয়সি কনাগী মচানো?"

নুপাদুনা নোক্লগা খুমখি, "হেরা, চাক্লিবা অঙাংশিংগী তাৎ- পাৎপু নঙ ঙসিদা উরিব্রা? হৌজিক ঐনা ফুরগা তানখিগে য়েংঙুসে।"

## হুন্দোকপীরম্লবা অঙাং

ফৎত্রবা নুপা অদুনা মচাশিংবু ৱাশনা শেৎ- শেৎ কল্লগা তাল্লকখি। অঙাং অনীদু কপ- কপ্তুনা চেল্লক্লে। নুপী মচা অদুনা খল্লম্মী- 'ও! ঐখোয়গী ইমা ইপাসিদি অনৌবা মৱা, অনৌবা মতুনা মচা ঐখোয়দগী য়াম্না হেন্না লূমখ্রবোইরেকো।'

অতোপ্পা খুল অমা য়ৌরকপদা অঙাং অনী যূম অমদা চঙদুনা চাক নিরম্মী। যূম্নু মতৈ- মনাওনা মখোয়বু চাক্লেম খরা পীজরে। অদুগী তুংদা মীনাই ওইনা লৌশিন্নবা খন্নদুনা অঙাং অনীগী পাঙ্গল চাং য়েংলম্মী। মচেদা ফৌ লিখাই অমা শুনবা পীরম্মী, অদুগা মৌপ্পাদা নূং অমা যূমথক লান্না লংঙু হায়রম্মী। মচেদি ইরায় লায়না ফৌদু শুবা লোইখি। নুপা মচা অদুদি নূং হন্না হন্না লংঙি, যূম লানবা ঙমদনা হেক্তা ওন্থরকখি। মমৈথংদদি অঙাংদু ৱামনবনা লৈমায়দা তুরম্মী। মচেবু মীনাই ওইনা লৌশিনখ্রে। মৌপ্পাবুদি কান্নফম লৈরোই হায়দুনা যূম্নুশিংনা ইন্থোকপীরকখি। কায়নরমদাইদা অঙাং অনীদু কোন্নদুনা কপমিন্নরম্মী। মখোয়গী অৱাবদু উবদা যূম্নু নুপাগী থম্মোয় খরা পেখোরক্তুনা নুপী মচাদুনা হায়বা ৱাফম অমা য়াবীরম্মী। মদুদি, মখোয় অনী মরক মরক্তা উনবদি য়াহনবীয়ু হায়বসিনি।

মচেগী পাউতাক মতুংইন্না নুপা মচাদু থাপ্না খক চৎথোক্লমদে। মা অহীং অহীং য়েনখাদা নত্রগা শঙ্গোন্দা য়ারেক্লম্মী। যূম্নুনা চানবা তল্লকপা চাক শরুক্তগী তঙ্খায় অমমম খাক্লগা লানা ফজনা য়োম্লগা মচেনা উকাদা য়েপ্তুনা থমখি। মদু চারগা মৌপ্পাদু হিংনবা হোৎনবম্মী। মতম খরগী তুংদদি মাগী লৈফম উক্রোং অমদা ওইখি।

চহী অমা ৱানা ৱানা হৌখ্রবা তুংদা নুপামচাদু মচেদগী লাপথোকখ্রে। মা উমং- ৱামংদা চত্তুনা হৈবোং- কাংগ্রৌ, উহৈ- ৱাহৈ থিরগা হিংনবা হোৎনখ্রে। মচেদি মৌপ্পাগী খনবদা নোংমতসু কপ্তুনা লেনবা ঙমখিদে।

মতম শাংনা মচিন- মৌপ্পা উনখিদ্রে। হৌজিক্তি মচেদু লৈশাবী ফারকখ্রবনি। নোংমদি মনাই অনীগা ফজরবা শগোল গাড়ী তোংদুনা পাখং মচা অমা মীনাই লৈশাবীগী যুমদা লাক্লম্মী। তুরেলদগী ঈশিং শোক্লুরগা কারকপী লৈশাবীবু উবদা পাখং মচাদু কপ্লম্মী। ঙাইহাক ঙকচানরুরবসু লৈশাবীনা মৌপ্পাগী মশক খঙবা থুখি, মাসু কপ্লকখি।

"নুংশিরবী ইচেমহল, হৌজিক্তি ঐনা নঙবু লৌবা লাক্লবনি। ঐখোয়গী যূমদা নুংঙাইনা লৈরুরসি।" মৌপ্পানা হায়রম্মী।

যূম্নুদা মৌপ্পানা সনা মচেৎ মঙা পীদুনা মীনাই কোকহল্লবা তুংদা মচেবু শগোল গাড়ীদা পুরক্লম্মী। মৌপ্পাগী যূম য়ৌরকপদা লৈশাবীদু মঙ ওইনা খল্লম্মী। কোনুংগা চপ মান্নখ্রে। অচৌবা চেকপলনা কোয়শিনবা ফুরা- দলানশিং অদু সনানা মযুং কাবা লূপানা মফেন ওইবগুম ইন্দ্রি শিংনা নাল্লম্মী। থোঙাকপা অনীনা লেপ্লিবা থোঙ্গান্দা অচৌবা শামু অনী মায়োক্লনা য়াথিন্নরি।

"করিনো তৌরম্লিব্রসিবো, ইবুংঙো? ঐদি মঙগুম খল্লেনে।" মচেনা হায়রম্মী।

"ঙকপীগনু ইচে, ঈশ্বরনা ঐবু থৌজানবীবগী ব্বারীদু ঐ লিজগে।" মৌপ্বানা খুমখি।

ব্বারীদু অসুম্না লীরম্মী। নোংমা চীংখোঙ উমং অমদা নুপা মচাদু উহৈ থিরম্মী। য়োংশিংগী শান্নফম ওইরম্বনা উহৈ অমত্তসু ফংবা ঙমদনা মা অসুম চৎখি। মা ব্বামন্দুনা চীংগী লৈরায় অমদা ঙারগা ফম্লুরে। অনকপদা মানা মখুল অমা উরম্মী। মা চঙশিন্দুনা য়েংলম্মী। মনুংদু য়াম্না লাওই, ইহাঙ হাঙঙি, শুরুং মাল্লম্মী। মনুংদা করি করিনো অরংবা পোৎ খরসু লৈবা উখি। অঙাং চৈ অমা পায়দুনা অখুবা মখুলদু লাওনা হোগায়খি। অদুগা মা অকিবা থাদোক্তুনা মনুংদা চঙখি। মদু মতম অমদা লমহূইশিংগী ময়ূম ওইরম্বা জাৎনি। মনুংদা মখল- মথেলগী পোৎ য়াম্না লৈরম্লে। মদুগী মরক্তা মণি- মুক্তাগী খাউ অমগা সনা খাউ অমগা লৈরম্লে। মদুগী মপান্দগী মহাক নিংথৌগা মান্ননা ইনাক খুনবা মী ওইরকখিবনি।

ব্বারী অসি তাবদগী মচেগী অঙকপা অমসুং চিংনবা কোকখিরম্মী।

অহাও- অথুম চাদুনা মীনাইশিংনা সেবা তৌদুনা, ফজবা ফি- রোল অমসুং সনা- লূপানা লৈতেংলবা মতমদদি মচেদু হায়নিঙাই লৈতনা ফজবী হায়বদু ওইরে। মহাক্কী ফজবগী ব্বারী লৈবাক শিন্থুংনা শন্দোকখ্রে। মমৈথংদদি নিংথৌনা মচানুপা যুবরাজগীদমক মমৌ ওইনবা হায়জররে। ব্বারোই পোৎ পুরকপা নুমিৎতা মৌপ্বানা নক্লবা খুল তরাগী মীয়াম হূপ্না বার্তোন তৌদুনা উৎসব- চাক্লেন অমা খাঙলম্মী। হাউরবা মথেন- লুকোই কয়াগী মথক্তা দক্ষীনাদি মশা মশানা চানরিবা পুখম, তেঙ্গোৎশিং অমদি ঈশিং থক্লবা খুজাই কৎখি। পেল্লবা মীয়াম্না য়াইফ- মঙ্গল পীরম্লগা হন্নবা থৌরংদা লৈনখ্রে। অতিথি মীয়াম্বু থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোক্লবা মচিন- মৌপ্বানা লমজাউ ব্বাংমগী লম্পাক্তা, উৎসবকী লুখাক হন্দোকফমদা চরেম- চগুম খুন্দুনা চারিবা নুপা অমগা নুপী অমগা উরম্মী। মখোয় অনী হূইশিংগা চগুম মুন্নরি। মখোয়গী মতৌদু উবদা মৌপ্বানা অশেংবা চাক্লুক পীনবা কৌগে তৌবদা মচেনা খামখি।

"কৌরুগনু, নঙনা মখোয়গী মশক কাউখ্রবসু ঐদি খঙঙি।"

মচেনা মীনাইশিং থাদুনা লুখাক খুল্লগা চারিবা নুপা অমদি নুপী অনীমক মফমদুদা অমুক লাক্তনবা তাঙ্খোকহনখিরম্মী। মখোয় অনীদু তোঙান তোঙানবা লম্বীদা থাপ্না অদুম চৎখিরম্মী।

***

অতনবশিংগী চাকথুং লাইরবনি
মখোয়দি চাউখৎপগী খুরৌনি।
মচাবু মীরায়বা অচৌবা পাপ্নি
পাপীশিংগী চাকথুং অশিবনি।

# লৈম- শমশাংবী

থায়না মমাংঙৈদা খুঙ্গং অমদা য়ূম্বান্দবী, নহা ওইরিবী লাইনীংবী নুপী অমা লৈরম্মী। মহাক ঈশ্বরবু য়াম্না নীংজবী, ধর্ম্ম লৈবী নুপীনি। মহাক মহৌশাগী ফজবা শক্লোন কয়া উরগা ঙাওজবী মীশক ওইরম্মী। শংবান্নবা অহাঙবা অতিয়াদা থোক্লিবা নুমিৎ, থা, থৱান্মিচাক, কোয়পাই পাইবিবা অঙৌবা অমসুং অমুবা লৈচিলশিং, অকিবা পোকহল্লিবা



*লাইনিংথৌনা মনাইদা অপাম্বা অমা নিয়ু পীগে হায়রম্মী।*

## লৈম - শমশাংবী

নোংখেক- নোংলাউ, মালেমগী অঙ্গং- অশা খল ঙাক্লিবা নোং, পূম্নমকসিগী মপু নিংথৌদি শোরারেন হায়বা লাই অদুনি খল্লম্মী। মাগী মতিক মগুণ তাইবংবু খঙহন্নবা চুমথাং খল্লিবনি হায়বসি নুপীদুগী থাজবনি। মরম অদুনা মহাক নুত্তি- নুমিৎ খুদিংগী লাইনিংথৌ শোরারেনবু খুরুমজরম্মী। মনাই ভক্তশিংবু চানবী হৈবা লাইনিংথৌ শোরারেন নোংমদি নুপী অদুগী মনাক্তা লাক্লে। লাইনিংথৌনা মনাইদা অপাম্বা অমা নিযু পীগে হায়রম্মী। লাইনীংবী য়াম্না খম্ব্রুবা তৌদনা মচা অমা পাম্মী হায়দোকখ্রে। মহাক্কী অপাম্বদু ফংজরো হায়না বর পীথোকখ্রবা লাইনিংথৌ অল্লাবা অমা মায়োক্লরম্মী। মরমদি, নুপীদু পুন্সিদা লুহোংখ্ররোই হায়না ব্রাশকখ্রবীনি। নুপীদুসু মহাক্লা নিরুবা বরগী অশোয়বা খঙজরকপদা কপ্লম্মী। করম্না য়ূম্বান্দবী নুপী অমনা মচা ফংগদৌরিবনো, করি উপায়না ওইথোকহনগদৌরিবনো খল্লগা লাইনিংথৌ হনখিরম্মী।

লাইনিংথৌ শোরারেনগী অল্লাবসি মহাক্কী শামু য়াইশনা উরম্মী। মরম খঙনীংবনা মবুংঙোদা য়াইশনা অসুম অসুম হংলম্মী। শোরারেন্না মালেমদা চত্তুনা ভক্ত লাইনীংবী অমদা বব অমা পীরুবগী ব্রারী য়াইশদা তন্লে। করি উপায়না নুপী অদুবু মচা অমা ফংহনসিগে হায়বসি খনবদা থোক্লে, চিন্তা পুবগী মরম মদুনি তম্লম্মী। মদু তাবদা য়াইশনা হায়জরকই, "লাইনিংথৌ, ননাই ঐনা মালেমদা লৈবা তাইবং মীওইবগা মরী অমত্তং থল্লগা মখোয়বু তেংবাংজনীংবসি কুইরবনি। লাইনিংথৌনা য়াথং পীবীরবদি ননাই ঐহাক্লা লাইনিংথৌগী চিন্তা কোক্লবা থৌরাং অমত্তং পায়খৎচবা ঙমজগনি।"

লাইনিংথৌনা মখা তারম্মী, "য়াইশ, থবক অদু পাঙথোক্লনবা ঐনা নঙোন্দা থৌদা পীরবনি, মঙ্গল ওইযু।"

শোরারেনগী য়াথং ফংলবা শামু য়াইশ অহীং অমা মালেমদা কূল্লক্তুনা লাইনীংবীগী ইংখোলদা য়ারেক্লম্মী। মফম অদুদা ময়াই কারবা য়াইশগী মশাদগী চেম্ব্রকপা হুমাং অমদি মহি- মচুম্না লৈমায চোৎখি। নোংঙান্দ্রিঙৈদা য়াইশ হনখ্রে।

মতম খরা লৈরগা য়াইশনা য়ারেক্লম্ফম অদুদা য়েন্দেম পাম্বী অমা হৌগৎলকখি। অপাকপা মকানা লেপ- থুম্না ব্রাংখৎলকপদা য়েন্দেমদু হায়নিঙাই লৈতনা ফজরম্মী। লাইনীংবীনা য়েন্দেম অদুগী মকা অমা হেক্লগা থোংদুনা চারম্মী। নুমিৎ অদুদগী য়েন্দেম পাম্বীদু কংদুনা মাঙখ্রে। হৌজিক লাইনীংবীগী মশাদা অহোংবা অমা লাক্লম্মী। মহাক মথ্বায় ব্রাবগুম নুংঙাইবগুম তৌরম্মী। নোংমা মমঙদা শোরারেন লাক্তুনা হায়রখি, "হে পুকচেল চেৎপী, নঙ থোইদোক হেন্দোক্লা ফজরবী নচানুপী অমা ফংজরগনি। মপাদি ঐগী শামু য়াইশনি।"

লাইনীংবী মীকপ থোরকপদা ইপা পাখৎলম্মী। পূম্নমকসি শোরারেনগী

নোংদমখোলনি খল্লগা মহাক অৱাবা পূন্নমক নমথরম্মী।

মতম খোঙলৈ মতুং ইন্না লাইনীংবী মচা নুপী অমা পোকখি। অঙাংদু মশক মতৌ ফজবী, রাশি- গুণ চঙখোনবী ওইনা চাউখৎলক্লে। মাগী মুশুক মুরবা শাংলবা শম অদু য়েংলগা ময়াম্মা মাগী মমিং শমশাংবী থোল্লম্মী।

শমশাংবীনা লৈশাবী মচা ফারক্লবদা ময়াম্মা মাবু মপা মশক খঙদবা লমজানি হায়না ঙাঙনরকপা তারে। মহাক ইকাইবনা মীমাঙ থোক্লীংলক্রে। মমাদা মপা মশক তাকপীয়ু হায়না তত্তনা নৈরম্মী। করম্মা মচাবু থেমজনিসিগে খনবদা লাইনীংবী লোন্না লোন্না কপ্লম্মী। মহাক শোরারেনগী মফমদা অৱাবগী ৱাকৎ থাঙ্গত্তুনা তেংথারক্লে। মহাক্কী অৱাবা উবদা লাইনীংথৌ শোরারেন্না মমঙদা লাক্কুনা হায়রখি, "অখাঙ কনবী, চিংনবা লৈতনা নচাদা অশেংবা মপা কনানো হায়বদু তাকথোকউ। অচিকপা উমং অমদা নোংমা নচাবু পুদুনা চৎলু। 'হো ইপা ইবুংঙো, ঐগী নাক্তা লাকউ' হায়না নচাবু কৌহল্লু। মচাগী খোঞ্জেল তাবগা তুমিন লৈথোকপা ঙম্বা মমা- মপা লৈতবনি, মাগী মপাদু শোয়দনা লাক্কনি। মপা মচা মশক খঙনহল্লু। নচানা খুদোং থীরবদি মপা তেংবাংগীদমক মীকুপ্তা থুংলগনি। ঐগী ৱা থাজৌ, পুক্নীং শোম্বগনু।"

নোংমদি লাইনীংবী মচাগীদমক ইকাইবা কয়া মায়োক্লরগে খন্না থৌনা খোমজিন্দুনা মচাবু উমং অমদা শীং চনবা চৎলুসি হায়না পুরম্মী। উমং অদুদা মমানা তাকপা মতুং ইন্না শমশাংবীনা মপাবু কৌরম্মী। য়াইশ খুদক্তা মখোয়গী মমাঙমক্তা লেপ্লরে। মশা পূম্বা সনাগী চরৈনা কূপ্পা, লূপাগী অচৌবা ময়ানা লৈতেং ওইবা, লাইবক্তা মনি থানবা, হায়নিঙাই লৈতনা ফজরবা চাউরবা শামু অদু উবদা মমা- মচাদু অঙকপা অমদি অকিবা অনী পূনখিবনা ৱা ঙাঙথোকপা ঙল্লমদে। মদু উবদা য়াইশনা হায়রকখি, "হে দেবী, মমা ওইবী, নঙবু খুরুমজরি। নঙগী থৌজান্দগী ঙসি ঐনা ইচাগী নুংশিবা ফংজরে, যুগ কয়া মঙজরকপা মঙলানবু মঙফাওনহল্লে। ঐ কয়াদা লাইবক ফরবনো। হঙ্গোয়গনু ইপাগী ইবেম্মা। লাও, চঙশিল্লকউ ইপাগী নাক্তা।" অসি হায়দুনা য়াইশনা মচাবু মনাতোন্না মকোক্তা, মনঙ্গন্দা হন্না হন্না নানবীরগা জগোয় শারম্মী। মদু উবদা লাইনীংবী মমীৎতগী পিরাং শিম্থ্রে।

য়াইশনা মখা তাক্লকখি, "নমা নচানা খঙগদবদি ঐসি শোরারেনগী য়াথং য়াওদনা মালেমদা লাকপা ঙমদবনি। নখোয়না অৱাবা তারবা মতমদা ঐবু কৌরকউ। মালেমদা লৈবা ইচা- ইনাওশিং নখোয়গী তেংবাংগীদমক ঐনা থারক্কনি। অদুগা, ইপাগী ইবেম্মা, ঐগী লাইবক্তা নপলিবা মণি অসি লৌহৌরো, চেকশিন্না থম্মু। মসিবু থাদোক্রবদি নঙগী থৱায়না মপোক অহুম্লক শাইওন্দুনা পোকপগী ৱারী- থৌদোক পূন্নমক খঙবা ঙমগনি।"

# লৈম- শমশাংবী

য়াইশনা লাইবক্তগী মণি লৌথোক্লগা মচাদা পীরম্মী। অদুগী তুংদা মচাবু অমুক হন্না য়াম্না নুংশিনা নানবীরল্লগা চৎখ্রে। মীকুপ অদুদগী হৌনা শমশাংবী মপা লৈতবা মচানি হায়বগী নুংঙাইতবা অমসুং ইকাইজবা পূম্নমক কোকখ্রে।

শমশাংবীদু লৈশাবী মপূং ফারক্লে। লাম্বা লৈতনা ফজবী হায়বদু ওইরবনি। অদুবু মমা- মচাদু লাইরবগী অৱাবদি মায়োক্লরি। লাইনীংবী মমানা মাবু মনীং থুংনা পীজ- পীথকপা, ফিজেৎ লৈতেং থোনবীবা খক ঙম্নমদে। মহাক অফোৎপা ফনেক শেৎলম্মী, শেগায়বা ইন্নফি ইল্লম্মী। ঈশিং শোকপা চৎপদা অকায়বা পুন পুরম্মী। নোংমা মতাশিংগা লোয়ননা শমশাংবী ঈশিং শোকপা চৎলম্মী। মখোয় মযাম হিদেন্দা মরী- মরী কৃমথরম্মী। মতম অদুদা হিদিঙ্গা লল্লোনবশিং তুরেলগী ময়ায়মক্তা হি হোল্লক্লম্মী। মখোয়না লৈশাবীশিং অদুদা লক্লদুনা হায়রকখি, "সনাবুন পুবী পামদে, চেগাই পুবী পাম্মী।" নোংমা অমসু লৈশাবীশিংদু হিদেন অদুমক্তা ঈশিং শোকপা চৎলম্মী। খুল্লাকপগী মচানুপীনা মাগী সনাবুনগা শমশাংবীগী অকায়বা পুনগা ওন্নবম্মী। মতা অতৈসু সনাবুনগী মহুৎতা পুন পুনরম্মী। মখোয়বু উবদা তুবেলদা হি হোল্লিবা হিদিঙ্গা ললোনবশিংনা হায়রকখি, "ফনেক অফোৎপা শেৎপী পাম্মী।" লৈশাবীশিংদু কনা ফনেক অফোৎপা শেৎলিবনো হায়না মহৈ- মহৈ য়েংনৈ। শমশাংবীখক্তং শেৎলল্লে। ময়ূমদা হল্লক্লগা লৈশাবীশিংদু অহনবা ফনেক শেগাযবগা ফোৎনরম্মী। মথং নুমিৎতা খুল্লাকপগী মচানুপীনা অহনবা ফনেক অঙাংবা অমা শমশাংবীবু শেৎহল্লগা মখোয়না অফোৎপা শেত্তুনা ঈশিং শোকপা চৎলম্মী। নুমিৎ অদুদা হি মঙাদা লাকখিবা হিদিঙ্গা ললোনবশিংনা শমশাংবীগী ফজবা শৈথাদুনা ঈশৈ ওইনা শক্লরক্লে।

অঙাংবা ফনেক শেৎলিবী
খূৎতা সনাবুন পায়রিবী
পলেম কনাগী মচানো
পম্বৌ কনাগী মমোম্নো
ওম্বোক্লসু ফজৈদো
থম্মোয়বুসু হুখ্রেদো।

লৈশাবী পূম্নমক কল্লক মীহৌবনা খাঙবা ঙম্নদ্রে। মখোয় লোন্না শমশাংবীবু মাঙহনখ্রসি লেপ্পরম্মী। মখোয় ফজনা শীন্নদুনা নোংমা মখোয়না শমশংবীবু শীং চনবা চৎলুসি হায়না হৌরগা অশুকপা উমং অমদা পুরক্লম্মী। শীংবুন শেমদুনা ময়ূমদা হন্নবা থৌরাং তৌনরকপা মতমদা শমশাংবীবু মতাশিংনা ফারগা উরীনা মখোঙ- মখূৎ চেৎনা পুনশিন্দুনা শা-কৈনা চাখিনবা হুন্দোক্লল্লে। মতাশিংনা ময়ূম য়ৌরগা শমশাংবীদি মখোয়বু

## লৈম- শমশাংবী

হুন্দোক্লল্লগা মফম খঙদনা মাঙখ্রে হায়না তল্লম্মী। মমশিল্লক্লবা মতমদুদা খুলগী মী অমত্তনসু শমশাংবীবু থিরুনবা চোংথোকপীরক্লে। পাঙ্গল শোনবী, উপায় লৈত্রবী লাইনীংবীদু মচা কৌদুনা কপ্লম্মী।

য়াচংবা মতুং, অমম্বা নুমিদাংদুদা শমশাংবী ময়ুমদা হল্লক্লে। মতাশিংনা মাবু য়াম্না নুংশি হৈতনা উরীনা পুল্লগা অশুকপা উমংদা হুন্দোক্লম্বা, অদুগী তুংদা মানা মপাবু কৌজবদা শামু শঙ্গু অমা লাক্কুনা পুল্লিবা উরী থদৎপীরবা, থৌদোক পূম্নমক মথং মথং শমশাংবীনা মমাদা তল্লম্মী। মুম্না তারম্বী লাইনীংবী স্বর শাংনা হোল্লগা হায়রকখি, "ইবেম্মা, ঐখোয় চেকশিনসি। ঐখোয়গী মী লৈজদে। নঙবু হুন্দোক্লম্বগী ব্রাফমসি ব্রাকৎলুবদা ঐখোয়বু অরানবা তাহল্লক্কনি। নঙ ইমুংদগী মপান থোক্কনা লোত্তুনা লৈবনা ফরগনি। নত্রবদি ঐখোয় মফম কদায়দা লৈরুগনি? ঐখোয় তাঞ্জা অমত্তং যেংখিসি।"

লৈশাবীশিংনা হায়বদা থাজখিবা খুলগী মী পূম্নমক্লা শমশাংবী মাঙখ্রে, থিরুবগী কান্নররোই হায়না খন্নরম্মী।

লাইনীংবী হকচাং ঙল্লক্তবা নুমিৎ নীনি- হুম্নি শুরক্লে। মহাক অচা- অথক নিরুবা ঙমদবদগী মমা- মচা চরা হেনবা তারম্মী। খ্বায়না য়াহৌনদ্রিঙৈ, নোংঙাল্লমদাইদা শমশাংবী ঈশিং শোকপা চৎলম্মী। মহাক্লা ঈশিং শোক্লিঙৈদা হিদিঙ্গা ললোনবা খবা কাখৎলক্কুনা মনাক্তা লেপ্লরে। মখোয়বু উবদা পাখৎখ্রবী লৈশাবীদু য়েংলগা অমনা হায়রকখি, "কিগনু, চিংনগনু ইবেম্মা। ঐখোয় নিংথৌগী মনাইনি, নঙবু থিরকপনি। লৈবাক অসিগী মহারানী ওইবদা মতিক চাগদবী নুপী অমা থিবকপনি। ঐখোয়গী মী খরনা নঙবু উনবা য়াওখিবদগী ঐখোয়না খোঙ্গুল লীরকপা ঙম্লিবনি। নঙবু হৌজিক ঐখোযনা কোনুংদা পুদুনা চৎপা য়াববসু ঐখোয় মদু তৌরোই। পঙ্খৌ কনাগী মচানো, মিংনা করি কৌবগে হায়বদু অমুক্তং তাকপীরম্মু, ইবেম্মগী য়ুমদা নিংথৌ মশামক য়াম্না থুনা সনা খোঙলেঙলক্লগনি।"

শমশাংবী মমাগী অমদি মশাগী মিং তাক্লম্লগা য়াম্না থুনা হল্লকখি।

নুমিৎ মঙানিগী তুংদা নিংথৌ মরোয়- মনাইশিংগা লোয়ননা চোং- পে খন্দুনা দোলাইথক্তা লাইনীংবীগী য়ুমদা লেঙলক্লম্মী। খুঞ্জা ময়ামসু লাইনীংবীগী য়ুমদা পৈরম্মী। অকনবা য়াথং ইনবদা শমশাংবীবু মমানা ইমুংদগী কৌথোক্কুনা নিংথৌবু খুরুমজহনখি। মদু উবদা তিল্লিবা মীয়াম পূমঙক ঙক্লরম্মী। শমশাংবীবু কোনুংদা নিংথৌগা লুহোংলবা তুংদা লৈবাক্কী মহারানী ওইহনবগী ব্রাফম নিংথৌনা লাউথোরকপদগী খুলগী লৈশাবীশিং কিবনা নিকখ্রে। মখোয়না শমশাংবীদা লঙজখিবা মরাল ঙাকপীনবা হায়জরম্মী। শমশাংবীনা নুংঙাইতবা অশাউবা মচেৎ অমা উত্তনা মতাশিংবু ঙাকপীখি। অদুগী তুংদা নিংথৌনা মমা- মচাবু দোলাইদা কাখৎহন্দুনা কোনুংদা পুখ্রে।

## লৈম - শমশাংবী

শমশাংবীনা লৈবাক্কী মহারানী ওইদুনা পাল্লকপা চহী কুমজা অমা ফারকপগা মপারী অমসু ফংজরম্মী। মহারানীগী ফজরবা শাংলবা শল্লাং য়েংলগা কোনুংগী মী পূন্নমক্না মাবু লৈম - শমশাংবী কৌনখ্রে। মপারীনা চহী অহুম শুরকপা মতমদা লৈম - শমশাংবী নোংমা কোনুংগী নুপীশিংদা অঙাং শিন্নরল্লগা মনাই- মশল কয়াগা লোয়ননা মপাম কৃম্লম্মী। নুংঙাইনা মহাক্না লৈসি হায়বা য়াখিদ্রবী মমা লাইনীংবীগা অহীং অমা লেনমিন্নরগা লৈম - শমশাংবী কোনুংদা অমুক হল্লক্লম্মী। উমং লম্বীদা প্রলয়গী নুংশিৎ অমা থেংনরে। মনাইশিংদু মাগী মাগী মথ্বায় হিংনবা হোৎনবদা মহারানীবু ঙাক শেনবা ঙমখিদ্রে। মখোয় পূন্নমক লম্মাংনখ্রে। লৈম - শমশাংবীদি উক্রোং অমদা চঙদুনা হিংনবা হোৎনরম্মী। নুমিৎ তাখিবগা নুংশিৎ তপ্পা তপ্পা নেমথরকখি। মথন্তা উমংদা করম্মা লেক্কনি খল্লুবদা লৈম - শমশাংবী মহারানী য়াম্না ৱারম্মী। মহাক মতমদুদা মপাবু নীংশিংলকখি, অদুবু মতেং নিবদি ঙমখিদে। মরমদি মহাক্না লুহোংদুনা মহারানী ওইবগী নুংঙাইবা মীকুপ্তা মপাবু থঙুইখিদে। অশোযবা অদুগীদমক ইকাইজবা লৈ। মহাক খোংনাং অমদা কাখত্তুনা উশা কারোং অমদা ফম্লগা অহীং চুপ্পা লেল্লম্মী।

নোংঙাল্লকপা মতমদা, মহাক্না খোংনাং মথক্তগী কৃমথরগে হায়না খল্লকপা মীকুপ্তা মখাদা মৈতানমুক মুবী মমীৎনা কোর্ফুমুক লাউবী, মরু খোইবী হিংচাবী অমা তাইবং মীগী খোঙ ফৈগল অমা লেংবান্দা পুরগা পুখ্রী মপান্দা লেপ্পুনা লৈবা উরম্মী। হিংচাবী অদুনা অসুম্না শোনবসু তারম্মী — 'মীহিং মনম নম্মিদা। এ! ঐনা পুরিবা অসিদগী ওইরবা জাৎলা? হুম, মসি অহিংবা মীগী মনম্নি।'

হিংচাবী অদুনা ঈশিং থক্লবা লৈরাযদা লেপ্পুনা হেক নোঙ্খিবগা ইখং খংবগুম তুংলোমদা খোঙফম অমা হল্লকখি। ঈশিং মনুংদা নুপীগী মমি অমা উরিবদু মশাগী মমিনি খন্দুনা মা যাম্না হরাওরম্মী। ফজববা শকফম অদুনা শুমখ্রবগুম মা তুমিন য়েংলম্মী। মপুক্লীংদা খনখি — 'ঐনা অসুক য়াম্না ফজরগা ইমা- ইপানা শকথীবী হায়রিবসি মচা ওইবগী নুংশিদুনা তৌবিবা জাৎনি।' হিংচাবী অদু হৱাওবনা মথন্তা জগোয় শারম্মী। মদু উবদা লৈম - শমশাংবী খাম্বা ঙমদনা নোকথোকখ্রে। নোকপগী খোঞ্জেল তাবদা হিংচাবী উথক্তা য়েংখৎলকখি। মা লৈম - শমশাংবীবু উবদা শাউবনা ঙুং- ঙুং ঙংদুনা মখোঙ থীল্লম্মী। হিংচাবীনা ৱায়- ৱায় তারক্লিবা লৈম - শমশাংবীগী মশম লাক্লগা চিংথরম্মী। লৈম - শমশাংবী উথক্তগী পুখ্রীদা তারে। হিংচাবীনা মহাকপু ঈশিংদা নমশিন্দুনা হাৎনবা হোৎনরম্মী। মহাক শিবা তারে খল্লকপা মীকুপ্তা ফিজিদা পুনবা মণি লৌথোক্লগা পুক্লুং য়ৌনা য়োৎশিল্লম্মী। হৌজিক মহাক্কী থৱায়না থেঙ্গু ওনখিবদা মণিবুসু লোয়নদুনা চৎখিরম্মী।

হিংচাবীনা শিরবা নুপীদু ঈশিংদগী চিংখত্তুনা য়েংবদা লৈবাক অদুগী মহারানী



*হিংচাবী অদু হরাওবনা মথন্তা জগোয় শারম্মী।*

লৈম- শমশাংবীনি হায়বা খঙখ্রে। মাগী মায়াগী শক্তি শিজিন্নদুনা লৈম- শমশাংবীগী হকচাং মনুংদা মশাগী মথ্বায়না চঙলম্মী। লৈম- শমশাংবীগী শকফম করিসু কায়দনা হৌগৎলক্লে, অদুবু পুক্লীং ৱাখলদি হিংচাবী- অদুগী ওইখিরম্মী। হিংচাবীনা ওনখিবা মহারানী লৈম- শমশাংবী খোংনাং মখোঙদা ফমদুনা লৈরম্মী। উমংদা মহারানীগী খোঙবুনা খুদোংথীবা নংখিবগী পাউ ফংবদগী থিবা লাকখিবা নিংথৌগী লাম্ন্নীশিংনা খোংনাংখোঙদা ফন্নিবী মহারানীবু থেংনখ্রে। মখোয়না মহারানীবু কোনুংদা পুরক্লম্মী।

হৌজিক কোনুংদা মহারানীগী লোনচৎ- শাজৎ মহৌশাগা ইমান- মান্নদবা ইপঙ পঙশিনবগুম তৌথোরকপসিদা নিংথৌ য়াওনা মীয়াম ইঙক ওক্লরম্মী। অদুবু উমং লম্বীদা থেংনখিবা অকনবা নোংলৈ- নুংশিৎকা মায়োক্লবদা অকি- অখং নংখিবদগী ওইরমগনি হায়না ফম্নাইবশিংনা নিংথৌবু থেমজিল্লম্মী। চুম্মী, মহারানীদু চয়োল খরগী মতুংদা কোনুংগী চৎনরোল, মহারানীগী থৌশিল থৌরাং, নিংথৌগী সেবা চপ চানা খঙখ্রে। মতম পুম্নমক্তা নিংথৌগী অরুবা ৱা তান্নফমসি মহারানীনা ওইখ্রে।

থেঙ্গু ওনখ্রবী লৈম- শমশাংবী মপানা পীরম্বা মণিগী পাঙ্গলনা মহারানী ওইরম্বা মপোক কাউদ্রি, মচাবু নীংশিংদুনা তত্তনা কপ্লম্মী। নোংমদি ঙা ফাবা অমগী লাংদা থেঙ্গু

থুরম্মী। মাবু শোয়দনা হাৎলগনি খঙবনা মপাগী মণি থীবোং থীরিন্দা লোৎলম্মী। মথ্বায়সু মণি লোৎলিবা মফমদা লৈরম্মী। ঙাফাবনা থেঙ্গু হাৎলগা শেম্বদা মথীবোং- মরিন লৌথোক্লগা মাগী ইংখোল চুথেক্তা ফুল্লম্মী। ইকুই কুইদনা মফম অদুদগী লৈহাউ পাম্বী অমা হৌরকখি। চহী অহুমগী মতুংদা লৈহাউ পাম্বী খোইথুম্নবা মনম চেনবা লৈ শাৎলম্মী।

মতম অসুম হৌখিবা খঙহৌদে। লৈম- শমশাংবীনা পোকচবা নিংথৌগী মচাদু পুংকক চাউরক্লে। নোংমা কোনুংগী অঙাং মমান্নবা খরগা লোয়ননা রাজকুমারদু মফম কয়াদা শান্নবা চৎলম্মী। মখোয়না ঙাফাবগী ইংখোলদা শাৎলিবা সনা মচুগী লৈহাউ উরুরে। অঙাংশিংনা উথক্তা কাদুনা অপাম্বা লৈহাউ হেক্লগা মখাদা কৃমথরকখি। অদুবু রাজকুমারদি মতোন লোম্না কাখৎতুনা খ্বাইদগী ফজবা লৈহাউ অমা হেক্রবা হোৎনরম্মী। মতম অসিদা উনা- উশা মবক্তগী মেঙলবা নুংশিববা খোঞ্জেল অমনা হায়বকখি, "ইমাগী ইবুংঙো, ঐসি অচম্বা লৈহাউ নত্তে, নঙবু পোকপী নমা লৈম- শমশাংবীনি। ঐবু উমংদা হিংচাবীনা হাৎলবদা ঐগী থবায়না মথং মথং শাইওল্লকপনা লৈহাউ পাম্বীসি ওইনা হৌরকপনি। হৌজিক কোনুংদা লৌবিবী মহাবানী অদু ঐবু হাৎখিবা হিংচাবী অদুনি। মানা লৈবাক অসি তুম্না মাঙহল্লক্কদৌরি। নঙ চেকশিল্লু। লৈবাক প্রজাবু, নপা নিংথৌবু লোয়ননা নমা ঐবু কল্লু। লৈবাক্লা শাবা নুপীগী মৃর্তি অমদা ঐনা ওল্লিবা পাম্বী অসিগী লৈহাউ পবেং অমা হুক্লবদি নমা ঐগী হান্নগী শকফম ওল্লক্কনি। বাফমসি নঙ কনাদসু তমথোক্কনু।"

রাহৈশিংসি তাবদা নিংথৌ মচাদু কিবগুম ঙকপগুম তৌরম্মী। অদুবু মহাক লৈহাউ পাম্বী অদুদা লাইবক শোক্লা খুকুম্নম্নগা কোনুংদা হল্লকখি।

রাজকুমারনা মপা নিংথৌদা লাই শাবা অমা কৌরগা য়াম্না থুনা নুপীগী মূর্তি অমা লৈবাক্লা শাহনবীয়ু হায়জরম্মী। মচাগী অপাম্বাসি পাঙথোক্লবা নিংথৌনা মূর্তি শাবা অমা কোনুংদা কৌখৎলম্মী।

মহাবানী হিংচাবীনা কোনুংগী চুম- শো পায়বতা নত্তনা লৈঙাকপগী থবক্তসু খৃৎ থিংজিনবা হৌবকখ্রে। মাগী মচিন- মনাও, মবুং- মপ্পাশিংগী চাকথা হুন্নবা থৌরাং পাযখৎলম্মী। নুতি নুমিৎ খুদিংগী উমংদা শাদানবা মী তরা তরা মখোয়না চান- থক্লবা পোৎলম কয়াগা লোয়ননা থারম্মী। চৎখিবা খোঙবু অয়াম্বনা হল্লকখিদে। রাজকুমার লৈহাউ ওনখ্রবী মমাগী ব্রা থাজরক্লে। মহাক্লা মপা নিংথৌদা শাদানবশিং অথাপ্পা উমংদা অমুক হন্না থাবীদনবা হায়জবম্মী। অদুবু নিংথৌনা য়াখিদে। নোংমা অঙাং অদু লৈহাউ হৌফমদা লাক্কুনা হংলম্মী, "ইমা, হৌজিক ঐনা তৌগদবসি করিনো?"

মমানা তাক্লকখি, "ঐনা তাইবং মী নমা অমুক ওল্লক্লবদি মপোক অহুম লাম্হোকখ্রগনি। অদুগী মথক্তা ইপাগা মরী লাপথোক্লখিদুনা তেংবাং ফংবা ব্রারগনি। মরম

অদুনা ঐ মতম খরা লৈহাউ পাশ্বী ওইনা লৈখিগে। নঙ উমংদা চৎলু, অদুগা 'হা ইপু শোরারেনগী য়াইশ, ইমা- ইপাগী য়েক্লবা মাঙহনবীয়ু' হায়না কপ্পুনা লাউরু। হিংচাবী মহারানী অমদি মাগী মরী- মতা পুম্নমক মাঙহনখ্রবা তুংদা ঐবু তাইবং মী ওলহল্লু।"

মমাগী য়াথং মতুং ইন্না অঙাং উমংদা চত্তুনা মপু য়াইশদা ৱাকৎলুরে। শাউরবা য়াইশনা থারকপা য়াথং মতুং ইন্না মালেমদা লৈবা শামুশিংনা লৈমা- শমশাংবীগী য়েক্লবা হিংচাবা হিংচাবীশিং তুম্না হাৎখিবগা লোয়ননা কোনুংদা লান্দাদুনা হিংচাবী মহারানীবুসু হাত্তোক্লম্মী। রাজকুমার খুদক্তা লৈহাউ হেক্লুরগা পরেং লেংদুনা লৈবাক্লা শাবা নুপীগী মূর্তিদা হুক্লম্মী। অঙকপনি, মূর্তিদু লৈম- শমশাংবীগী অশেংবা শক্তম ওনখ্রে। লৈবাক মীয়াম থৌদোকশিংসি ঙক্লা য়েংনরম্মী। নিংথৌনা মহাক্কী অশেংবা মহারানী অমসুং মচাবু চেৎনা কোল্লগা মমীৎতগী মপি শিন্থুনা ঈশ্বরবু থাগৎলম্মী।

***

ইমা, ইমা, নুংশিবী ইমা,
লৈতে তাইবংদা নঙগুম্বী অমা
কৎথোক্লবীনি নঙদি নপাবীগীদমক
অৱাবা কাউববীনি নমোমগীদমক।

# চীংলাই

মতম অমদা লাইর- চুতৎনরবা লমজা অমা লৈরম্মী। মহাক পুকচেলদি য়াম্না শেংলম্মী। শৃফম- নোম্ফম থিবদা ইফং ফংদবনা মহাক হিংবদা য়াম্না ৱারম্মী। মশক- মতৌ ফজবা, মপাঙ্গল কনবা পাখং ওইববস লাইববনা মবম ওইরগা কনানসু মহাকপু শাংথাবীরমদে। নিঙোল পোকপা মমা- মপাশিংনা ময়া- মমাক ওইনীংলমদে। মহাক য়াম্না তোন্না ঙিংঙি অদুবু থম্মোয়দি চাউই হায়দুনা খ্বাইনা মহাকপু তোঞ্জাউ কৌরম্মী। ঈপাস্থা চৌগংলকপদা অচৌ- অচৌবা পাৎ- তুবেলদগী ঙাশিংনা লোক্তা ঈঙাং চাবা চাযগংনবকই হায়নবা তাবদগী তোঞ্জাউ যাম্না চাউবা লৃ অমা তন্না শাদুনা লোক অমদা থম্লরে। চুম্মী, নোংঙানবা অয়ুক্তা মহাক্না লৃ কাইরবদা নুংঙা- খবগা ঙমু তরাগা চঙলম্বদা মহাক যাম্না হরাওরম্মী। মথং নুমিৎসু মহাক আশা চাউনা লৃ কাইবা চৎলম্মী। মহাক্না লৃ চিংখৎলুবদা য়াম্না লৃম্লম্লে, মনুংদা চঙলিবা জীবদু উবদা মহাক কিদবা ঙমখিদ্রে। লৃদু কংফান্দা চিংখৎলগা মহাক খোঙকাপ খবা হন্দোক্লুনা যাম্না মুন্না য়েংলম্মী। মচী অনী, মখোঙ নিপাল পানবা লাইবেন্নি হায়বা খঙলে। লাইরেনগী মমীৎ অনীদু মৈবুলগা মান্ননা লংলম্মী। মকোক্না অখৃবা লৃনীংলোমদা চঙলুবদগী তুংলোমদা হন্দোক্লবা হোৎনখিবা লাইরেন অদগী মচী অনী পজেংগী কারক্তা লিংথোক্লুনা পনখিবা জাৎনি। মহাক লেঙবা ঙমদনা য়াম্না ৱানা খাঙলম্লে। লৃনুংদগী নাম্থোকপা ঙমদ্রবা লাইরেন্দু হাৎনবা তোঞ্জাউনা মচীন তুম্বা চৈ কোইথি থিরম্মী।

মতম অদুদা লাইবেন্দুনা তাইবং মীরোন্দা লাউরকখি, "হে নুপা, নঙ ঐগী থৱায় কল্লু। নঙনা ঐবু খঙদ্রে। ঐ লাইবেনশিংগী নিংথৌ চীংলাইনি। চাক্তাবা লাকপদা নঙগী লৃদা চঙলে। ঐ য়াম্না বারে। ঐবু থাদোকউ। ঐ নঙোন্দা বর অমা পীগে, ৱাশক্লুনা হায়রি।"

তোঞ্জাউ থাঙ্গৎলুবা চৈ থাদোক্লুনা মহাক্কী লৃগী অকনবা পজেংশিংদু থুদেক্লম্মী।

লূ শীদোকপা লোইরবদা লাইরেনগী অৱাবা কোক্লে।

তোঞ্জাউনা হায়রম্মী, "হৌজিক্তি নঙ চৎখিবা য়ারে। য়েংঙু, নঙবু কন্নবা হোৎনবদা ঐনা মতম য়াম্না চঙনা শাজখিবা লূ মাঙহল্লবনি।"

"ঙাইখো নুপা, লাইবেন ঐখোয়দি হায়দোকখিবা ৱাশক ঙাক্লা চৎনৈ। নঙনা খঙনীংবা, হৈনীংবা নত্রগা অপাম্বা ৱাফম অমা হায়য়ু, ঐনা থুংহনগনি। নঙোন্দা বর অমা পীবমদনা ঐ খক চৎলোই।" লাইরেন্না খুল্লকখি।

তোঞ্জাউ ঙাইহাক ৱাখল তৌরগা হাযবম্মী, "ফরে, অদুদি তাইবংপানবদা লৈরিবা জীব পূম্নমক্কী মরোল খঙবা ঙম্বগী শক্তিদু ঐঙোন্দা পীনবীয়ু।"

চীংলাই নোক্লম্মী। মহাক তোঞ্জাউদা মুন্না য়েংলগা মখা তাবকখি, "শক্তি অদু ফংনবা বর ঐনা নঙোন্দা পীববনি। অদুবু থুগাইবা যাদবা ৱাফম খবদি নঙ ঙাক্লা চৎপা তারে। অহানবদা, বব অসি নঙনা ঐঙোন্দগী ফংবনি হায়বা কনাদসু হায়দোকপা যাদে। করিগুম্বা থৌশাদবদগী হায়দোকপা তাববদি ঐনা নঙবু খুদক্তা হাৎপা লাক্কনি। অনীশুবদা, ঐনা হেক শিখিবা মীকুপ্তা নঙোন্দা লৈরিবা ববগী শক্তি অদুম মথন্তা মাঙখ্রগদর্বনি। ফবে, চেকশিল্লু, হৌজিক্তি ঐ চৎলগে।"



*চীংলাই খেক- লাউদুনা চীংথক্লোমদা হাইগৎখ্রে।*

চীংলাই খেক- লাউদুনা চীংথক্লোমদা হাইগৎখ্রে। তোঞ্জাউ চপ লেপ্পুনা লৈহৌরম্মী

# চীংলাই

মতমদুদা লোকপান্দা হৌবা তেরা পাম্বীগী উশাদা নাইতোম তোংবা লমখুনু অমনা কুক্রু-কু-কু-কু, কুক্রু-কু-কু-কু হায়না খোংলকখি। মদু মহাক্কী নাকোংনা অসুম্না তারম্মী—

চৎখ্রেদো নঙদি চান্নবী
ঐগীদি থব্রায় ওইরিবী।
লৈরিবগে কবি লমদা
তাক্লকউগবা ঐঙোন্দা।
ইল্লক্কে ঐসু নতুংবু
থাদোক্লম্লগা তাইবংসিবু।

থম্মোয় কায়না তেংথাবিবদু তাবদা তোঞ্জাউ ইঙক ঙক্লম্মী। তুংদা মহাক চীংলাইনা পীবা বরগী শক্তি ফংলে হায়বা খঙলকখি। মহাক্না ময়ূম হল্লকপা লম্বীদা জীব কয়ানা ঙাঙন-শানবা তারে, মরোল খঙলে।

তোঞ্জাউ অহীং নুংখিল অনীমক্তা নুংঙাইনা পোৎথাবা ফংলক্তবা মতম কুইরে। কৌজেং হাবৌদগী হৌরগা উচেক-ব্রায়া, কনানা মচা কায়নবগী, কনানা মশাবী শেৎনবগী, কনা অমনা চাবা ফংদবগী অরাবনা থল্লবা তেংথাখোলনা মহাক্কী নাকোংদা অসুম তত্তনা যৈরকপদা মহাক সংসারগী ফজবা মশক উরক্ত্রে। পোৎথাবা ফংনবা উপায় থিবদা মহাক্কী নাকোং অনীমক্তা লশিংনা মেল্লগা থাঙলম্মী। মঙোন্দা কন্না ওৎখিবা ব্রাফম অমনা মহাক্কী ব্রা অতোপ্পা জীবশিংদা খঙহনবা ঙমখিদবদুনি।

নোংমা তোঞ্জাউ শুক্লবা উমং অমদা শীং চনবা লাক্লম্মী। মহাক্না উরুমদা ঙাইহাক পোৎথারিঙৈদা ওয়থংবা নাগী লশিং লৌথোক্লম্মী। মহাক্না ঙারিবা উদুগী মতোন্দা তোংবা ক্বাক অনী ব্রারী শানবা তারে। মদু তোঞ্জাউনা খঙনবা হোৎনরম্মী।

ক্বাক লাবনা হায়রকখি, "মসিগী নুপাসি মমীৎপু তাঙবরা করিনো, মমাঙদা খূদোপ অমা তারিবসি খুন্দেনে।

ক্বাক অমোম্না হংলম্মী, "কনাগী খুদোপ্পো তারিবসিবো, মসিনা করি কান্নগনি?"

"লৈবাকসিগী যুবরাজগী খূদোপ্নি। নোংমা মহাক্না শাদানবা লাকপদা খূদোপসি মফমসিদা তাহৌবনি। মণি থিনবা খূদোপসি মাঙখিবদগী যুবরাজ ব্রাখল নুংঙাইত্তবনা পুক্লীং য়াম্না শোক্তখ্রে। নুপাসিনা খূদোপসি যুবরাজদা পীরুরবদি লন-থুম য়াম্না ফংগদৌরিবনি।"

ব্রারী শানরম্বা ক্বাক অনী পাইখ্রে। তোঞ্জাউ হৌগত্তুনা মাঙগী নাপী মরক্তা কোইথি থিরম্মী। মহাক্না ফজববা মণি থিনবা সনা খূদোপ অমা ফংলে। মহাক হরাওনা ময়ূমদা

হল্লক্রম্মী।



*ক্কাক অনী ৱারী শানবা তারে।*

নোংঙানবগা তোঞ্জাউ কোনুংদা চৎলম্মী। মহাক্কী মমিং- মথা, লৈফম্মচিংবা থোঙাকপশিংদা ফজনা তাক্লগা যুবরাজ অমুক্তং উনজগে হায়জরুই। নিংথৌ মনাইশিংনা মাবু যুবরাজগী যূমদা পুশিনবীরে। তোঞ্জাউনা যুবরাজদা মণি থিনবা সনা খূদোপ্পু কৎলম্মী। মাঙলুরবা খূদোপ অমুক হন্না ফংবদা যুবরাজ হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে।

"তোঞ্জাউ, খূদোপ অসি নঙনা কদায়দগী ফংবগে?" যুবরাজনা হংলকখি।

"মসি ননাই ঐনা উমংদ' শীং চনবা চৎপদা খুঞ্জবনি।"

"ঐগীনি হায়বসি করম্না খঙবগে?"

"ননাই ঐহাক খূদোপসিগী মপু খঙজদে। অদুবু অসুক য়াম্না মগুণ লৈবা খূদোপ্পু ঐগুম্বা লাইর চুদৎনব মীশক অমনা সিবদা পকচরোই। শেংনা হায়জরবদা খূদোপসিগী মপূ নিংথৌ নত্রগা যুবরাজগী ওইফম থোকই খঞ্জদুনা পুজরকপনি।"

"চুম্মী, মসি ঐগী খূদোপ্নি। ঐনা শাদানবা চৎপদা উমংদা মাঙহৌবনি। হৌজিক নহাক্না খুল্লগা পুরকপসিদা ঐ হায়ফম খঙদনা নুংঙাইরে। হায়য়ু নহাক ফম্নাইবা পাম্ব্রা, নত্রগা মসিগী মমল সনা- লূপা পাম্ব্রা?"

# চীংলাই

"ননাই ঐনা পেঞ্জবা অমদি পামজবসি যুবরাজনা হৱাও- নুংঙাইবগা লোয়ননা ঐঙোন্দা নুংশিবা উৎপীবা অসিনি। মসিদগী হেনবা ঐ মনা অমত্তা পামজদে।"

"সাবাস তোঞ্জাউ! ঙসিদগী নঙ ঐগী মরূপ ওইরবনি। ঐখোয় অনী ইতাও শান্নরসি। হৌজিকমক ঐঙোন্দা ইতাও হায়না কৌ।"

"হায়হৈদে যুবরাজ, ঐগুম্বা লাইরবা তোল্লবগা।"

"য়ারোই হৌজিকমক ইতাও কৌগদবনি। অদুগা, নহাক লূপা খাউ অমসু পুখিগদবনি।"

"যুবরাজগী য়াথং ফিগাউ শানা য়াজরে, ইতাও হায়না কৌজরে।" তোঞ্জাউ লৈথোকপা য়াররোই খঙনা হায়বকখি।

তোঞ্জাউ লূপা খাউ অমা পুরগা ময়ূমদা হল্লক্লে। মহাক ফৌ-চেঙ মরাং কায়না বানশিনবগা লোয়ননা ফজবা ফি-রোলসু লৈবা ঙমজরে। তোঞ্জাউনা লাইবক ফখিবগী নাবীসিদা লৈকাই- খুনগী মী পূম্নমক নুংঙাইবম্মী।

নোংমা তোঞ্জাউ কোনুংগী অঙম- অথৌশিংনা শীল্লগা শান্নবা শগোল কাঙজৈগী কুম্মে অমা য়েংলম্মী। যুববাজগী কাঙবুগা মন্ত্রী মচাগী কাঙবুগা শান্নবনি। মন্ত্রী মচাগী কাঙবুনা খরা লাকচবগুম উবদা মহাক থৱায় নুংঙাইরমদে। মশামক কাঙজৈদু শান্নবা যাওরগে লেপ্লম্মী। মবম অদুনা যুবরাজগী কাঙবুনা মীরৈবাক্তগী মশা ফবা মপাঙ্গল কনবা শগোল থিবা চৎপদা মহাকসু য়াওবম্মী।

লৈবাক অমা য়ৌরকপদা মখোয় শগোল লল্লোনবশিংগা উনরে। অচৌবা শগোল শঙ অমদা মখোয়বু পুশিল্লম্মী। মাগী মাগী অপাম্বা খন্নদুনা মমল হুন্নখি। মতম অসিদা কাচিন্দা পুল্লিবা, শোনমনবনা চুম্না লেপ্পা ঙমজদ্রবা, থৌশাবীদ্রবা শগোল অমনা হন্না হন্না খোংলকখি। মিং ... হে ...! মিং ... হে ...! মাগী মরোন্দু তোঞ্জাউনা খঙলে। অসুম্না হায়বিবনি - 'ও! তাইবং অপঙবশা, ঐবু করিগী খঙবীদ্রিবনো? ঐ শোরারেনগী শগোল অপাইবগী মচানি। ঐবু থাদোকপীরগা ঐনা পামজবা শজিক থিদুনা চাহল্লবদি ঐ য়াম্না থুনা নোয়গনি, পায়বসু ঙমগনি।"

তোঞ্জাউ শগোলগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মখূৎনা নানবীরম্মী; ললোনবশিংদা মমল হংলে। শগোল মপুনা খুম্নকখি, "মহাশয়, শগোল অসিবু পাম্বীরবদি পীনীংবা খরা হেক্তা পীরগা লৌবীয়ু, ঐ মমলকা থিজরোই। মসি থাকপদা ঐ য়াম্না ৱারে।

মমল পীদনা লেম্না পোৎ লৌনীংদবদগী তোঞ্জাউনা শগোল মপুদা শেল অহুম পীবা উবদা মরূপশিংনা মহাকপু ঙাওরে হায়নরম্মী। তোঞ্জাউনা চুম্লী থোক্তুনা লমহাংদা পুথোরকপদা শগোলনা কন্না খোংলগা অসুম্না হায়রকখি – 'ঐবু থাদোকউ, ঐনা পাম্বা

শজিক চারুরগা য়াম্না থুনা হল্লক্নে।'

তোঞ্জাউনা শগোল থাদোকখ্রে। শাগোল হরাওনা চেনখি। তোঞ্জাউনা তৌরিবদু য়েংলগা ময়াম ঙকপদা নত্তনা নোক্লবসু য়াওরম্মী। অদুবু তোঞ্জাউগী শগোল ঙাইহাক্কী তুংদা হল্লক্নে। মতু মমানসু য়াম্না খীঙনা উরে।

মাগী মাগী অপাম্বা শগোল লৈনরগা থা অনীগী খোঙচত্তা লৈরুরবা যুবরাজগী কাঙবু মরৈবাক্তা হল্লক্নে। হৌজিক তোঞ্জাউগী শগোলনা চপ- চানা নোয়রকপা উবদা মরূপশিংদু ঙক্লরম্মী।

তোঞ্জাউ শগোল কাঙজে শান্নরোই ওইরে। থোইদোক হেন্দোক্লা হৈ- শিংবা শান্নরোই ওইবগীদমক ময়াম্না মহাকপু থাগৎনরক্নে। মহাক্না য়াওরকপদগী যুবরাজগী কাঙবু মপাঙ্গল য়াম্না কনখৎলক্তুনা মন্ত্রী মচাগী কাঙবুনা লাকচদ্রে। তোঞ্জাউগী শাগোলনা লমজেল য়াঙবগী ব্রারী অয়েংবা পূম্নমক্না লীনরকখি। অদুবু তোঞ্জাউ নত্তনা শগোলদুগী মথক্তা কনানসু তোংবা য়ারমদে, হেক্তা লৈমায়দা লংথরম্মী। নৌনা য়াওরকপা তোঞ্জাউগী হৈ- শিংবগী ব্রারী তাবদগী রাজকুমারী নোংমা কাঙজৈবুংদা শগোল কাঙজে শান্নবদু য়েংবা লেঙথোরকখি। নাকল অনীমক্না চেকশিন্না শান্নরম্মী। মন্ত্রী মচানা ময়ামদগী খরা হেন্না হৈ হায়বা উৎননবা কন্না হোৎনরম্মী। অদুবু মহাক তোঞ্জাউগা লাম্বা পাবদি ঙমখিদ্রে। তোঞ্জাউনা থংন- থংনা পাঞ্জল মঙা চনবদগী মন্ত্রী মচাগী কাঙবু মায়থীবগা শান্নবা লোইশিনখি। মথং শীংনবগী নুমিৎ লাউথোক্লবা তুংদা তোঞ্জাউ ময়ূমদা হল্লক্নে।

মন্ত্রী মচাগী কাঙবু ইজ্জৎ কন্নবা লৈজবী থাদুনা ঔরাইরম্মী। শীংনবগী নুমিৎ য়ৌরক্নে। শান্নবা হৌনবা থৌরাং তৌনরক্লবা মতম ফাওবদা তোঞ্জাউ য়ৌরক্নে। মহারাজ সনা মীৎয়েং তারিবনিনা ঙাইনবগী তাঞ্জা থোক্নে, শান্নবা হৌরম্মী। তোঞ্জাউ য়াওদবদা যুবরাজগী কাঙবু য়াম্না নীংহন্নখি। মন্ত্রী মচাকী কাঙবুনা লাকচনা উরে। পাঞ্জল মরি থোইদুনা লৈরি। তোঞ্জাউ য়াম্না থেঙনা থুংলখি। যুবরাজ শাউবনা থক- থক নিক্লম্মী।

"ইতাও তোঞ্জাউ! করিগীনো থেঙলক্লিবা?" যুবরাজ শাউনা লাউরকখি। মসিবু ফাগিরা? নঙনা থেঙলকপগী মরম হায়য়ু, থৌশাদবগী ওইরবদি দণ্ডি ফংবা তারে।"

"যুবরাজ, ব্রাফমদু হঙ্গৎচগে। ময়াম মরূপ পূম্নমক্কীদি চাক থোংবীনবা লৈবনিনা ঙক্তা থৌরাং তৌনবা ঙম্মীদো। ঐগীদি কনাসু লৈজদবনিনা চান- থক্লবা হোৎনরিঙেদা খরা থেঙজখ্রে, ব্রারৌবীগনু।"

যুবরাজ ঙাইহাক ব্রাখল তৌরগা হায়রম্মী, "মী অমগী মহুৎ শিল্লরো। পাঞ্জল হন্দোকপা ঙল্লবদি মনা অমা লৈরে হায়বা খঙঙু।"

তোঞ্জাউ কন্না শান্নখি। য়াম্না থুনা পাঞ্জল শিংদোকপতা নত্তনা মখোয়গী কাঙবুনা

অনী থোইরগা নুমিৎ তাখিবদগী শান্নবা লেপ্লম্মী।

মথংগী নুমিৎতা যুবরাজনা তোঞ্জাউদা চিঠি অমা থারক্লম্মী। মরোন্দি অসুম্না ইরকখি — "ইতাও, ঐনা ঙরাং নঙোন্দা ৱাশকখিবা মনাদু কাউবীরব্রা? খোয়দাবীদ্রবসু লৎনবদি তৌবীগনু। ইতাওদা ঐগী অমখক্তং লৈজবী ইচল কচ্চনবা হৌদোক্লুবা ৱাফম্দু পাবুং মহারাজনা য়াবীরকপদগী ঐ হরাওমনখ্রদুনা পাউসি থাজরক্লিবনি।"

নুংঙাইবগা ঙকপগা পূনখিবদা তোঞ্জাউ ৱা ঙাঙথোকপা ঙম্লমদে। মহাক লাইবক য়াম্না ফরে হায়বগী পাউ যুবরাজদা হনখ্রে।

তোঞ্জাউ রাজকুমারী লুহোংদুনা মমাক ইবুংঙো ওইবে। লন- থুমগী অৱাংপা হায়বদু লৈত্রবনি। রাজকুমারীনা মহাকপু য়াম্না নুংশিনা সেবা তৌরম্মী। হাওর- হাওরবা মথেল লুকোই কয়া শেমদুনা লানশিল্লি। নোংমদি, তোঞ্জাউ মপান মাঙ্গোলদা পোইনু- নুংশা য়াইদুনা শারেং ঙারেন চারম্মী। ওম্মোক্লা হাওখ্রবা জাৎনি। মনাক্তা সেবাগীদমক শুমহৎনিঙাই ওইববী নিংথিবী রাজকুমারী ফম্লি। মদুসু থোইদোক হেন্দোকপা মথেল অমনি। তোঞ্জাউ চারম্বা চপ লেপ্তুনা মথন্তা থীক- থীক নোক্লম্মী। ঙাইহাক লৈরগা অমুক শাউগৎলকখি, মচান্দগী হায়দোকখিবা খঙহৌদ্রে- 'তুকচ্চেদা, ফৎখিদ্রেদা!' মপুরোইবগী মতৌসিদা রাজকুমারী ইঙক ঙক্লম্মী। চাক-য়েঙ্খাংদা করি অশোয়বা য়াওখ্রবগে খন্দুনা মথ্বায় ৱানা হংজরম্মী —"কৰি অশোয়বা য়াওখ্রবগে?" তোঞ্জাউনা করিসু তৌদে হায়না খুম্লকপদা রাজকুমাবী পেল্লমদে। রাজকুমারীনা হঞ্জিন হঞ্জিন হংবদা মহাক্লা নোকখিবা অমদি শাউখিবগী মবম তাকউ হায়বা য়াখিদ্রে। খঙহৌদনা লাকখিবা পুক্নীংগী ঈহুলনা মপান থোকখিবনি, থোইদোকপা ৱা লৈবা নত্তে হায়না রাজকুমারীবু থেমজিনখি। মদুনা রাজকুমারীগী নুংঙাইতবা ফাথবদি ঙমখিদ্রে। মহাকপু উশিৎপিদ্রে, খঙনীংবা ৱাফম নমথবীরে হায়না য়াম্না ৱারৌখ্রে। মহাক অহীং চুপ্পা তূমদনা খল্লম্মী।

নোংঙানবগা রাজকুমারী মপাবুং মহারাজদা ৱাকৎলম্মী, "পাবুং মহারাজ, ঐনা থোংবা চাক-য়েঙ্খাংবু নমাক ইবুংঙোনা পেনবীদ্রে। মহাক্লা নোক্রে, করেম্নে, তুকচ্চে হায়। মরম হংবদা তাকপীদে, থৌশাবীদে। মহাক্কী লোনচৎ চুমথোকপীয়ু। ঐবু ইজ্জৎ তৌবীদবা ইপুরোইবগী সেবা ঐ অমুক হন্না তৌবা ঙমজরোই।"

মহারাজনা তোঞ্জাউবু কোনুংদা কৌখৎতুনা মচানুপীগী ৱাকৎকী মতাংদা ৱা হংলম্মী। তোঞ্জাউনা নোকখিবা ঙাঙখিবগী মরম তাক্তে, অসুম নীংশিংবা অমা লাকপদগী তৌখিবনি হায়বসিদগী হেন্দ্রে। মহারাজ য়াম্না শাউরম্মী। রাজকুমারীবু মমৌ ওইবা ফংহৌদবগী কল্লকপনা লমন খুম্নীংদুনা লৈরম্লবা বর মন্ত্রীগী ৱা লূম্না পুখৎলকখি। লৈবাক নিংথৌগী মফমদা উশিৎতবা ব্যবহার উৎপগীদমক তোঞ্জাউবু শিবগী চৈরাক পীনবা য়াথং

লাউথোকহনখ্রে।

মথং অয়ূক্তা তোঞ্জাউবু মীহাৎপূংদা পুথোক্লম্মী। লৈবাক মীয়াম পৈরে, অকি তুজুংগী অচৌবা কুম্মে অমনি। মতম অসিদা তোঞ্জাউনা লাউরকখি, "মহারাজগী দণ্ডি ফংজদ্রিঙৈদা ননাই ঐনা ৱাফম অমত্তং হঙ্গৎচগে, লোয়ননা ঐগী শগোলবুসু ইনাক নক্লা লৈহনবীয়ু।"

তোঞ্জাউগী অপাম্বদু মহারাজনা য়াবীরে।

তোঞ্জাউ অমুকসু খোঞ্জেল ৱাংনা লাউরকখি, "মহারাজ, ঐগী ৱারী তাবীয়ু। ঐনা চাক চারিঙৈদা নোকখিবা অমদি শাউখিবগী মরম হায়জরগে। ঐনা চাক চারিঙৈদা লৈমায়দা তাখিবা চাক মরু অমা ককচেং অমনা য়াম্না ৱানা ফনা শাংনা চিংলগা পুরম্মী। তাঞ্জাদুদা হয়িং অমা পাইশিল্লক্লুনা চাক মরু অদু ককচেংদগী মুন্নবা হোৎনখি। ককচেংনা হায়জে— 'মরূপ, তৌবীগনু থাদোকউ। নঙদি নশা পানবনিনা কোয়না পাইরগা চীঞ্জাক থিবা ঙম্মীদো, ঐদি থাপ্না চৎপা ঙমজদবনি, মসি য়াম্না ৱানা পুজরকপনি।'

হয়িংনা খুমখি— 'মরূপ, চাক চাবিবা তাইবং মীগী মনাক্তা চাক ময়াম তারি। ঐ অমত্তং পুগে হোৎনবা কুইরে, হেক্তা তাম্থোরকই। অকোনবসিদি ঐ শিনীংচিত্তা মাগী খূবাক্তুগী নাম্থোরকপনি, ঐ অমুক নকশিল্লুবা য়াররোই। নঙদি চঙনীংবা মতমদা চঙলগা পুনীংবা মখৈ পুরকপা য়াগনি। মরূপ, ঐগী ইচাশিংদু মপুক য়াম্না লামহৌবে। চাকসি ঐ পুখ্রগে।' অসুম্না ককচেংগা হয়িংগা ঙ'ঙনবসি তারগা ঐ নোকখি। অদুগী তুংদা মথৌ য়াম্না চিনবা শাবা হারৌ অমা পাইশিল্লক্লুনা মখোয় অনীদগী চাক মরু অদু মুনবীখ্রে। মদু উবদা ঐ শাউনীংখি, নম্ফু কনবা জীবদুদা ঐনা চৈখি।

তোঞ্জাউগী ৱাদু য়ানীংদবগুম মীয়াম্না লাউরক্লে। ৱারেম্নী হায়নরম্মী। করম্না তাইবং মীনবু ককচেং অমসুং হয়িংগী মরোল খঙবা ঙমগনি, ওইথোক্তুবা ৱানি হায়বসিদা নিংথৌ অমদি ফম্নাইবশিংনা থৌশাবীদ্রে। তোঞ্জাউ য়াম্না নুংঙাইরমদে। মহাক ময়ামগী খোল্লাউ নমহৎতুনা মতৌ করম্না মহাক্কী লূদা চীংলাই চঙলম্বা, চীংলাইনা মঙোন্দা তাইবংগী জীব পুম্নমক্কী মরোল খঙবা ঙম্বগী বর পীরম্বা, থৌদোক অদু লীবম্মী। ৱারী হেক লোইশিল্লকপা মীকুপমক্তা নোংপোক চীংদোন্দগী মমীৎ মৈবুন থান্দুনা চীংলাই, খেক- লাউদুনা পাইথরকখি। ময়াম পূম্বা পাখৎনরে। খুদক্তা তোঞ্জাউ মহাক্কী শগোল মথক্তা চোংখত্তুনা চীংলাইগী মাঙদা পাইরম্মী। মীয়াম কিবনা শমজি- খাইনা চেন্নরম্মী। চীংলাইনা তোঞ্জাউবু য়োৎকদবগী পাইশিল্লক্লে। তোঞ্জাওসু মহাক্কী শগোলবু য়াঙনা পাইহনখি। চীং- পাৎ, সমুদ্র, উমং, ৱামং কয়াগী মথক্তা করিগুম্বদনা য়াম্না নেম্না, অয়াম্বা মতমদদি লৈচিল ফাওনা লৈ- লৈদুনা শাগোল অপাইবনা মপুবু কন্নবা মপাঙ্গল ফুদোক্লম্মী। চীংলাইদু লৈহৌরবোই

# চীংলাই

নত্রগা মখোয়গী চৎফম খঙখিদ্রবোই খল্লুই, মনম নমদুনা হেক্তা য়ৌশিল্লকখি। লোৎপা, নাম্থোকপা য়াবগী উপায় লৈরমদে। মতম য়াম্না শাংনা পাইরকপদগী চোকথরবা শগোল ঈশিং য়াম্না খৌবাংলক্নে। মদুমক চীংলাইদসু থোকখি। শগোল মমৈ পায়গে পাযগে তৌরল্লবা চীংলাইদু হৌজিক্তি অসুম অসুম লৈথহৌরে। শগোল মিং ... হে, মিং ... হে হায়না খোংলম্মী। ঈশিং থকখিগে হায়রিবনি। খৌরাংবা কোকহুন্দ্রবদি পাঙ্গল লৈবরোই। তোর্বান কাগুপ অনীমক্তা নূংফৌ শেক্তোনা পাকশন্না চাইখাইদুনা লৈবা অচৌবা তুরেল অমা উরে। মদুদা তাবমদাই নুমিৎনা য়েবদা পুমলং লংনা উরম্মী। মদু য়েংলগা শগোল লৈথবকখি। ওস্থোকপনি! শাফু কনমনবদগী ঈশিং মপানগী নূংলক্তা মকোক্না য়ুংশিনবদগী শগোল লেঙখিদ্রে। অৱাংবা অতিয়াদগী চীংলাইনা তোঞ্জাউবু তল্লকখি। খূৎলৈ থুনা অকবা ঈবেন্দা মহাক চোংথরম্মী। চীংলাইসু তোর্বান্দা য়েশিন্দুনা ময়াদা নূং থন্না চঙলে। মাসু লেংখিদ্রে। তোঞ্জাউনা ঈশিংদগী ফাওগৎলকপদা শগোলগা চীংলাইগা অশিবগুম তাদুনা লৈবা উরম্মী।

তোঞ্জাউ মহাক্কী শগোলদা নাল্লগা কপ্লম্মী। মহাকপু কন্নবা হোৎনবীখিবা জীব অদুগীদমক্তদি করিসু তৌবা ঙমদ্রে খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইরমদে। মালেমগী করম্না মফম, কবি লৈবাক য়ৌরকখ্রবনো হায়বা মহাক খঙলমদে। হৌজিক মহাক্কী শগোল অমুক হৌগৎলক্লরোই, করম্না হনগদৌরি খল্লুবদা তোঞ্জাউ ফুম্বংননা ফম্লম্মী। মহাক্কী অচোৎপা ফি কংলকপগা লোয়ননা নুমিৎসু তাখ্রে।

অমম্বা অহীংদুদা তোঞ্জাউ নূংপাক অমদা ফমদুনা মহাক্কী শগোল অমুক হন্না লেঙলকপ্রা হায়না য়েংলম্মী। মতম অদুদা ঈয়াইদা মৈরা অনী অসুম তপ্না তপ্না তাওথরকপা উবম্মী। নকশিল্লকপা মতমদদি হি অমগী মনুংদা ঙানবা ওইরম্লে। অদুগা মখোয়দু মৈরা নত্তে, অশংবা চামোর অমগা অঙাংবা অমগা মায়োক্লনা ঙানবনি হায়বা খঙলে। তোঞ্জাউ ঙক্লা য়েংলম্মী। তাঞ্জাদুদা নূংলক্তা কুন্দুনা লৈবা থেঙ্গু অনী ৱারী শান্নরকখি।

অমনা হায়রম্মী, "য়েংঙু, হিনুংদা ঙাল্লিবা অঙাংবা চামোর অসিনা তৌবা ঙম্বা শক্তিসি, মাবু ঈশিংদা লূপ্লগা চাইরকপা মচুম্না শোক্লুবা জীবদু খুদক্তা উৎ ওনগদবনি। অদুবু অনীরক হন্না ঈশিংদা লূপ্পদি কান্নদ্রে।"

অতোপ্পদুনসু হায়রকখি, "অশংবসিগী মগুণসু খঙনীংব্রা? মাগী মচুম অশিবা নত্রগা অনাবশিংগী মথক্তা চাইবদা হান্নগুম পাঙ্গল কন্না হৌগৎলক্কদবনি। মাবুসু ঈশিংদা অমুক্তগী হেন্না লুপ্লবদি শক্তি পুম্বা মাঙখিগনি।"

তোঞ্জাউ য়াম্না থুনা ঈয়াই তম্না চত্তুনা হিনুংদগী চামোর অনী লৌরম্মী। থেঙ্গুগী মরোল খঙলিবদুনা তাকপদি চীংলাই শিদ্রি হায়বসিনি। তোঞ্জাউ য়াম্না থুনা অঙাংবা চামোবদু

# চীংলাই

খ্বাংগী ফিরৈদা য়েপশিল্লন্মী অদুগা অশংবা চামোরবু তুরেলগী ঈশিংদা লুপ্লগা শগোলদা খিল্লন্মী। শগোল ফুক হৌগৎলক্লুনা খোংলকখি- 'মিং .. হে .. ঈশিং থক্লগা চৎলসি।'

পেন্না ঈশিং থক্লবা শগোলগী মথক্তা তোঞ্জাউ কাখৎলে। শগোলনা পাইনবনা থৌরাংদা লৈবগা তোঞ্জাউনা চামোরগী মচুম চীংলাইদা চাইরগা লংথোকখি। চীংলাইনা গর- গর, খ্রেক-খ্রেক ঙংদুনা হৌগৎলকপগা তোঞ্জাউ চামোর হুন্দোকখ্রে, মহাক শগোল থৌবা হৌরে। চীংলাই খুদক্তা তাল্লক্তে। মখাদগী নুং কামথোক্লগা তোঞ্জাউনা পাইখিবা মায়কৈ য়েংলন্মী। মাসু পেন্না ঈশিং থকখ্রে।

চীংলাই য়াম্না য়াঙনা তানখৎলকখি। থা অমা লাপ্লবা লমগী মনম ফাবা ঙম্বনি। তোঞ্জাউনা লোৎকদবসি কদাইদনো? মা চাউথোক্লা তাল্লকখি। তোঞ্জাউগী শগোল লাকখিবা লম্বী ইন্দুনা হল্লকখি। নোংমগী মতম তান্নরক্লবা মতুংদা তোঞ্জাউ মরৈবাক য়ৌরক্লে। কোনুংগী শুমাঙদা মীয়াম লৈবা উই। তোঞ্জাউ অতিয়াদগী নেমথরক্লুনা লাউরকখি, "ঈশিং পুন অমা পুথোরকউ, হৌজিক চীংলাই নকশিল্লক্লে।" তোঞ্জাউগী নুপী রাজকুমারী নীংঙমদবনা ওন- থোইনা কপ্লুনা লৈরম্বনি। রাজকুমারীনা খুৎলৈ থুনা পুন অমদা ঈশিং হাপ্লগা স্নথোঙ ময়াদা থন্নন্মী। তোঞ্জাউনা মহাক্কী শগোলবু খান্নগা লৈমায়দা লেপহল্লন্মী। মহাক য়াম্না থুনা অঙাংবা চামোর ফিরৈদগী লৌথোক্লুনা পুনগী ঈশিংদা লুপ্লন্মী। তোঞ্জাউনা লেপ্লিবা মফম য়েংলগা চীংলাই খেক লাউদুনা হুমথবকখি। তোঞ্জাউনা চামোরগী মচুম চীংলাইদা চাইখ্রে লোয়ননা চামোরদু লংথোকখ্রে। চীংলাই উৎ ওন্দুনা লৈমায়দা লৈবুং ওইনা লৈখ্রে। খুদক অদুমক্তা তোঞ্জাউগী শগোল নোংথক্লোমদা পাইখৎখি। মা হৌনা হৌনা খোংলন্মী- মিং .. হে ..., মিং ... হে ...। তোঞ্জাউ মাগী মরোলদু খঙখিদ্রে। মাগীদু কায়নরসি, নুঙাইনা পালহৌরো হায়বা ওইরম্বা য়াই খল্লন্মী।

অঙকপা থৌদোক অসিগী মতুংদা তোঞ্জাউগা নিংথৌগী মচা নুপীগা য়াম্না নুংঙাইনা পানখিরন্মী।

***

ব্রাশক চেৎপা মীদি
লাইগী শীংদা চল্লি,
থৌনা ফবা নুপাদি
লেম্মা মিংচৎ তাল্লি।

## তৌবীমল

লৈবাক অমদা য়াম্না খূৎকন পাঙ্গনবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক পুকচেল ফজবা, মীনুংশি খঙবা, থৌনা-লৌশিং চাউবা, নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়বা নিংথৌ ওইরম্মী অদুবু মহাক্কী অরাৎপা অমদি প্রজানা উরম্মী। মদুদি, মহাক্কী মহারানী মচা পোক্তবতা নত্তনা মশকসু থীরে। মতম অমদদি চাংদম্নিঙাই লৈতনা ফজরম্বনি, লাইথোক্তুনা নারুবদগী মমায় চামদুনা শকফম ওনখিবনি।



*নিংথৌ মনাইশিংনা হিদেন অমদা মপা লৈতনা ফজবী নুপী অমনা ঈরুজদুনা লৈরম্বা থেংনকরে।*

## তৌবীমল

মায়চাম্বী মহারানীনা সিংহাসনগী ওয়দা ফম্বদু মন্ত্রী ফম্নাইবশিংনা পাম্নরক্লে। খ্বায়দগী শকহেনবী অমা থিরগা মহারানী হাপ্পীয়ু হায়না নিংথৌদা তোয়না হঙ্গৎনরে। প্রজা মীয়াম্বু পেলহনফম থোকই খন্দুনা মহারানী মশানসু কোনুংথাদোক্তুনা চৎচস্ত্রগে হায়জরম্মী। ফিভম অসিদা নিংথৌগী মনাই- মশলশিংনা মহারানী ওইবদা মতিক চাগদবী থোইদোক-হেন্দোক্লা ফজবী নুপী অমা মায়কৈ ফাংনা থিবা হৌরকখি। অসুম থিরকপদা নোংমদি হি তোংদুনা লাকপা নিংথৌ মনাইশিংনা হিদেন অমদা মপা লৈতনা ফজবী নুপী অমনা ঈরুজদুনা লৈরম্বা থেংনরুরে। মখোয়না নিংথৌদা নুপীদুগী ফজবা পুম্নমক শীংথাদুনা পাউ পীরুরে। নিংথৌ দোলাই তোংদুনা, নুপীদুবু হান্না অমুক্তং য়েংলুখিগে খন্দুনা সনা খোঙলেঙলকখি। চুম্মী, নুপীদু লময়ৌনা ফজবীনি, মহাক্কী শক্লা নিংথৌগী থম্মোয় হূখিরম্মী। অদুবু অৱাবদি নুপীদু লৈশাবী ওইরমদ্রে, মপুরোইবা অমা ইচাউ চাউনা লৈরম্লে। নিংথৌ য়াম্না নীংবা কায়না কোনুংদা হল্লকুম্মী।

সোমদনা নিংথৌ লেঙলক্লম্বগী মরম ফজবীগী মপুরোইবা খঙখ্রে। মহাক থম্মোয় কায়না ৱারম্মী। অহীং কয়া তূমদনা ৱাখল তৌরম্মী। মহাক লাইর- চুতৎনবা নুপানি, যূম্বাল্লকপদগী মহাক্কী নুপীবু মীকুপ অমা ফাওবা নুঙাইনা লৈহনবা ঙম্লক্ত্রি। অয়ুক চারগা নুমিদাং চাদবা কোঙ্গায় ওইখ্রে। মহাক্কী নুপীদা নুংঙাইনা অমুক্তং হিংজরুনবা তাঞ্জা পীবীফম থোক্তৱা হায়না মহাক তোয়না খল্লকখি।

কোনুংগী ৱাফমসি অসুম অসুম কনশিল্লক্তুনা ফম্নাইবা কয়া ফজবী মতৈ- মনাওবু উনবা লাক্লম্মী। মখোয়বু কন্না থেল্লরে। হন্দক ফম্নাইবশিংনা পুরকখিবা পাউদু নুপী ওন্নবগী ৱাফম্নি। নিংথৌ- মহারানী অনীমক্কী পুক্নীংগী অপাম্বনি হায়না তল্লরে। ফজবীনা কোনুংদা, মহারানীনা লাইর- খাংপোকশঙদা, খুদক্তা লাইবক ওম্থোক্লবগী মঙগুল্লবা ৱাফমদু প্রজা মীয়াম্না নৈনরম্মী। নিংথৌনা মশাগী মহারানীবু সনা- লূপা, মীনাই- মীশল, অউনপোৎ কয়াগা লোয়ননা লাইর- মকাদা থিল্লক্কদৌরিবনি। অদুগা, লাইরবীবু কোনুংদা মহারানী ওইহনবা। নাকল অনীমক্কী য়াইফনবা ৱাফম কয়া খন্নরকপদগী মতম কুইনা থম্মোয় শোক্লা কপচরম্বী লাইরবী শকহেনবী মমৈথংদা হোয় হায়খ্রে।

হন্দক লাইরবগা নিংথৌগা নুপী ওন্নবগী থবকসিবু অখঙ- অহৈ, পণ্ডিত কয়ানা বেদ- শাস্ত্রগী ৱাফম পুথোক্তুনা তৌহৈবা- তৌহৈদবগী মতাংদা য়াম্না য়েৎনখি। অদুবু নিংথৌ অমসুং লাইরবা অনীগী মরক্তা লৈরিবা নুংশিনবা, ব্যবহার কায়নদবা মতৌনা ওইরকপা য়াবা লৈবাক ৱাথোকপুদি নমথখ্রে। লাইরবা নুপাদু হৌজিক্তি নিংথৌগী অচানবা মতাও ওইবতা নত্তনা লাল্লোয় হঞ্জবগী ফমসু হাপখ্রে। মহাক্লা নুংঙাই- য়াইফনা পাল্লকপদা নিংথৌ- মহারানী য়াম্না নুংঙাইজরম্মী। পুন্সিগী শক্তম ফিভমগী মখা পোল্লি করম্না হায়রোই,

সোমদসু লাইর- খাংপোকশঙদা লাকখিবী নুপী অদুগী হৈনিংদবা অমদি অৱাবা শক্লোন মচেৎ অমা ফাওবা উরমদে।

মতমগী খোঙলোয় মতুং ইন্না নিংথৌ অমসুং লাল্লোয় হঞ্জবা মচা নুপা অমমম ফংজরে। মখোয়গী থৱায় হকচাং পূম্নমক মচা- মচাদা লুপচরম্মী। লাল্লোয় হঞ্জবগী নুপীনা মপুরোইবগী সেবাদা পুক্নীং চঙজবসি তমজনিঙাই মশক ওইরম্মী। মহাক মপুরোইবনা ফম্নাইবা অমা ওইবগী মতিক- মগুণ ঙাক্লবা তত্তনা ৱা তানৈ। ফিজেৎ- ফিজোন্দা, লৃ- নানবদা লাল্লোই হঞ্জববু শীংথানরকই, কোনুংদা তমজনফম ওইরক্লে। মহাক্কী চমজবা অমসুং পুকচেল শেংবনা মরম ওইরগা নিংথৌনা থাজবা অসুম অসুম হেল্লকখি।

নোংমা লাল্লোয় হঞ্জবনা কোনুংদগী ময়ূমদা হল্লকপগা মহাক্কী নুপীদা তম্লম্মী, "নুপী, হয়েংদি ঐ নিংথৌনা শাদানবা চৎপদা য়াওরুবা তারি। ফম্নাইবা খরসু য়াওগনি। অকন- অথৌ নুপা কুন লোয়নগদবনি। অথাপ্পা উমংদনি। নুমিৎ নীনি- হুম্নি চঙলকপা যাই। শাদানবা চৎপা হায়বসি ঐগী পুন্সিদা মসিনা অহানবনি। থৌরাং তৌসি।"

"হোয়, ননাই ঐ লাঙজগে।" নুপীনা খুম্লম্মী।

নোংঙানবা অয়ুক্তা লাল্লোয় হঞ্জবা শাফি- লানফি শেৎতুনা খ্বাংদা থাঙশাং, নমদা লিকং- তেন, খূৎ য়েত্তা তানা লৈতেংলম্মী। শগোল মথক্তা শাবল- তাইবোৎ হাপকৎপা লোইবগা মহাক্কী নুপীনা অচৌবা পোৎয়োম অমা শিন্নরম্মী।

নুপী নোল্লুক্না পাউমেনলকখি, "ইবুংঙো, নিংথৌ হায়বসি ঐখোয় পূম্নমক্কী মপুনি। অকি- অখং কয়াগী তিনফম ওইরিবা উমংদা নিংথৌবু মীকুপ অমা ফাওবা থাদোকপীগনু। মফম পুম্নমক্তা মহাক্না লোয়নবীয়ু। অদুগা ৱাফম অমনা, করিগুম্বা অপাম্বা পোৎ অমা নীংশিংবীরক্লবদি ঐগী পোৎয়োমসি হাংদোক্লুনা য়েংবীয়ু।"

লাল্লোয় হঞ্জবা কোনুং পাংলক্লে। নিংথৌ অমসুং খোঙলোয় পূম্নমকসু থৌরাং লোইনরম্লে। অকনবা নুপা কুন্না চান- থক্লবা চেঙ- চাক পুদুনা অকনবা খোল্লাউ লাউরম্মী। অদুদগী ময়ামদু উমং তম্না খোঙশাল্লক্লে।

মপান- মখৈ নাইদনা পাক - চাউরবা, শুক্লবা উমংদা নিংথৌনা ময়ায়দা থম্লগা শাদানবশিংদু মিৎ- না চোইদনা মায়কৈ মরি ফাংনা য়েংদুনা চৎলম্মী। অহানবদা মখোয়না শাজল অমা থেংনখি। ময়াম হোৎচিন্দুনা তান্নখি। ফংবা ঙমখিদে, চীংজাউ লান্দুনা চেনখ্রে। মথংদা লমওক অমা উরে, মদুসু লোকচপ অমদা চেনশিনখিবদগী থিবা ফংখিদ্রে। মখোয় ময়ামদু কান্নফম খঙদনা অসুম লাকপদা শজি শল্লুপ অমা শজিক চাদুনা লৈবা উরম্মী। ময়ামদু হোৎচিন্নে। মায়কৈ খুদিংদা চাইখায়দুনা চেন্নখ্রে। তান্নরিবা ময়ামসু পূমচাই চাইখ্রে। নিংথৌনা অচৌবা শজি লাবা অমগী তুং ইন্দুনা শগোল থৌগৎলকপদা লাল্লোয় হঞ্জবসু

ইল্লক্লম্মী। মহাক নিংথৌদগী খক লাপথোক্লমদে। মখোয় চীংজাউ অমগী মথংদা চীংজাউ অমা, লোক অমদগী লোক অমা লান্দুনা শজিদু তাল্লকখি। তেন কাপ্লবা, তা লংনবা তাঞ্জা ইফং ফংলমদে। নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লে। অচেনবসু অতানবসু য়াম্না ৱানবক্লবা মতম্নি। ওস্থোকপনি ! শজিদু নারক্তা মাঙখ্রে, চেনখিফম মায়কৈ খঙনখিদ্রে। হৌজিক্তি, নুংথিলগী মতমসু লোইখিবদগী উমংদু ইমম মমশিল্লক্লে।

"ইতাও, লাল্লোয় হঞ্জবা, ঐখোয়গী মীশিংদু কদোমদা থিরুগনি, ঙম্লরোই, মমশিল্লক্লে। মখোয়না থিবক্লবদি ফরে, নত্রবদি হয়েং নোংঙাল্লগা উনবা হায়বদুনি। ঐখোয় অনী স্বাইদা লেল্লসি।"

"ইনিংথৌগী য়াথংনি।" লাল্লোয় হঞ্জবা শায়াঙথক্তগী কূমথরম্মী।

লাল্লোয় হঞ্জবনা অমোনবা নাপী হৌবা অকোকপা মফম থিরম্মী। মফম চাবা য়েংদুনা মখোয় অনীগী পোৎ-চৈ পূম্নমক থম্লগা শগোল অনীবু মহাক্লা উখোঙদা চেৎনা পুনশিল্লম্মী। ঙাইহাক নাপী মথক্তা ফম্লম্বা নিংথৌ তিংথোক্লনা পোৎথানীংলক্লে।

"ইতাও, নাপী মথকসিদা থানবা ফি অমত্তং পামখ্রেদা। ঐগী পোৎ পূম্নমক খোঙলোয়শিংনা পুখ্রেদো, ওস্থোকপনি ...।" নিংথৌ তপ্না শোল্লকখি।

লাল্লোয় হঞ্জবা মহাক্কী নুপীনা হায়রকপা ৱা নীংশিংলক্লনা পোৎয়োম হাংদোক্লম্মী। অপাকপা ঙৌবোং মরি য়াওরম্লে। ঙৌবোং অনী থারগা অমমম্না ফৈজুপ ওইদুনা মপু মনাই হিপ্লম্মী।

ঙাইহাক পোৎথারুবা নিংথৌনা হায়রকখি, "মৈ থাদনা অহীংসি ঐখোয় করম্না লেনগনি।"

লাল্লোয় হঞ্জবনা মহাক্কী পোৎয়োম হাংদোক্লনা থিরম্মী। মৈবা চিংনবা পোৎলম য়াওরম্লে। মদুগী মতেংনা মহাক মৈ হৌগৎলম্মী। অকংবা শীং মরাং কায়না থারবদা নিংথৌ খ্বাং য়াইদুনা নুংঙাইনা পোৎথাবা ফংলে।

ঙাইহাক লৈরগা নিংথৌনা শোল্লকখি, "ও! চান-থক্লবা লোয়নখিবশিংদু ঐখোয়বু থিরক্লে, ঐখোয় চরা হেনবা তারেদো।"

লাল্লোয় হঞ্জবনা মহাক্কী খাউ অমুকসু হাংদোক্লম্মী। লানা চেকশিন্না য়োল্লবা চয়োম থেংনরে। মদুনা মথেন কয়াগী চাকলুক অনী মরাং কায়না শেম্বা কোন্নখি। নিংথৌদা চাকলুক অমা হাবীনবা লানশিল্লম্মী। লাম্লবা নিংথৌ তুম্বাগী ঈশিংনা খূৎ শেংদোক্লনা য়াম্না হাউনা চারম্মী। অদুগী তুংদা মখোয় অনী মৈ য়াইদুনা ঙাইহাক ফম্লম্মী।

মীকুপ খরগী তুংদা নিংথৌ অমুকসু শোল্লকখি, "তুম্লমদাইসিদা পানা মতপ অমত্তং চারবদিকো ...।"

## তৌবীমল

লাল্লোয় হঞ্জবনা মহাক্কী পোৎয়োমদা য়েংলুবদা ফজনা শেল্লবা ক্না খিলি খরা য়াওরম্লে। মদুদগী অমা মহাক্না নিংথৌদা লানশিল্লম্মী। হৌজিক নিংথৌদু পূমপেন পেনখ্রে, উমংদা লেল্লি হায়বা কাউথোকখ্রে। মহাক্কী পুক্নীংদা লাল্লোয় হঞ্জববু হন্না হন্না থাগৎলম্মী।

"নুংশিরবা ইতাও, ঐ ঙসি য়াম্না পেনখ্রে। নহাক ঐঙোন্দা অপাম্বা অমত্তং হায়য়ু। ঐনা নঙোন্দা পীথোকপদা পাম্মুবা লৈররোই। চিংনগনু ইতাও, নঙগী অপাম্বা করিনো?"

"ইনিংথৌ," লাল্লোয় হঞ্জবা পন্দনা খুল্লম্মী, "ঐগী অপাম্বা পূম্নমক ইনিংথৌনা পীবীখ্রে, হৌজিক করি অমুক নিজখিগনি। ঐনা সেবা খরা তৌজবগীদমক ইনিংথৌনা মশীং হেনমন্না থাবীরে।"

"নত্তে, মদু য়ারোই, নঙ অপাম্বা অমা হায়য়ু।" নিংথৌ কন্না তকশিল্লকখি।

লাল্লোয় হঞ্জবা ঙাইহাক খল্লগা খুল্লম্মী, "হোয়, ইনিংথৌ ঐগী অপাম্বা অমা হায়জৌ হায়রবদি ৱারী তাবনি। ইনিংথৌনা চানবীরবদি ৱারী অমত্তং লীবীয়ু।"

"হা, হা, হা!" নিংথৌ নোক্লম্মী, "নুংঙাইদা ইতাও, ৱারী লীবা হায়বসি ঐগীদি হৈনবীনি। লীগে, লীগে।"



*নিংথৌদু করি ৱারী লীসিগে খনবদা ঙাইহাক নীংশিংখি। অদুবু মহাক তূমথোকখ্রে।*

নিংথৌদু করি ৱারী লীসিগে খনবদা ঙাইহাক নীংশিংখি। অদুবু মহাক তূমথোকখ্রে।

লাল্লোয় হঞ্জবা নিংথৌগী থৌগন্দা মীৎশেল খাঙফম থোকই খন্দুনা ফল্লম্মী। নিংথৌ নাখোক্তুনা নুংঙাইনা তূল্লম্মী।

হাক হাক হাক! হু হু হু! শ্বা শ্বা শ্বা! খে খে খে! হম হম হম! উনা- উশা নোমদুনা লমলাইশিংনা লাউশিল্লকখি। লাল্লোয় হঞ্জবা শীং হাপ্তুনা ঙান্না চাকহল্লম্মী। মৈঙাল লাপ্পা চৎখি। উনালক্তা, উশাদা তোংলিবা লমলাইশিংদু শেংনা উরে। শম্না মশা পূম্না কুপ্পা, মচীন তুম্বা,য়াথী থাংবা ময়া মরিখক্তং হৌবা লাইদুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হায়খিবদু তায়, "ইতাও লমলাইশা, য়েংঙু, তাইবং মীনা ঐখোয়বু কয়াগী মতিক উশিত্ত্রিবনো সে। ঐখোয় পূম্নমক নিংথৌসিগী ৱারী তাবা লাকখিবনি। ৱারী লীগনি হায়রম্লগা করিগীনো মহাক্লা তূমখ্রিবা? ঐখোয়দা অৱাবা পীবে, মরাল লৈরবনি। ঐখোয় মহাকপু হাৎলসি।"

"ঙাইখো!" মমায় য়াঙ্কোকমুক পাকপা মশানা লিনগুম শাংবা লাইদুনা উতোন্দা মমৈনা য়েৎলগা হুমথরক্তুনা লাউরকখি, "মাদি ঐখোয়না হাৎত্রবসু মথন্তা শিজগদবা লৈরবনি।"

"করম্না?" উশাদগী য়ান্থুরকপা মখোঙ লৈবাক শোকপা লাই মীৎলংবনা হংলম্মী।

"মরমদু হায়গে। হয়েং মখোয়না ময়ূমদা হনবদা অৱাংবা চীং অনীগী কারক, য়াম্না খূবা লম্বী অমদা চৎকনি। মতম অদুদা নূংজাউ অমা কিন্থবক্তুনা ননবদা মহাক শিরগদবনি।"

"মদুদগী নাম্থোকখ্রবদি...?" লাই নাতোনশাংনা হংলকখি।

লাই নম্বোনবনা খুমখি, "মদুদগী নাম্থোক্লবসু অরুবা তানফম অমা লৈ। মখোয় লিতান থোং অমা লানগদৌরি। মদু তৎলকপদগী নিংথৌসি তুবেলগী নূংজাউদা য়ৈশিন্দুনা শিজরগদবনি।"

"মদুদগী কনখ্রবদি কমদৌবা?" লাই খোঙশংবনা মখা হংলম্মী।

"লিৎথোকপা য়ারোইদবা মরম অমসু লৈবি।" লাই মীৎলাউবনা হায়রম্মী। "মখোয়না সনা কোনুং চঙলকপদা ম্নথোঙ নীংখাইরক্তুনা নিংথৌবু নন্দুনা হাৎখ্রগদবনি।"

উনা মরক্তগী মকোক লিৎথোক্লগা শামু মনা পানবা লাইনা য়েৎলকখি, "মদুদগী নাম্থোকখিবা য়াই।"

শমশাংবনা ওক্লকখি, "মদুদগী নাম্থোক্লবসু মহাক শোয়দনা শিরগনি। মরমদি কোনুং পুজারীদা পান, শগোল হৱাই অমদি ঙমু লৈরৌগী মথেন অমা থোংঙু হায়না নিংথৌনা য়াথং পীরুগনি। মদু চাবদগী হূ ওন্দুনা মহাক শিরগনি।"

"মদু চাখিদ্রবদি ...?" নম্বোনবনা হংখি।

"মহাক্লা করম্না লিৎকদৌরি?" নাপাকপনা শমথরম্মী, "মথং নুমিৎকী কোনুং

বিচার চৎথরিবঁদা সিংহাসন তেক্লক্কুনা ওন্থবদা নিংথৌ শিরগদবনি।"

"মহাক্না সিংহাসন্দা ফমদুনা বিচার তৌদ্রবদি করম্না শিগনি?" মায়পাকপনা লাউরকখি।

শমশাংবনা খুম্লম্মী, "খুদোংথীবা পূম্নমকসিদগী মহাক্না নাম্থোকখ্রবসু হংচিৎ অহীং নোংয়াইদা কোনুং লিক্লাই যূম্বীদগী কৃমথরকপা অমুবা লিঞ্জাউ অমনা চিকপদগী নিংথৌ শোয়দনা শিরগনি।"

লাইয়াম খূবাক খুদুনা ব্রা-ব্রা নোক্লম্মী। অদুবু লাই মীত্তোংবনা শাউরকখি, "ঙাইখো অপঙবশা! মদুদগী কন্নবা উপায় লৈরিবদু উদব্রা?"

শমশাংবনা থাজহন্নবা হোৎনরম্মী, "হে লাই, মদুদগী কন্নবা উপায় হায়ববু ঐখোয়না ঙাঙনরিবা ব্রা পূম্নমকসি তাদুনা নিংথৌগী মনাক্তা ফম্লিবা নুপা অসিনা লিন্দু হাৎখিবা য়াই। অদুবু লিনগী ঈ চোংখিদুনা নিংথৌগী হকচাংদা পকখিগনি। মদুদগী ওনবা হূনা নিংথৌবু হাৎলগনি।"

"অহীং লান্দ্রিবঁদা ঈদু লৈনা লেকথোক্লবদি কনবা ঙম্মী হায়বা খঙবা মীনা লিন হাৎলবদি কমদৌবা?" মায়পাকপনা করেম্নবগুম নোক্লকখি।

"হৈ অপঙবা! লাই লৈথিনগাই! নঙনা অদু হায়দোক্লিবা কবিগীনো? ফরে, অদু ওইববসু, মথ্বায় কনবীনবা হোৎনবিবা নুপা অদুবু য়েক্লবা ওইনা খন্দুনা নিংথৌনা শিবগী চৈবাক পীবক্কনি। মশাবু কঞ্জনবা ঐখোয়না ঙাঙন-শানরিবা ব্রাবী ময়ামসিবু হেক লীথোক্লবদি মীশক্তু নূং ওল্লগদবনি। মদুদগী কন্নবা উপায় হায়ববু নিংথৌ মশামক্কী মচাবু মখূৎমক্কা থাঙনা মঙক কক্কুনা হাৎলগা, মদুদগী তারকপা ঈনা নূংদুদা তৈরবদি মী অমুক ওল্লক্কনি। নিংথৌ কন্নবা হোৎনবদা মশা নূং ওনগে খনবা মী, মরূপ অমা কন্নবা হোৎনবদা মচা হাৎকদবা নিংথৌ তাইবং মীরক্তা লৈরোই। মরম অদুনা নিংথৌসি শোয়দনা শবগদবনি।"

লাইয়াম তিনবা লোইশিনখ্রে। শোৎ-প্রেক লাউদনা মফমদু থাদোক্কুনা মাঙনখ্রে।

নোংঙাল্লে। নিংথৌবু ফম্নাইবা অমদি মরোয়-মনাইশিংনা মথং মথং থিনরক্লে। মায় পাকখিদ্রবা খোঙচৎ অদুগীদমক নিংথৌ নীংবা কায়না কোনুং পাংলকখি। নিংথৌগী তুংদা, য়াম্না নক্না লাল্লোয় হঞ্জবা ইল্লম্মী। মহাক্না মাঙলোমদা য়েংখিবদা চীং কারক্কী অখূবা লম্বী উরে।

"ইনিংথৌ," লাল্লোয় হঞ্জবনা হঙ্গৎলম্মী, " অদুঙৈ ইনিংথৌনা নহা ওইরিবঁদা শগোল কাঙজৈ শান্নবদু উজখি। মদুদা ইনিংথৌনা শগোল ময়াম মরক্তা লীৎ লীত্তুনা থৌবদু ওন্থোক্লা য়াঙখ্রেদা, ফজখ্রেদা। মদুগী খূৎথৌদু ঙসি চীংলকসিদা অমুক্তং উৎপীয়ু।"

# তৌবীমল

থাগৎপদা হরাওদবা কনা লৈবগে, নিংথৌ নোকফেৎ তৌদুনা শগোল চপ লেপহল্লম্মী। কোয়না অহল্লক্তং লৈরম্লগা শাজৈ থাদুনা মাঙলোমদা খুরুপ লাংহনখ্রে। লাল্লোয় হঞ্জবসু তানখৎলি। লেংগা লেংগা ঙানরম্বদগী অখুবা মপা য়ৌরকপদা লাল্লোয় হঞ্জবগী শগোলনা শৎ লিংখত্তুনা চীংলক লাম্থোকপা হানখ্রে। নিংথৌগী তুংমক্তা নূংজাউ ময়াম অমা গুদ্রুং গুদ্রুং কিম্থরক্লম্মী। তুংলোমদা য়েংখিবা নিংথৌনা লাউরকখি, "ইস! শোয়রমগনিদা!"

ময়ামদু অসুম লাকপনা লম্বী তঙ্খায় চল্লকপদা অরুবা লোক অমগী মথক্তা লিতান থোঙ অমা লৈবা উরে। মদু লান্দুনা চত্তুবদি য়াম্না কোইরুবা তারম্মী।

লাল্লোয় হঞ্জবনা তুংদা লাকখিবা খোঙলোয় পূম্নমক য়েংদুনা লাউরম্মী," মরূপ পূম্নমক, ময়াম্না শগোল অনীসিগী হৈশিংবা খরদি উবীখ্রে। হৌজিক থোংসি ল্যানবদা অমুকসু য়েংবীয়ু।"

নিংথৌনা খল্লম্মী, 'মহাক্না ঐবু উশিৎত্রবা মাল্লি। হন্দক্তি ঐঙোন্দগী মাঙ থাহনবা য়াদ্রে।'

শগোল অনী ক্রিক ক্রিক ঙাননা চেনখৎখ্রে। থোং তম্না চোংশিন্নখি। লাল্লোয় হঞ্জবা লাম্থোকখ্রে। তুংদা ইল্লকপা নিংথৌগী শগোল খূমাং অনী লৈরায় য়ৌরকপগা থোং তৎখ্রে। খূমাং হোত্তুনা উচিন- নাচিন শাগোলনা নিংথৌবুদি কলহৌখি। নিংথৌ মশা পূম্বা হুমাংনা পূম্লুপ লুপ্লম্মী। মহাক্কী খোঙলোয়শিংগী মাঙদা ইকাইবা খরা নংলবসু খুদোংথীবদগী অনীরক নাম্থোরকপগীদমক ঈশ্বরবু থাগৎলম্মী। মহাক্কী খোঙলোয়শিংবু কোইনা তপ্না লাক্লবা হায়রম্লগা নিংথৌ লাল্লোয় হঞ্জবগা লোয়ননা লেপ্তুনা লাকখি।

নুমিদাংৱাইরমদা নিংথৌ অমসুং লাল্লোয় হঞ্জবা কোনুং ম্লথোঙ য়ৌশিল্লক্কদৌরে। লাল্লোয় হঞ্জবনা হায়রম্মী, "ইনিংথৌ হন্দক্কী খোঙচৎসি খল্লুবদা য়াম্না চোপচৈ, ফম্নাইবা মরূপশিংগসু হনমিন্নরক্তে। ম্লথোঙদা ময়াম্না ওকহনবদা লেমজররোই। ঐখোয় মনীং হোজংগী থোঙলোমদগী মনা- মনিল নাইদনা চঙখ্রসি।"

নিংথৌ ইঙক ঙক্লবসু লাল্লোয় হঞ্জবগী ৱাফমদু য়াখি। মখোয়না সনা শঙ্গাই য়ৌরকপদা ম্লথোঙ নীংখায়বে হায়না মীয়াম লাউনরকপা তারম্মী। লাল্লোয় হঞ্জবা নুমিৎতু ময়ূমদা হল্লরোই কোনুংদা পঞ্জরগে হায়রম্মী। নিংথৌনা অতিথি ওইনা মহাকপু তরাম তরাম্না লৈহন্নবা শীনখ্রে।

নিংথৌনা মনাই চাকথোংবশিংদা পানগা শগোল হৱাইগা থোংবদা ঙমু লৈরৌ মরাং কায়না থাক্লবা মথেন অমা য়াওহন্নবা হায়খি। চাক থোংবা লোইরবা মতমদা লাল্লোয় হঞ্জবনা লোম্না পানগা শগোলহৱাইগা থোংবা ইৱান্দা মৈতান খরা থাদরম্মী। য়েঙ্খাংদু

অমোৎপা য়াওরে হায়দুনা মপান্দা হৈদোকহনখ্রে।

মথং নুমিৎতা খুল অমগী মচিন- মনাউ অনী লন- থুম মুন্নবগী বিচার অমা নিংথৌনা তৌবা তারম্মী। লাল্লোয় হঞ্জবা নিংথৌগী খোঙ শোক্লা খুরম্নগা হায়জরকখি, "নিংথৌ ইবুংঙো, ননাইদা ঙসিদি থৌজান অমত্তং পীনবীয়ু।"

"করিনো ইতাও, চিংনবা নৈতনা হায়য়ু।" নিংথৌ থৌজান উৎতুনা হায়রম্মী।

"ইনিংথৌনা ঐগী হৌরকফম খঙবীরে। ঐ লাইরবা মীচম্নি। পুন্সিদা নিংথৌগী সিংহাসন্দা ফম্বা হায়বসি মঙমক্তসু থোক্করোই। ইনিংথৌনা ননাই তোল্লববু চানবীবসি লৈবাক মাঙদা খঙহনবীবা ওইনা ঙসিগী পূংজা খরা ঐবু সিংহাসন্দা ফমহনবীদুনা বিচার অমুক্তং তৌহনবীয়ু।"

ৱাসি তাবদা নিংথৌ ঙকপগা লোয়ননা হৈনদবগী মীনোক অমা হায়ফেৎ উৎলম্মী। থনখি— 'ঐনা খরা চানবসিদা মহাক জাৎ জাৎ হায়রক্লে। অদুবু মরূপকী নীংবা থুংহনবা হায়বসি ইথৌনি।'

ঙাইহাক ৱাখল তৌরুবা নিংথৌনা হায়বকখি, "ফরে, ফরে, ঙসিগী বিচারসি ইতাওনা তৌবদু ঐ য়েংলগে।"

নিংথৌনা লাল্লোয় হঞ্জববু সিংহাসন্দা ফমহল্লগা মহাক মশাদি প্রজা মীরক্তা সাক্লম্মী। লাল্লোয় হঞ্জবা খুদক্তা অশাংবা থৌরী অমা খাঙেন্দা পুল্লগা মচীন অমনা মখূৎ ওয়দা য়েৎশিল্লগা সিংহাসন্দা ফম্লম্মী। মহাক্কী থবক্তু মীয়াম্না উদে, খঙদে। ফম্নাইবা মশীং শুরবদা বিচার হৌনবা লাল্লোয় হঞ্জবনা লাউথোকপ্রে। অঙকপনি, মফম ইখঙ খঙহৌদনা গুদ্রুং হায়বা খোঞ্জেল অমা সভানা তাখি। সিংহাসনগী গাডি নীংখাইখ্রবনি। থৌরীদা যালহৌবা লাল্লোয় হঞ্জবা অশোক অপন নঙখিদ্রে। মদু উবদা নিংথৌ য়াম্না ঙকখি। নুমিৎতু দরবার লেপ্লে, বিচার য়ৈথোকখি। লাল্লোয় হঞ্জবা মায় পাক্লা নিংথৌবু কনবা ঙম্বগীদমক য়াম্না নুংঙাইনা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী।

মথং নুমিৎতা লাল্লোয় হঞ্জবা কোনুং কারকপদগী ময়ূমদা হন্দনা মরূপ- মপাং ফম্নাইবশিংগা মথং মথং ৱারী শানদুনা মতম ঙাইরম্মী। নুমিদাং ওইরক্লবদা মহাক লোন্না নিংথৌ মহারানীগী কাদা চঙদুনা মখূৎতা থাঙশাং অমা পায়রগা কাচিন অমম্বদা লৈবা শংবাই মরি চাউবা নীংলৈনা কুপ্তুনা ফম্লম্মী। অহীং থেঙলক্লবদা মহাক নীংলৈ হাংদোক্লগা কাচিন্দা লেপ্লম্মী। মীকুপ খরা লৈরগা লিক্লাই য়ূম্বীদগী লংত্রিক লংবা, মুশুক মুবা অচৌবা লৈন অমা কূমথরকপা মহাক্লা উরে। লিন্না মকোক থাঙ্গত্তুনা নিংথৌ- মহারানীগী তুম্ফমলোমদা চঙশিল্লকপগা লাল্লোয় হঞ্জবনা খূৎলৈ থুনা মতুপ তরেৎ থোক্লা কক্লম্মী। লৈন মতুপশিং অদু মহাক্লা মপান্দা, কোনুংগী চেকপল ৱাংমদা হূইনা, শানা চাখিনবা

লংথোক্লম্মী। অদুগী তুংদা মহাক নিংথৌ অমসুং মহারানীগী হকচাংদা চোংখিবা ঈ মরৈনা লেকথোকপা চঙলকখি। মহাক লৈমায়দা তাখিবা ঈ হান্না তৈথোক্লগা নিংথৌগী মায়দা পকপা ঈ লেকথোক্লম্মী। মহারানীগী ওকশম অমসুং মমায়দা চোংখিবা ঈ লেকথোক্লিন্দৈদা নিংথৌ মীকপ থোক্লক্তুনা ফারে। লৈবাক নিংথৌগী ফিজি- ফিনা নেৎপা, ফত্তবা হূরানবা লমচৎকী মরালদা লাল্লোয় হঞ্জবগী মথক্তা বিচার চৎথরম্মী। মহারানীদু মহাক্লা হান্না লৌরম্বা নুপী ওইবদগী লৈবাক মীয়ামগী চিংনবা অমদি ভাবনা শাবা ব্রারী ময়াম অমা থোরকখি। লাল্লোয় হঞ্জবা শিবগী চৈরাক ফংবা তাখি।

লাল্লোয় হঞ্জববু মীহাৎপুংদা পুথোরক্লে। অব্রাবগী কুম্মৈ অদু য়েংবা লাকখিবা মীনা ফিভৌ ফৌরে। শিবা নত্রগা নূং ওনবা হায়বা অনীসিগী খেন্নবা করিনো, অসুম খল্লুরগা লাল্লোয় হঞ্জবা চিংনবা লৈরকত্রে। লমলাইশিংনা ঙাওনবা ব্রা তাবদগী মহাক্লা নিংথৌবু কন্নবা হোৎনরকপগী শাংলবা ব্রারী লৈবাক মীয়াম মমাঙদা লীরম্মী। অদুগা ব্রারী অদু লীথোকপদগী মহাক্লা ফংগদৌরিবা খুদোংথীবা অমদি মদু কোক্লবা উপায়গী মরমদসু হায়দোক্লম্মী। অঙকপনি, লাল্লোয় হঞ্জবা খঙহৌদনা তপ্না তপ্না নূংগী মূর্তি ওনখিরম্মী।

মতৌ অসিদা লাল্লোয় হঞ্জবগী নুপীনা নূংগী মূর্তি কোন্দুনা কপ্লম্মী, মহাক ওন-থোইনা তেংথাখি। নিংথৌ- মহারানী থম্মোয় শোক্লা ব্রারম্মী। নিংথৌ ব্রা কারিমত্তা হায়রমদনা সনা শঙ্গাইরোমদা পরপ পরপ চৎখিরম্মী। মীকৃপ খবগী তুংদা অমত্তা পোকচবা মচাদু পুদুনা লাক্লম্মী। মচাবু লাল্লোয় হঞ্জবনা ওনবা নূংগী মূর্তিদা খুরুমজহনখি। ওহ্লোকপনি! মীহাৎপগী খূৎতগী থাঙ লৌদুনা নিংথৌনা মচাগী মঙক ককখ্রে। মদু উবদা মহারানী ব্রাম্থখি, প্রজাসু অব্রাবগী খোল্লাউ লাউনরম্মী। নিংথৌনা মচাগী ঈবু নূংগী মূর্তিদা তৈবগা লাল্লোয় হঞ্জবা তাইবং মী অমুক ওইরক্লে। মহাক্লা খুদক্তা নিংথৌ মচাগী হকচাংদগী তোঙান তারবা মকোকপু মশাগা শমজিন্নদুনা মতম্পাক্তা পম্লগা কপ্লম্মী। মহাক্কী থম্মোয়নুংদগী ঈহৌরকপা পিনা অঙাংগী মশা পূম্বা চামথোকখ্রে। হৌজিক নিংথৌ মচাদু হৌগৎলক্তুনা মপাদা চেৎনা কোল্লম্মী। মদু উবদা তিল্লিবা মীয়াম্না সাধু! সাধু! হায়না লাউনরম্মী।

***

প্রজাবু নুংশিবা নিংথৌদি লাইমক্তুম শীংথানৈ
নিংথৌ কনবা নুপাদি লৈবাক মচানি শোন্নৈ।
মশাগী ওইজবা থিবদি হূরানবমক্লি হায়নৈ
তৌবীমল খঙবা মীদি শিশ্রবসু হিংলি খন্নৈ।

# লৌদ্রাউবী

থাইনা মতম অমদা মৈত্রবাক্কী মীশিংনা কবো, অৱা, খাগীনচিংবা থাপ্ল- থাপ্লবা লৈবাকশিংদা লপ্লোনবা অমদি শেল তানবা চৎনরম্মী। নুপা নিপানগী খোঙবু অমা পোংশিংনা খুন্দাবা লম পাংনা চৎপদা খন্বতোন কৌবা পাখং মচা অমসু য়াওরম্মী। মখোয় চীংলোন কয়া লানখি, অশুকপা উমংগী নারক, লশ্বী ফজনা তাদবা লমদম কয়াদা চৎলম্মী। মীহিং চাবা শা-কৈ য়াম্না লৈবা উমং ওইবনা মখোয় চেকশিন্না চৎলম্মী। কৈনা লাক্কুনা পুখিবা, শওম্না খোৎলম্বা অমদি শামু লমশানা হাৎখিবা লংফৈ চৎপশিংগী অৱাবা ৱারী কয়া তাখিবতা নত্তনা খুদোংথীবশিংদু হকথেংননা নংখিবা মী খরা মখোয়গী মরক্তা যাওবম্মী। অথাপ্পদগী খোংলকপা মখল মথেনগী খোঞ্জেল তারগা শা- উচেকশিং অদুগী মশক হায়বা মখোয় অয়াম্বনা ঙম্মী, মদু তোয়না থেংনবদগী ওইরমগনি। মখোয় লম্যাংনদনবা হোৎনবগী মথক্তা তমথীবা জীব থেংনহনবীদনবা ঈশ্বরদা তত্তনা হাজরম্মী।

নুংশা য়াম্না শাবা নুংথিল অমদা লংফৈ চৎপশিংদু উরুম মরাং কায়বা অঈংবা মফম অমা য়েংদুনা পোথারম্মী। মখোয় ৱামনবদগী লৈমায়দা তিংথোক্কুনা হিপ্পসু য়াওরম্মী। মতম অসিদা অথাপ্পদগী খোংলকপা অয়াকপা খোঞ্জেল অমা মখোয়না তাখি—হুই- হুতে, হুই- হুতে! খোঞ্জেন্দু কনাগুম্বনা অসুম্না তানবসু য়াওরম্মী—লৌগে-লৈতে, লৌগে-লৈতে। অসুম খরা খরা নকশিল্লকপা খোঞ্জেলনা উমংদু থ্রক থ্রক নিল্লকখি। মখোয়গী মরক্তা করম্বা শা নত্রগা উচেক্তা খোংবনো হায়বা কনাসু খঙবা য়াওনদ্রে। খরা নকশিন্না অমুক্তং খোংলম্বদগী খোঞ্জেন্দু তাখিদ্রে। মদুনা নুপা নিপানবু চিংনহনখি। মখোয় মফম লেঙদনা ফমদুনা লৈরে।

চোকথরবা নুপা নিপান মীকুপ খরগী তুংদা কল্লবা লৈমায়বু তেরা মোম্পাক্তগী হেন্না মোনবগুম খনম্রে, নুংঙাইনা তূম্নরম্মী। অসিগুম্বা মতমসিদা খরা কিগনবা মীনা

ময়াম্বু শঙবা হৌনশানি। খম্বতোন্দি উরক- নারক্তা হঙোই তাংশাংশিংনা চোংবা, উতোন্দা য়োংশিংনা শান্নবা, নোংগৌবীনা উনাদা পকপা লিক্লা থিবা অসুম য়েংদুনা ফল্লম্মী। অহৌবা খোঞ্জেন্দু য়াম্না নক্না অমুক খোংলকপদা খম্বতোন্না ময়াম্বু হৌদোক্লম্মী। অদুবু মহাক্না হৌদোকপগী মরমগা ময়াম্না খনখিবা অমদি উখিবগদি খেন্নখ্রে। মখোয় অকনবা নোংলৈ- নুংশিং অমা থেংনবা তারল্লে। উমংদু নুমিদাংগুম মমশিল্লকপগা লোয়ননা উচেক- ৱাযাশিং অকি- অখংগা লোয়ননা মাযকৈ ফাংনা পাইনরকপা উরম্মী। খুৎকী অহলনা চেকশিন্নবা ৱা হায়খ্রে। মখোয় পূম্নমক নোংলৈ- নুংশিংনা থোকহল্লকখিবা খোঞ্জেন্দু তাবদা মীপাইদবা ঙমখিদে। অহানবদদি মখোয় পূন্না খুদোংগীবদু থেংনমিন্ননবা হোৎনখিবনি, অদুবু য়াখিদ্রে, তোঙান তোঙান তানখ্রে, মথন- মথন হিংনবা থুপফম থিবা চেন্নরম্মী। নাইতোম তারবা খম্বতোন নূংজাউ অনীগী কারক মখুল অমদা থুপচিন্দুনা খাঙলম্মী। প্রলয়গী মশক ওইববা নোংলৈ নুংশিত্তুনা মতম শাংনা উমংগী জীব পূম্নমক্তা অৱাবা পীরম্লগা নুমিদাংৱাইবমগী মতমদা নেমথরক্লে। খম্বতোন উমংদুদা লাকমিন্নবশিংদু থিবদা কোয়চেন চেল্লম্মী। কনাগসু উনদ্রে। মমশিল্লকপগা লোয়ননা মহাক্কী নুংশা থীবগী চাং হেনগৎলকখি, ফনা কন্না কৌ-কৌদুনা থিরুবগী কান্নবা লৈরক্তুবদা মহাক অচৌবা নূং অমগী মথক্তা ফল্লগা অহীং লেন্নবা শেম- শারম্মী।

অমম্বা অহীং, শুক্লবা উমং, শাশিংনা খোংবগী খোঞ্জেল নাইতোম তাবগী অৱাবা খম্বতোন থোইনা খনখিদ্রে, পূম্নমকসি মহাক ঈশ্বরগী খুৎতা শিন্নরম্মী। অহীং নোংয়াইগী মতমদা শা অমা খোং-খোংদুনা খম্বতোন্না ফন্লিবা মায়কৈরোমদা চঙশিল্লকখিবদু শওম্নি হায়বা খঙখি। মহাক করি থোক্কদৌরি খনবদা মশাদু ইপঙ পঙশিল্লম্মী। শওম য়াম্না নকশিল্লক্লে। খম্বতোন খুৎলাই য়াওরমদে, কোল- লিক অমদি চেঙ খরা য়াওবা পোৎয়োম অমত্তনি মহাক্না লোয়নরিবা। শওম থেংনরবদি লৈজবা পাঙ্গল ফুদোক্তুনা লাউগদবনি হায়বা অহলশিংগী পাউতাক নীংশিংদুনা মহাক্না হেক হৌগৎলকপগা মায়োক্লবা নূংজাউ অমগী মথক্তগী চোংথরকপা শা অমনা মহাক্কী মহুৎ শিন্দুনা নাকোং য়ৈশিনবা খোঞ্জেন্দা লাউখি- 'হুই- হুতে'। শওমদু হৌদুনা চেনখ্রে। শাদুনা খম্বতোন্না ফন্লিবা নূংজাউদুগী অকোয়বদা অমুক্তং চেল্লম্লগা মাগী মফমদা হনখিরম্মী। খম্বতোন জীব অদুগী মশক খঙনবা মুন্না য়েংবদা নূংদগী খাইদোকপা ঙমখিদে। শাদুনা মঙোন্দা অমাং- অতা থোকহল্লক্তবনা মহাক মশাবু ঙাকপী শেনবীনবা লাইনা থারকপা জীব অমনি হায়না খল্লম্মী। অশেংবনি, জীবদুনা মহাকপু শঙলিবনি।

নোংঙাল্লমদাই ওইরক্লে, খুদাংগী তু উরক্লে। খম্বতোন্না শাদুগী শকফম, মওং মতৌ খরা- খরা উরক্লম্মী। শাওং শাবান তাইবং মীগা য়াম্না নকশিন্নবা য়োংজাউ অমনি।

# লৌদ্রাউবী

য়োংনা মী চাদে খল্লুরগা মহাক কিবা খরা ফবগুম তৌরম্মী। পূমঙান ঙাম্ভোরকপা মতমদদি য়োংজাউ মানবদু নূং মথক্তগী কূমথরক্লে। মা মখোঙ অনীনা লেপ্পগা চৎলি। করিগুম্বদসু মখোঙ- মখূৎ মরিমক চৎপদা শিজিন্নে। ভূত নত্রগা য়োংসু ওইরবোই।



*খম্বতোন লৌদ্রাউবীগী নংদু ওইহৌর খঙলকপগা চেন্নবা থৌবাংদা চৈ অমা পায়খৎলম্মী।*

খম্বতোন লাকমিন্নবশিং থিবগে খন্দূনা হঙ্গোইরপ নূংথক্তগী কূমথরম্মী। শা অদু খূদক্তো মনাক্তো নর্কশিল্লকখি, অদুগা মমাঙদা থৎলবে। শাংলবা খূজিন, থৌববা ময়া, অমোনবা মতুনা মশা পূম্বা কুপ্পা, মমীৎ অনীমক য়ুংতক পানবা শা অদু নুপীগী কাঙলূপ্নি হাযবা খম্বতোন্না লেপ্পলম্মী। অদুগা, শা অদুনা মকপ ওইনীংবগী মতৌ অমা উৎলিবা অদুদগী লৌদ্রাউবী হায়নবদু ওইবম্বা তাবে হায়বসু খম্বতোন্না খঙলক্লে। মহাক লৌদ্রাউবীগী বন্দি ওইরে খঙলকপগা চেন্নবা থৌবাংদা চৈ অমা পায়খৎলম্মী। খঙহৌদনা চোংশিল্লকখিবা লৌদ্রাউবীনা খম্বতোনগী চৈ মুল্লগা হুন্দোকখি। অদুগা মহাকপু লৈমায়দা ইস্তুরগা মখোঙ খোংয়া অনীমক খুজিন্না খোগায়বম্মী। খম্বতোন চৈনা যাম্মা ফংখ্রে। মহাক্না কপ্পু লাউরুবগী কান্নবা ফংখিদ্রে। হৌজিক্তি মহাক লেপখৎতুনা চৎপা ঙমদ্রে। লৌদ্রাউবীনা খম্বতোনবু লেংবান্দা থোঙ্গত্তুনা মাগী মকোন্দা পুরম্মী।

অসোমদা নূপা তরেৎ নোংঙানবদা পূনখ্রে। মখোয়না খম্বতোনবু নুমিৎ চুপ্পা

থিরম্মী। ফংবা ঙল্লক্তবদগী মখোয়গী পম্বুংফম তম্না চৎখ্রে।

লৌদ্রাউবীনা খম্বতোনবু অখূবা নূংগী মখুল অমদা পুশিল্লম্মী। মনুংদু অচৌবা শুরুংনি, মাগী মকোন্নি। শুরুংগী কাচিন্দা ঈশং কারবা নূং অমদগী তপ- তপ তাবকপা ঈশিং খরসু তূংদুনা লৈরম্মী। অকংবা মফম অমদা উনা অমদি ই চাইখাইদুনা লৈ, মদু লৌদ্রাউবী অদুগী তূম্ফম্নি। শুরুং মনুংদুদা খম্বতোন য়াম্না কোম্না লেপখৎপা য়ারম্মী। শুরুংগী মখুল অদু হেক মেনবা মীকুপ্তা মনুং অদু নুংথিন্দসু অহীংগুম মমগনি হায়বা খম্বতোন খঙলম্মী। মীফা ওইনা শুরুং মনুংদা মহাকসু শা ওন্দুনা লৈবা তারিব্রা খল্লুবদা মীৎতগী পি শিন্থনা কপ্লিবা খম্বতোনগী মখোঙ খোঙয়া অনীমক লৌদ্রাউবীগী শঙপ শঙপ লাউরবা মরৈনা অমুকসু লেক্লরে। অদুগী তুংদা মচি- মচিদা লৈবা উহৈ মখল কয়াদু লৌদ্রাউবীনা চাবা হৌরম্মী। লৌদ্রাউবীনা খম্বতোনগী মমাংদসু উহৈ খরা থমখি। খম্বতোন করিমত্তা চানীং থক্লীংবা পোক্তে। অৱাবা ৱাখলদা লূপ্লম্মী।

অহীং ওইরক্লে। খম্বতোন ফম্বা ৱামল্লকপদগী হিপথরম্মী। মাগী নঙ্গন্দা খূৎ অমনা নাল্লকপদগী লৌদ্রাউবীদু মনাক নক্লা হিপ্লি হায়বা খঙলম্মী।

অহীংগী অমম্বা মাঙখ্রে। শুরুং থোঙদগী মঙাল চঙলক্লে। খম্বতোন লেপখৎনবা হোৎনৈ, অদুবু ঙমখিদ্রে; খোংয়াগা নূং-লৈবাক্কা শোক্লবা য়াদ্রে। মহাক ষন শানা মপান্দা থোক্লম্মী। মহাক মপানগী নাপী মথক্তা উচিন- নাচিন লেপখৎলুবা ঙল্লবসু মখোঙ থাংদুনা চৎপদি ঙল্লরোই। মহাকপু লৌদ্রাউবীনা মনুংদা অমুক চিংশিল্লম্মী। অদুগা মশাদি মপান্দা ফম্লগা শঙদুনা লৈখ্রে।

লৌদ্রাউবী নোংঙাল্লকপা খুদিং খম্বতোনগী খোঙয়া লেকপা তোক্লমদে। হিংদবা য়াদে খন্দুনা খম্বতোন লৌদ্রাউবীনা পুরকপা লফোই, লমহৈনৌ, হৈপা, হৈরূগেং, হৈরিৎ, মনাহী, হৈগ্রু, মোক্তোক, হৈরুকোকথোংনচিংবা মশক খঙবা উহৈশিং চাবা হৌখ্রে। নোংমা অহীং অমদি লৌদ্রাউবীনা খম্বতোনবু মৱা ওইনবা কন্না থেল্লম্মী। মদুদা খম্বতোন য়াখ্রে। নোংঙাল্লকপদা লৌদ্রাউবীদু অসুক্কী মতিক হরাওবা উৎলম্মী।

অসুম মতম কুইনা লৈমিন্নরক্লবনিনা মখোয়গী অনীংবা- অপাম্বা খূৎ- শাগী ইঙ্গিৎনা খরদি খঙনবা ঙল্লে। হৌজিক্তি লৌদ্রাউবী মচা পোকপগী মতম নকশিল্লক্তুনা উহৈ- ৱাহৈ য়াম্না পৈশিনবা হৌরম্মী। অঙকপনি, তাইবংপানবগী খোঙচৎ, লৌদ্রাউবী মচা নুপা অমা পোক্লে। অঙাংগী শাওং- শাবান তাইবং মী খম্বতোন লৌরম্মী, মশক্তি লৌদ্রাউবীদগী তোঙাল্লমদে। মীগা শাগগী তঙ্খায়- তঙ্খায় ওইবা খোঞ্জেন্দা অঙাংদু কপ্লকখি। লৌদ্রাউবী হরাওজে, অদুবু খম্বতোন মদু উবদা হেন্না হেন্না ৱারম্মী।

মচা পোকপা নুমিৎ মঙানিগী তুংদগী লৌদ্রাউবী চীঞ্জাক থিবা চৎপা হৌখ্রে। অঙাং

# লৌদ্রাউবী

শেন্নবগী থবক খম্বতোন্না তৌহৌখি। হৌজিক্তি খম্বতোন শুরুংদগী থাপ্না কৈদৌঙৈদসু চেস্থোকখিবা ঙল্লরোই খঙবনা লৌদ্রাউবী খম্বতোনবু শেন্নবা তোকখ্রে। মচীঞ্জাক থিবা চৎখিবদা য়াম্না কুইনা হল্লক্তবসু য়াওখি। খম্বতোন শুরুংদগী খরা- খরা লাপ্না চৎথোক্লগা অকোয়বগী ফিভম য়েংলম্মী। তৌবতবু মহাক মখোঙ অনী চুম্না লেপ্লগা চৎপদি ঙল্লমদে, খোঙচেপ্না নত্রগা ষন শানা চৎলম্মী।

নোংমদি খম্বতোন ফনা য়াম্না লাপ্না চৎলুই। মহাক অপিকপা তুরেল অমা উরকখি। তোর্বান্দা তাবা অকংবা উ অমগী মথক্তা ফমদুনা শা ওল্লবা পুন্সি অদুদগী কনবীররোইদ্রা হায়না মহাক ঈশ্বরবু কৌদুনা কপ্লম্মী। লৌদ্রাউবী হল্লক্লল্লবদি মহাকপু থিরল্লগনি, মদুদগী অকায়বা থোকপা য়াই খন্দুনা মহাক অমুক হল্লকখি। মপুক লাল্লবা অঙাংনা কন্না কন্না কপ্লা তারগা লৌদ্রাউবী লফোই লউ অমা পুদুনা চেল্লকখি। মচাবু ফজনা শেন্নবিদে হায়বগুম লৌদ্রাউবী শাউরম্মী। মচাবু খোল্লাং পীথক্লগা চেৎনা কোন্দুনা লৌদ্রাউবী তূমখ্রে। খুদোংচাবা লৌদুনা খম্বতোন মমা- মচাদু হাৎলল্লগা চেনখ্রগে খন্দুনা মপান্দগী অচৌবা নুং অমা থাংলগা শুরুং মনুংদা চঙলকখি। অদুবু মহাক থবক অদু পাঙথোকপা ঙমদনা মপান্দা অমুক থোক্লগা কপ্লম্মী।

নোংমগী মথংদা নোংমা হৌখিবনা শুরুং মনুংদা উহৈ- ব্রাহৈ চাদুনা হিংলকপা, মঙ-- হাগী পুন্সিদা লেল্লকপা থা তরামঙা শুরক্লে। মতমদু নোংজুথা ওইবনা চীঞ্জাক ফংবদা য়াম্না ব্রারম্মী।, লৌদ্রাউবী থাপ্না চৎলুবা ঙমখিদে। খম্বতোনগী হকচাং ময়েং য়াম্না তারে। লৌদ্রাউবীসু উহৈশিংগী মকু চাদুনা লাম্না লাম্না খাঙলম্মী। মচাদু চৎপা ফজনা হৈরবনিনা মচীঞ্জাক থিবা মপান্দা চেনখিনবা হোৎনরকপা তোয়রে। নোং তাদবা অয়ুক অমা অরাম্বা খাঙবদা ব্রারবা লৌদ্রাউবী মচাবু খম্বতোন্দা শিন্নরল্লগা মচীঞ্জাক থিবা শুরুংদগী থোকখিরম্মী। খম্বতোন্না মপান থোক্তুনা য়েংবদা মা কন্না চেনখিবা উই। মা মতম খরা কুইনা চঙলক্কদবা মানবদগী খম্বতোন শুরুংগী থোঙদু অচৌবা নুংপাক খরা থাংজিন্দুনা চেৎনা মেনশিনখি। মনুংদা কপ্পুনা লৈহৌবা মচাদু হুন্দোক্লল্লগা মহাক তুরেল তম্না লাক্লে। তুরেলগী ঈশিং ইমায় চোন্না ঈচেল কন্না চেল্লম্মী। মহাক লম অমগা থগাই শাংবা অকনবা চৈ অমগী মতেংনা তোর্বান্দা তাবা অচৌবা অকংবা উ অমা তুরেলদা ইন্থরম্মী। উ অদুনা তাউথবা হৌরকপগা খম্বতোন চৈশাংগা লোয়ননা ঈশিংদা চোংথরম্মী। মহাক, চৎপা ঙমদ্রবসু ঈরোইবদি কন্না ঙমখি। মহাক উগী মথক্তা ফল্লগা চৈশাংনা নৌ ওইদুনা অকনবা ঈচেন্দা তাউথরম্মী। মতম য়াম্না শাংনা, য়াম্নসু থাপ্না লাকখ্রে। নুমিৎ য়ুংবা মতমদদি তুরেল অদু অতোপ্পা অচৌবা অমদা তিল্লরে। খম্বতোন উ অদুবু খক থাদোক্লমদে। মদুগী মতেংনা পাক্লবা তুরেল অদু লাম্থোক্তুনা তোর্বান ব্রাংমদা কাখৎপা ঙল্লম্মী। মহাক লৈমায়দা লেপখত্তুনা

## লৌদ্রাউবী

চৎনবা হোৎনরুই, অদুবু খোঙচেপশিংসু লৌদ্রাউবীনা মনম নম্লগা মরক মরক্তা মরৈনা লেকখিবদগী মখোঙ থাংবা ঙমখিদ্রে। ষন শানা চৎপা তারবদা খম্বতোন, উপায় লৈত্রবগুম ফমদুনা লৈরম্মী। মতম অদুদা তোর্বান ব্রাংমদা লৌদ্রাউবীনা লেপ্লগা মঙোন্দা য়েংদুনা লৈবদু খম্বতোন্না উরম্মী। মমাগী লেংবান্দা মচানা লেপ্লসু মহাক্না উরম্মী। মচানা মপাবু উবদা কন্না কন্না লাউরক্লে — উ-উ, উ-উ! ওম্বোকপনি! খম্বতোনবু য়েংলগা মচাদু মমাগী লেংবান্দগী ঈশিংদা চোংথখ্রে, মপাগী নাক্তা চৎনবা হোৎনখিবনি। অকনবা ঈচেলগী ঈয়াইদা লুপফেৎ-লুপফেৎ মচানা ঈবাক্লবা উবদা খম্বতোন ঈশিংদা চোংথগে তৌরম্মী। অদুবু খঙহৌদনা খোংনাং মকম অমদগী য়েংলম্বা বৌদ্ধ লম্বোইবা অমনা মহাকপু ফাবনা হানখ্রে। মচানা ঈশিংদা লুপখিদুনা মশক উখিদ্রবদা লৌদ্রাউবী মথবাক্তা মখূৎ অনীনা কন্না কন্না য়ৈরগা খোংলম্মী — 'হুই-হুতে, হুই-হুতে।' অৱাবা খাঙবগী মতৌদা জীব অদু তোর্বান্দা মীপাই-থবাইনা কোযচেন চেল্লম্লগা মাগী মরূপ খম্বতোন অমসুং মচাবু অমুক উখিদ্রবন্দা লাউ-লাউদুনা উমংলোমদা চৎখি — হুই-হুতে! হুই-হুতে!



*খম্বতোন বৌদ্ধ লম্বোইবা ওইখ্রে।*

চহী খরগী তুংদা মৈত্রবাক্তগী অৱাদা লংফৈ চৎলুবদগী হল্লকপা মী খরনা খম্বতোনবু

# লৌদ্রাউবী

থেংনরকই হায়না মমা মপাদা তন্নে। মহাক বৌদ্ধ লাইশং অমগী মাঙ্গোন্দা মরু কোক্লগা ঙাংলৈনবা ফিজোল শেক্তুনা লিক চৎহৌই হায়নরকখি।

***

তাইবং জীব পূম্নমক্তগী মীওইপোক্লা অথোইবনি
লৌশিংদা মানা হেনবদগী মালেমগী নিংথৌ ওইরিবনি।
খোঙফম অমা শোয়খ্রবসু কাখৎপদি কাউফম থোক্তে
নীংঙমদবা চামা লৈরবসু পুন্সিবুদি মাঙহনবা চুমদে।

## সতকংনান

থায়না মমাংঙৈদা লাইর- মচা তোনানবা অমা লৈরম্মী। মহাক ওইথোক্লোইদবা থবক্তা মঙ মঙদুনা মতম মাঙহনবদা হালেংলমদে। অদুম ওইনমক মপাঙ্গল কনবগীদমক মাবু মীয়াম্না শীংথাবীবা অমদি লৈরম্মী। মহাক উচেকশিংগী মতৌগুম অমুক্তং কোয়পাই পাইদুনা চৎনীংখি। মরম অদুনা চাংয়েং অমগীদমক নোংমা মখূৎ য়েৎ- ওয় অনীমক্তা



*উচেক্কী মশা- শাগণ অনীনা তৌবগুম কন্না- খপ্পুনা মথক্তা পাইখৎনবা হোৎনরম্মী।*

## সতকংনান

অপাকপা য়াঙ্কোক অমমম লীনা চেৎনা পুনশিল্লগা উচেক্কী মশা- শাগল অনীনা তৌবগুম কন্না- খপুনা মথক্তা পাইখৎনবা হোৎনরম্মী। মহাক পাইখৎপা ঙমদ্রে। অদুবু নীংহন্নদে, অৱাংবদগী চোংথরগা অমুক য়েংলগে খন্দুনা মহাক হৈনৌ পাম্বী অমদা কাখৎখি। মহাক্তা তৌরিবা থবক্তু ময়াম য়েংনরবসু মমাদি মমিৎ উইশিল্লগা কপ্পুনা লৈখি। মহাক উশা অমদা ঙাইহাক লেপ্পল্লগা উপ্না হাইথরক্লে। অদুগা, 'সত- সত' হায়না কন্না লাউদুনা মশা- শাগল অনীদু লৈজবা পাঙ্গল ফুদোক্তুনা খপ্লম্মী। মহাক খজিক্তং পাইবগুম তৌখি। অদুবু মশাগী অরূম্বনা চিংথরকপদা খাঙবা ঙন্নক্তবদগী নক্তা হৌবা হৈগ্রেং পাম্বী অমগী মশাদা তোংলম্মী। মদুদসু মহাক 'সত- সত' হায়না লাউরম্মী। উশাদু অকংবা ওইরম্বদগী তেক্তুনা মহাক নাম্থখ্রে। লৈমায়দা তারে। সত- সত লাউরগা অকংবা উশাদা নেৎলল্লগা নাম্থখি হায়দুনা নুমিৎ অদুদগী ময়াম্না মহাক্কী মমিং সত- কং- নান কৌনখ্রে।

সতকংনান খরা তঞ্জবগী ৱাতনি, লৌশিং ৱাৎপদি নত্তে। মমা মপানা অহল ওইরক্লবা মতমদদি মহাক লংফৈদা চত্তুনা শেল তান্দবা য়াদ্রে খল্লক্লে। অহলশিংগী য়াথং লৌরগা সতকংনান লংফৈগীদমক খোঙশাল্লক্লে। মহাক মপাং কনাসু লোয়নরক্তে। মতোমতা অদুম লাকখি।

সতকংনান খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা অসুম লাকপদা অচৌবা খোংনাং অমগী উরুমদা নুপা অমা মথন্তা খুল্লোকপী শান্নদুনা লৈবা উবম্মী। মহাক্কী খুল্লোকপী মরূশিংদু মীপোৎ ফারবা নূং ঙাক্তা ওইরম্মী। মখোয়না থেঙ্গাইনবগী মখোন্দু খোন্থাং লান্না চৎখিবগা লোয়ননা মৈরিক্লা পূমঙান ঙাল্লম্মী। নুপা অদুগী পাঙ্গল উবদা সতকংনান মশাগী নাপল মাঙখ্রে। তৌবল্লিবা থবক্তুদি অঙাংগী লোনচৎ মানবা লৈ, অদুক য়াম্না শিংবা মীশক ওইবগ্লোই হায়বা সতকংনান্না খঙলম্মী। মহাক নুপা অদুগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা হংলম্মী, "ইতাও, নঙ কদায়দগীনো? নথন্তা মফমসিদা কবি তৌরল্লিবনো?"

নুপাদুনা খুম্লকখি, "ঐ অৱাং খুল্লোমদগী লাকপনি। চাক লাম্মনবদগী খবা কাউথোকপা য়ানবা খুল্লোকপী শান্নরল্লিবনি।"

"য়ূমদা নঙবু পুক থন্না চাক পীজদব্রা?" সতকংনান্না মখা হংখি।

"হোয়, মখোয়না মী অমগী চাক শরুক্লি হায়না পীরকপদু ঐগী পুক তঞ্খাইসু থনবা ঙমদে। লাম্না- লাম্না খাঙবদু ৱামল্লকপদগী লংফৈদা শেল তাল্লগা পুক থন্না চাবা ফংবা ঙম্বা য়েংলুবগে খন্দুনা য়ূমদগী থোবকপনি। অদুবু ঐ চৎফম খঙদবদগী অসুম লৈরবনি।"

"ঐসু নহাক্কা ফিভম মান্নরে। লাও, ঐখোয় পুক থন্না চাবা ফংগদবা মফম থিরুরসি।"

"ফরে ইতাও, ঐ নঙগী তুংইল্লবনি।"

শাফবা অনী নোংপোক মায়কৈ পাংনা লাক্লম্মী। নুপা অমনা অচৌবা পাৎ অমবু মথন্তনা শিংলম্না উরে। অদুক য়াম্না চাউরবা পাৎ অমবু করম্না তন্থায় অমা কংহল্লকখিবনো খনবদা ঙক্তবা কনাসু লৈরোই। মখোয় ঈশিংপা নুপা অদুগী মনাক্তা চৎলম্মী।

সতকংনান্না হংলুই, "হো ইতাও ঈশিংপা, নঙগী পাৎ অসি কৈদৌঙৈ কংহনবা ঙমগদৌরিবগে? অসুক য়াম্না চাউবা পাৎপু নথন্তা করম্না শিংলিবনো?"

ঈশিংপনা খুম্লকখি, "ইতাও, লেপ্তুনবু শিংলবদি নোংমা শোয়দনা কংলক্কনি।' নোংজুথা লাকপনা হানখ্রবদি নোংমৈ ফাওবা শিংপা তারে খন্দুনা ঐ কন্না হোৎনরি। ঐসি য়াম্না লাইরবা মীনি, শৃফম-নোম্ফম লৈজদে। পাৎ অসি কংলবা মতমদা ঙা ফারগা শেল ফংবা ঙন্না য়েংলগে খন্দুনা শিংলকপনি।"

"ইতাও, ঐগী মিং সতকংনান কৌই। ইতাও অসিনা খুল্লোকপী শান্নবনি। ঐখোয় হৌজিক লংফৈদা শেল তানবা চৎলিবনি। নঙ চৎনীংদব্রা?" সতকংনান্না হায়খি।

"ইতাও, ঐবুসু পুবীদবা য়াদ্রে।" ঈশিংপা ঈস্তোক লংথোক্লল্লগা কংফালদা চোংখৎলক্লে।

অকনবা অহুম অসুম মায়কৈ হোংদনা লাক্লম্মী। মখোয় কনাগীসু চেঙজেল য়াওরক্তবনা নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা খুল অমদা থুংহৌদবা য়াদ্রবনি। মখোয়না উমং অমা লাম্থোরকপগা সমুদ্রগা মান্ননা পাক চাউরবা তুরেল অমা থেংনরম্মী। মদুগী তোর্বান্দা নুপা অমা খোইচোপ্তুনা লৈবা উরে। মহাক্কী খোইজৈদু অচৌবা সয়ী যৃম্বী অমনা ওইরম্মী, খোইরিনা শামু থৌরীনি, খোই অমদি খোইচাক্লা করিনা ওইরমগনি হায়বা খঙদ্রে। শাদুম খরদি মনাক্তা তাদুনা লৈবা উরম্মী। তাঞ্জা অদুমক্তা খোইচোপ্পা অদুনা মহাক্কী খোইজৈদু ফৎ হাইগৎলকপদা লম অনীরোম শাংবা শারেং অমা শেক্তা নৃংথক্তা হাইহত্তুনা তারম্মী। নুপা অদুনা খোইজৈনা অমুক্তং য়ৈবদা শারেং লেঙখিদ্রে। মদু উবদা নুপা অহুম খন্নরম্মী - 'ইস! অসুক কনবা নুপাদি মালেমদা অনী শুনা লৈররোই।'

সতকংনান চঙশিন্দুনা হংলম্মী, "হো ইতাও, নঙগী শিনফম ঙা ফাব্রা?"

"নত্তে, ইতাও।" খোইচোপ্পনা খুম্লকখি, "থবক শৃফম লৈতবদগী শিনফমসি চাংয়েংলিবনি। কান্নদ্রে, থা অমগী ভুংদনি ঐনা অচৌবা ঙা অসি ফারিবসি। নখোয় কদাইদা চৎলিবনো?"

"ঐখোয় লংফৈদা শেন্দানবা চৎলিবনি।"

"এ! অদুদি ঐসু খরা য়াওজগে।"

"য়াই, য়াই, ইতাও।"

হৌজিক্তি অকনবা নুপা মরি শুরে। মখোয় তুরেল ঈচেল ইন্দুনা য়াম্না শাংনা নারক- শীংলক্কী লম্বীদা চৎলম্মী। মখোয় চাক য়াম্না লাম্নরে। মখোয়না চিংলগা পুরকপা শারেং অদু লৌরগা চারসি হায়না খন্নরম্মী। লুরিবদি মখোয়গী মৈবা চিংনবা পোৎ য়াওরমদে। মখোয় অনকপদা খুলকা লৈবরা হায়বদু খঙনীংলম্মী। সতকংনান খুদক্তা অৱাংবা উ অমগী মতোন য়ৌনা কাখত্তুনা মায়কৈ মরিমক্তা য়েংলম্মী। মহাক অথাপ্পা চীংয়া অমদা য়ূম অমা লৈবা উবদগী হরাওনা কূমথরক্লে।

সতকংনান্না মতাওশিংদা হায়রম্মী, "য়াম্না ফরে, নোংপোক চীংখোঙদা য়ূম লৈবা উই, মফম অদুদা ঙাসি লৌরুরসি।

"মদু ফত্তে, য়ূম্নুশিংদুসু চাগে হায়রক্লবদি ঐখোয় পীদবা ঙম্লোই।" ঈশিংপনা হায়রম্মী, "ঐখোয়গী মরক্তগী মী অমা চৎলগা মৈ লৌরুরসি, অদুগা মফমসিদা লৌরগা চারসি।"

"ফৈ, ফৈ।" খোইচোপ্পনা শৌগৎলকখি।

সতকংনান্না মখা তারম্মী, "অদুদি, ইতাও খুল্লোকপী শান্নবা নঙ চৎলো, ঐখোয় শীং খোমজিল্লমগে।"

খুল্লোকপী শান্নবা মৈ লৌবা চেল্লক্লে। লম্বীদু হাইফেৎ শাংলমখি। য়ূমগী শন্দংখাদগী মৈখু থোরকপা উবদা মহাক য়াম্না হরাওরম্মী। দারি মচীন্দা লেপ্পগা মহাক্না কৌরম্মী, "কনা কনা লৈবগে, মৈ খরা লৌজগে।"

"হো কনানো?" হনুবীগী খোঞ্জেল অমনা খুম্নকখি, "লৌরো লৌরো চঙলকউ।"

খুল্লোকপী শান্নবা ইমুংদা চঙলম্মী। মখ্বাং কোল্লবী, মউন খুইরবী হনুবী অমা পোৎ লোইশিন্দুনা লৈবা উরে। ফুঙ্গা লাইরু নক্না লৈমায়দা ফি অমা শন্দোক্নুনা লৈ। হনুবী অদুনা নুংশিবা খোঞ্জেন্দা হায়রকখি, "ইবুংঙো, ইবেন্দি মৈসি কাম্বা ঙমদ্রেনে। নঙ নশানা কাল্লগা চাকহল্লো, অদুগা মৈতাল অরাবা খল্লগা হেক পুখো।"

"ফনি ইবেন।" হায়দুনা খুল্লোকপী শান্নবনা মৈ ফু ফু কাল্লম্মী।

"হো ইবুংঙো, ঐ ৱাই অমুক্তং শিংকেকো, ৱারৌগনু চাইমনখ্রদুনা তৌবনি।" হায়রগা শুমজিৎ পায়খৎখিবী হনুবীদুনা নক্না চঙশিল্লক্লগা খুল্লোকপী শান্নববু খোঙপাক্না কাওরম্মী। অকনবা নুপাদু ফিনা কুপ্পুনা থম্লিবা শুরুং অমদা তাশিনখ্রে। মহাক ঙাইহাক ৱ াম্বরুরবা তুংদা শুরুং মনুংদগী মথক্তা য়েংখৎলম্মী, অমুক হন্না কাখৎপা ঙম্বগী উপায় লৈত্রে।

অসোমদা নুপা অহুম মখোয়গী মরূপ হল্লক্তবা কুইমল্লকপদগী মী অমা চত্তুনা থিরুবগা লোয়ননা মৈসু লৌরুরসি হায়না খন্নরম্মী। থবক অদুগীদমক ঈশিংপা চেল্লকখি।

মহাক য়ূম অদু য়ৌবগা কৌরম্মী, "কনা লৈবগে, মৈ খরা লৌজগে।"

হনুবী মপান থোরক্লে, হায়রকখি, "মৈ লৌগে হায়ব্রা, চঙলকউ, চঙলকউ।"

"ইবেন, য়ূমসিদা ঐখোয়গী মরূপ অমা লাক্লম্ব্রা?" ঈশিংপনা মখা হংলম্মী।

"কনাসু লাক্লমদেনে, ইবুংঙো।" হনুবীনা খুম্লকখি।

ঈশিংপা ইমুং চঙদুনা মৈখু কারিবা ব্রামৈদা কন্না কাম্লম্মী। হনুবী অদুনা মমাঙগী মতৌ অদুমক্তা ব্রাই শিংপা শাশিন্নরগা ঈশিংপবু শুরুংদা কাওথখ্রে।

অসোমদা ঙাইরকপা কুইরে। চৎখিবা মরূপ অনী হল্লক্লুবদা খোইচোপ্পা য়ূম অদু তম্না লাকখি। সতকংনান ঙা শঙদুনা লৈহৌরে। খোইচোপ্পসু য়ূমদু য়ৌরকপগা মী লৈব্রা, ব্রা অমত্তং হংজগে হায়না কৌরম্মী। খ্বাং কোনবী হনুবী মপান থোরক্লুনা হায়রকখি, "কনানো কৌরিবা? করি হায়বনো?"

"ইবেন, মফম অসিদা নুপা অনী মৈ লৌবা লাক্লমদব্রা?" খোইচোপ্পনসু হংলম্মী।

"লাক্লমদেনে ইবুংঙো।"

"ইস! অদুদি মখোয়না চৎখ্রিবসি কদোমদনো?" খোইচোপ্পা ঙইহাক খল্লগা মখা তারকখি, "ইবেন, মৈ খরা লৌজগে।"

"য়াই, য়াই, মনুংদা চঙলক্লগা য়েংলো। করম্না পুগদৌবিবগে?"

"মৈতাল অরাবা খরা উনানা য়োম্লগা পুজখিগে।"

"ফৈ ফৈ।"

খোইচোপ্পা ইমুংদা চঙদুনা মৈতাল থিবদা ফংদবদগী শীংশিংদু অমুক চাকখৎনবা কন্না কন্না কাম্লম্মী। হনুবী লাং থাকপা হৌরক্লে। ব্রাই শিংপা শাশিন্নরগা কনবদা মপা লৈত্রবা নুপা অদুবু শুরুংদা কাওথখ্রে। খোইচোপ্পা মতাও অনীগী মথক্তা বুব তাশিল্লম্মী। সতকংনানসু মতৌ অদুম্না লাংদা থুরবদি মখোয়বু কনানা কনবীগনি খনবদা য়াম্না ব্রানরম্মী।

অসোমদা ঙা শঙহৌবা সতকংনান ব্রাখল তৌরম্মী – 'করিনো চৎখিবা নুপা অহুম অমত্তসু হল্লক্রে। মরম অমদি শোয়দনা লৈরে। ঐ চৎলগা য়েংলুদবা য়াদ্রে, ঙাসি পুরগে।' সতকংনান অচৌবা শারেং লৈমায়দা শোরো শোরো চিংলগা লাক্লে। মহাক শুমাঙ মতোম্দা ঙাদু থম্লগা চঙশিল্লম্মী।

"য়ূমসিদা কনা লৈবীবগে, কৈনোমতং হংজগে।"

খ্বাংকোনবী, মায়খুইবী হনুবী থোরক্লুনা খুম্লকখি, "ঐ লৈয়ে, করি হায়নীংঙি, ইবুংঙো?"

"ঐগী মরূপ অহুম য়ূমসিদগী মৈ লৌবা চৎখিবনি। মখোয় হল্লক্রে, ঐ মখোয়বু থিজরকপনি।"

"চৎখিবা কয়া কুইরবগে? য়ূমসিদদি কনাসু লাক্লমদেনা।"

"ফরে, ইবেন," সতকংনান ৱাখল তৌরগা মখা তারকখি, "য়ূমসিদা ইবেন ইথন্তা লৈবীব্রা?"

"হোয় ইথন্তা লৈবনি, চিংনবা করি লৈরবগে?"

"হুং, চুম্না অসুম হংজবনি। ইবেন, ঐ মৈ খরা লৌজগে।"

"য়াইনে, য়াইনে, হেক্তা চঙলকউ।"

ইমুংদা চঙখিবী হনুবীগী তুং ইন্দুনা সতকংনান ফুঙ্গা য়ৌশিল্লম্মী। মহাক ইমুংদু মুন্না য়েংখি। চাকখুম লৈতে, ইহাঙ হাঙঙি। লময়াইদা ফি অমা শন্দোক্লুনা থারি। মদুনা করিগুম্বা খরা কুপ্লম্বা য়াই খল্লম্মী। অসুক য়াম্না চিকপা লমসিদা য়ূমদোম্পোক অমদা হনুবী অমত্তং লৈবা হৌনদে হায়বসি সতকংনান খনখ্রে। মতাওশিংদা হায়খিবগুম মৈদু মশানা চাকহল্লগা পুখিনবা হায়রকখি। সতকংনান ফমথরগা অকনবা স্বরনা মৈ কাল্লম্মী, অদুবু হনুবীদুগী খোঙথাংবুদি চেকশিন্না য়েংখি। হনুবী মমাঙগী ৱাহৈশিং শিজিন্নদুনা ৱাই শিংপা হৌরক্লে। অসুম খরা খরা নকশিল্লক্লগা হনুবীনা মখোঙ হেক থাঙ্গৎলকপগা সতকংনান্না



*হনুবীনা মখোঙ হেক থাঙ্গৎলকপগা সতকংনান্না ফাখ্রে।*

ফাখ্রে। মহাক্না ফৈনা চিংবদা হনুবীদু ফিনা কুপ্তুনা থম্লিবা শুরুংদা তাশিনখ্রে। সতকংনান্না শুরুং মনুংদা য়েংথখিবদা মকোক্তা মশম তরেৎখক্তা হৌবা, মঙক্তা মী মকোক্কী পরেং শিবা হিংচাবীনা অচৌবা ময়া খিগত্তুনা নুপা অহুমগা লাম্থেংনবা উরম্মী। চোংশিনখিবা নুপা অমমম্বু হিংচাবীনা পায়- পায়দুনা লংলম্মী। মতাও অহুম শোয়বা তারে খন্দুনা সতকংনান্না লাউরম্মী, "নখোয় অহুম মীৎ উইশিল্লু, ঐ উৎ হৈথরক্কে।"

সতকংনান্না ফুঙ্গাগী উৎ ময়াম হৈথখ্রে। হিংচাবীগী মমীৎ অমদি মখাদা উৎ চঙখিবগা মপাঙ্গল য়াম্না হম্থখি। উৎতি হিংচাবীশিংগী পাঙ্গল মাঙহনবা পোৎশক্নি হায়বা ঝারী সতকংনান্না অহলশিংদগী তাখি। হৌজিক হিংচাবীদু মমিৎ উখিদ্রে। মানা অমুক- মুক লাউরকপদা শুরুং অদু পোকখাইরগদবগুম নিরুম্মী। হিংচাবী উরূ- উরূ লৈদুনা লৈরে। উৎনা লৈমায়দা ফমথখিবগা সতকংনান্না মতাওশিংদা মীৎ পাঙনবা লাউরম্মী। হৌজিক অকনবা নুপা অহুম্না কন্না লাম্থেংনদুনা, য়াম্না ঝানা হিংচাবী হাৎলে। অদুগী তুংদা সতকংনান্না অশাংবা উরীগী মতেং লৌদুনা মতাও অহুম্বু মথক্তা চিংখৎলম্মী। হরাওরবা নুপা মরি শারেং লৌদুনা চারগা অরাম খৌরাংবা কোক্রবা হোৎনরে।

লংফৈ চৎপা অকনবা নুপা মরিনা হিংচাবী হাৎপগী পাউ লৈবাক্কুগী নিংথৌনা তাখ্রে। মহাক খমথেংনা নুংঙাইখি। মরমদি, হিংচাবী অদুনা ওৎলকপা মতম কুইরে, অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অমা থাদুনা মাবু হাৎনবা হোৎনবদা ঙম্লক্রবনি। অকনবা নুপা মরি কোনুংদা কৌখৎখ্রে। ঙমখৈ লৈতনা পেল্লবা নিংথৌনা সতকংনানবু সেনাপতি হাপখিবগা লোয়ননা মতাও অহুম্বুসু অচৌবা ফম অমমম পীদুনা ইকাই খুম্নখ্রে।

***

অঝা নুংঙাইগী পুঞ্জিনি
লোইনাইদবা তাইবং লীলানি
থুংগ্রবনি শরুক নঙগীসু
য়াররোই নাথৈদুনা চৎখিবসু।

# লাঞ্জদবী

থোইদোক হেন্দোক্লা ৱাংলবা চীংদোন অমদা খুল অমা তারম্মী। খুলগী মী পূম্নমক শূবা-নোম্বা কনবনা চাবা ফংদবগী অৱাবা লৈরমদে। মখোয় খুঞ্জাউ-লৈজাউনা, ৱাংত- পাদনা পানবগীদমক চাউথোকচরম্মী। পাম্লৌগী মহৈ- মরোংশিংদবু ওইরো, য়ুমদা য়োকপা শা-য়েন্দবু ওইরো মরেক- লাইচৎ থুংলদবনা মখোয় পূম্নমক নুংঙাইনা পান্নখি। খূল অদুদা নীপু কৌবা মশক মতৌ ফজবা, মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা পাখং অমা লৈরম্মী। পাখং অদুবু লিকা কৌবী, য়ূম নক্লনা লৈবী লৈশাবী অমনা য়াম্না পামজরম্মী। অদুবু, নিপুনদি মিয়ামি কৌবী অতোপ্পা লৈশাবী অমবু নুংশিখি। মতম খরগী তুংদা নিপুগা মিয়ামিগা হৌনবী মতুং ইন্না লূহোংখ্রবদা লিকা য়াম্না চাক্লা লেনখি। পিক্লিঙৈদগী নীপুগী মঙলান্দা তাউজরকপী লিকা কল্লকমনবদগী মখোয়গী য়ূম্বান থুগাইগে খনখ্রে। অদুদগী হেন্দোক্তুনা মানা মিয়ামিদগী নিপুবু ম্নলগে হায়নসু লেপখি। মীহন- মীরু ওইবী লিকা তপ্পা থবক পায়খৎলম্মী। অফবা গুণ কয়ানা লৈতেং ওইবী মিয়ামিবু মমৌ ওইনা ফংবদা নীপুগী মমা- মপা ঙমখৈ লৈতনা হরাওবম্মী। মখোযনা মমৌবু থাগৎপগী ৱাঙাঙ তারগা লিকাগী থম্মোয় প্রোক -প্রোক চাক্লম্মী।

মতম খোঙচৎ মতুংইন্না মিয়ামি মচা নুপা অমা পোক্লে। মৈনীং কূপ্লিঙৈ মতমদুদা মিয়ামি য়ূমশঙদুনা লৈখি। য়ূমগী মী পূম্নমক পাম্লৌদা থবক শূবা চৎনখিবা মতম ওইবনা ইচিক চিক্লম্মী। মিয়ামি মানা ঙম্বা থবক খরা- খরা নোম্বা হৌরে। মা মচা পোদুনা মরক- মরক্তা ঈশিং শোকপা চৎলম্মী। মতম অসিদা লিকানা লোন্না ইমুংদা চঙলগা মাগী কাঙখদা শরূ লংশিল্লম্মী। লিকা মিয়ামিদা নুংশিদবা, কল্লকপা খক উৎলমদে, মরূপ ওইবদগী হেন্দোক্তুনা মচিন মনাওগুম নুংশিজবা মালহনখি। মা খুদক্তা থবক পায়খৎলমদে।

অঙাংনা থা তরুক শুরকপদগী মিয়ামি ইমুংগী মতেং পাংবা পামলৌদা চৎপা



*লিকানা লোন্না ইমুংদা চঙলগা মিয়ামিগী কাঙখদা শরু লংশিল্লম্মী.*

হৌরম্মী। অদুবু মনেম- মকুনা ব্রাগনি হায়দুনা মাবু অয়াম্বা মতমদা যূমদা লৈহল্লম্মী। নোংমা মিয়ামিগী মনেম্বোক্কা লিকাগা লৌগী নাপী পেংলম্মী। উজাউশিংদা তোংদুনা খোংলকপা তাম্নাগী খোঞ্জেল তাবদা মিয়ামিগী মনেম্বোক্না লিকাদা হায়রকখি, "য়েংঙু লিকা, ঐগী ইমৌগী খোঞ্জেলসি অসুম্না নুংশি।" উতুবী অমনা উদা মখুল হুৎনবা মচীন্না লেপ্তুনা তুবা উবদসু মনেম্না অসুম্না হায়রম্মী, "ঐগী ইমৌ মিয়ামিদি অসুম্না নোম্বা কল্লি, তনবা লৈতে।" নোংইন নত্রগা তেনব্রা উরগসু অহন্দুনা হেক্তা হায় "ঐগী মিয়ামিদি অসুম্না ফজবীনি।" থাগৎপগী লোইবা নাইদ্রবা ব্রাহৈশিংসি তাবদা কল্লকপনা থম্মোয়নুংদা ওৎখায়রক্লবসু মপান থোকহন্দনা খাঙবা হৈবী লিকানি।

লিকা নোকফেৎ তৌনা তপ্না হায়রকখি, "চুম্মি, চুম্মি, লাইরেম্বীমক্লসু মঙোন্দগী ফজবা হেল্লরোই। মরম ওকপদা হায়রবসু মাগা লাম্বা পাগদবসি কনানো? অদুবু ইনে, মঙোন্দা চেন্নরিবা ফত্তবা লোনচৎ অসিমত্তং য়াওরমদ্রবদি সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবা হায়বদু ওইরমগদবনি।"

লিকাগী ব্রাসি তাবদা অহন্দু খংপ্রেক খংলম্মী। মহাক শাউগৎলকখি, "করি হায়বা লিকা! মিয়ামিনা করি তৌরবগে?"

"ঙাইবীখো ইনে, তপথবীয়ু। ঐনা ব়াফমসি তমথোকপদা ইনেগী থম্মোয় শোক্কনি হায়বা খঙলবসু ইনেখোয়গী ইমুংদা অমাঙ- অতা থোরক্লিঙৈ, মীনোক চঙলক্লিঙৈ মতমসিদা কলহৌনবা হায়দবা য়াদ্রবনি। ইনেখোয়গী ইমুংদি ঐগী ইমুংমক্তি খল্লিবনি, লান্না লৌবীগনু।" লিকা মমায় ঙাংতক হায়রকখি।

"হায়য়ু লিকা, নঙনা খঙবা করি লৈবগে।" অহলনা তকশিল্লকখি।

"ইনে, ঐসু মিয়ামিগী লোনচৎতা অমকপা অমত্তা য়াওদে খল্লুবনি। উন্না খুন্বা পুক্তি হায়নবসি কয়াদা চুল্লিবনোসে। মহাক্না মৈনীং কূল্লিঙৈ, ইনেখোয়না লৌদা চৎনখিবদগী মথন্তা য়ূমদা লৈহৌবা মতমদা মহাক য়েন থোং থোংদুনা চাবনি।" লিকা মখা তারকখি।

"এ: মাদি কদায়দগী য়েন ...? ঐখোয়গী য়েন মশীং অমত্তসু ব়াৎতেনা ...।"

"খুলগী য়েন ময়াম অমা লৈরিবসিদি, ইনে।"

"হুরাল্লিবা জাৎলনে?"

"মদুদি খঙজদ্রে। ইমুংদা করি পোৎ ময়েং তারক্লিবগে হায়বদুদি ইনেখোয়না খঙবীফম থোকই, মহাক্না ফৌ-কোৎ পান্নরিবনি।"

অহন্দু তুমিন লৈখ্রে। নুমিৎনা চীংগী মরুমনা লৈথখিবদগী মখোয় য়ূমদা কানবা থৌরাং তৌরম্মী।

মিয়ামিগী মনেম্বোক য়েংশিনবা হৌখ্রে। ব়াফমসি মহাক্কী নুপা অমসুং মচানুপাদসু লোন্না খঙহল্লম্মী। নোংমা অঙাং মশা ঙমদবদগী মিয়ামি লৌদা চৎপা য়াওরমদে, য়ূমদা লৈহৌখি। মহাক্না মাঙ্গোলদা তওৎনা লং হল্লিঙৈদা মখোয়গী কাঙথোং ফারবা য়েন চেঙ্গোইবা অমা উমাইবীনা লাকখ্রে। য়েন অদুমক্তি মপোপ- মতাং ফবনা চঙখোনবা য়েনবা ওইনা শেমগৎকে খন্দুনা মকুবোক্তা খাক্লগা থম্লকখিবনি। নুমিদাংব়াইরমদা ইমুংগী মীশিংনা য়ূমদা কারকপা মতমদা মিয়ামিনা পাউসি তম্লম্মী। লৌদা লিকাগী ব়া কয়ারক নৈনরকখ্রবা ইমুংগী মী অহুম মিয়ামিবু চিংনবা হেনখ্রে। য়ূম শঙহৌবগা য়েন মাঙহল্লি হায়না মনেম্বোক্তা চৈবা হৌরম্মী। অদুক চাউরবা য়েনবু তোকপা নত্রগা খুনু- খবংনা লাকপা ঙমফম থোক্তে হায়না মকুবোক্তসু ঙাঙলম্মী। মনেম- মকুগী ব়াঙাঙদা মিয়ামি য়াম্না শাউনীংলবসু তুমিন তারম্মী।

মথং নুমিৎকী অয়ুক্তা মনেম্বোক্তা মিয়ামিগী কাঙখদা পান অমদি শিং চারগীদমক থমখিবদু লৌথোক্কে হায়না য়েংলুবদা শরূ ময়াম অমা লৈরম্লে। মদু উরগা মনেম্বোক্তু লিকাগী ব়া চুম্লে হায়না খনখিরম্মী। মহাক্কী ব়াদগী মিয়ামিবু মকুবোক অমসুং নিপুনা য়ূমগী মৌ ওইনা থম্নীংখিদ্রে। মখোয়না মৌদুবু য়ূমদগী করম্না তাম্থোকখিসিগে হায়না ব়াতানরম্মী। মীৎনা উবা মরাল অমা পীবা ঙমদ্রবদি খুলগী অহলশিংদা করম্না ব়াকৎলুগনি? কাঙখদা য়েন শরূ লৈরম্মী, লোঙ্গা চায় হায়রুবদা মতিক চাবা সাক্ষী ওইরোই। ব়াথিবনা ব়ামাঙগনি।

## লাঞ্জদবী

মিয়ামিনা কাঙখদা শরূ তশেংনা লংশিল্লি হায়বসি ব্রাশকউ, কৈ ময়া চিকউ হায়রকপদা মখোয় থবক্তু পাঙথোকপা ঙম্লোই। মমৈথংদা মখোয়না লোন্না ব্রাতানবসিদা লিকাবুসু য়াওহল্লে।

লিকানা হায়রম্মী, "ইনে, নচাগা নমৌগা কায়নহনবদা অকায়বা খরা তুংদা লাক্কদবা মাল্লি। ইনেখোয় মীমাঙদা চোপ্পকপা য়াই। নচানুপানা মিয়ামিবু য়াম্না নুংশি। মিয়ামিনা মাবু ইরাই লাইনা শুম্বা ঙমগনি। নিপুবু থেম্নগা ময়ুমদা পুথোকপ্রবদি ইমুংসি করি ওইহৌগদৌরিবনো, শিবগা মান্নরে। মরম অদুনা উপায় অমা য়েংবা ফৈ।"

মনেম্না হংলম্মী, "কায়নহনবা নন্তনা মাবু য়ুমসিদগী তাম্থোকখিনবা করি উপায় লৈরিবগে?"

"উপায় অমা লৈ, ইনে।" লিকা চেকশিন্না খুমখি, "মাবু তম্পাক্তা পুরগা মৈতৈ নিংথৌদা য়োম্থোক্ত। মিয়ামিগী মশক উবদা নিংথৌনা শোয়দনা লৈখিগনি। নিংথৌনা মশক ফজবী নুপী কয়া কয়া লৈরগা থম্মী হায়। মিয়ামিগীদমক মমল য়াম্না ফংগনি। মমা- মপানা অমদি খুলগী মীশিংনা হংলক্লবসু নিংথৌনা ফাহৌরে হায়না খুম্বদা মখোয়না করি তৌবা ঙমগনি, মরাইবক ফরে খল্লগদবনি। ব্রাকৎলুফমসু লৈররোই।"

লিকাগী লৌশিংবু মীয়ামিগী মনেম্বোক্লা থাগৎলম্মী। ব্রাফমসি মমা- মপানা থেম্বদগী নিপুসু য়াখ্রে। মনেম- মকুনা তম্পাক্কী ঙাইশিং উনবা চৎপদা মিয়ামি অমসুং নিপু য়াওরুসি হায়নরে।

থাপ্লবা লমদমগী চীংমী ইমুংদু নুমিৎ মঙানিগী তুংদা তম্পাক য়ৌরক্তুনা মৈতৈ নিংথৌগী কোনুংদা লাক্লম্মী। মখোয় য়াম্না ব্রানা নিংথৌবু খুরুমজবা লাকপনি হায়রুবদগী থোঙাকপশিংনা মনুংদা পুশিনবীরম্মী। মখোয়না নিংথৌগী নাক্তা চঙশিন্দুনা খুরুমজরুরে। নিংথৌনা মনাইশিংদা চান- থক্লবা অহাও- অথুম অমসুং ফিনচিংবা খুদোলপোৎ খরা পুথোরক্লবা হায়রম্মী। মহাক নহা ওইরিবী শকহেনবী মিয়ামিদা পুক্লীং য়াম্না চঙখি। চাবা- থকপা লোইরবা তুংদা চীংগী অহলনা নিংথৌগী নাক্তা চঙশিন্দুনা লোন্না ব্রাফম খরা হঙ্গৎলুরে, মৌ নহা অদুবু য়োঞ্জরমগে, লৈবীহৌরো হায়রুবনি। নিংথৌ হরাও- হরাও য়ারকখি। মমল ওইনা শেলসু য়াম্না পীরকখি। শেলশিং অদুনা মখোয়গী খুলদা শন্দং অহুম, ইরোই অনী, ওক মঙাদি শোয়দনা লৈবা ফংলগনি খন্দুনা চীংগী অহল য়াম্না হরাওরম্মী। মমা- মচাবু নিংথৌ কোনুংদা থনম্লগা চীংগী ইমুংদু হনখ্রে। মিয়ামি থম্মোয় শোক্লা কপহৌই।

খুল য়ৌরকপদা ফজনা লৌতুনখ্রবা মখোয় অহুম্না অব্রাবা থৌদোক অমা শেমদুনা ময়ামদা পাউদমখি। মৈতৈ নিংথৌনা মিয়ামি ফাহৌরে হায়খি। লৈশাবী ওইরো, মৌ ওইরো,



*মী নহা অদুবু য়োম্ভারমগে, শৈবীথৌরো হায়রুবনি।*

খোইদোক হেন্দোক্লা মশক ফজবী নুপী উবগা মৈতৈ নিংথৌদি হেক্তা ফাগল্লি, মহাক্কী তালেংয ওইহনবনি হাযবগী ৱারী পৃম্নমক্লা তানখ্রবনিনা তল্লবা পাউদু থাজনখি। নিংথৌগী লোনচৎ অসিদা মখোয পেন্দবা কযা লৈরবসু কবি তৌকবা ঙমগনি, মিয়ামিগী মমা- মপা অমদি মরী- মতাশিং কপ্পা কপ্পা লেনখি।

মিযামি লৈত্রবা নিপুগী ইঙ্ক ইমম মমলে। লিকাগী থৌশীলদি মহয় য়ানখ্রে। মহাক্কী কেবা- নানবা অমাদ হৈনিংবা হেনগৎলকাখি। নিপুনা মহাকপু লুহোংদুনা লৌরে। মহাক্কী নীংবা থুংজরে।

লিকাগা যুম্বানমিংদুনা লৈরবসু নিপু মিযামি অমদি মহাক্কী নুংশিববা মচা অদুবু কাউথোকপা ঙম্লমদে। লিকাগী লমচৎ- শাজৎকা মিযামিগীগা খেন্নবা যাম্না উবম্মী। অহল ওইরক্লবা মনেম- মকুগী সেবাদা লিকা পুক্লীং ইচঙ- চঙলমদে। পৃম্নমকসিগী মথক্তা লিকা মচা উদনা লৈরে। ইমুংগী মীশিং য়াম্না নীংবা কাযনবে। মমা- মপা অমদি মরী- মতাশিংনা নিপুদা অতোপ্পা নুপী অমা খিনবা কন্না হায়রম্মী। হৌজিক নিপুগী মমা মপা অনীদু মিয়ামিবু তোয়না নীংশিংলকখি। লোয়া চাবা শা-য়েনগী মন্দর করম্বা মীনা মশাগী কাঙখদা লংশিন্দুনা থমগদগে, মীনা উহন্নীংদবা পোৎতি অথাপ্পা মফমদা হেন্দোক্লকম থোকই,

## লাঞ্জদবী

মিয়ামিগুম্বী নুপীনা কাঙখদা অমোৎ- অকায় লংশিনফম থোক্তে হায়বসি হৌজিক মখোয় অনী খল্লকখি। পূম্নমক্কু লিকাগী খূজিন-থৌরাংনি হায়বা মখোয় খঙলক্লে।

মচা পোক্তবী লিকাবু নিপুনা কায়নগে হায়বদা খুলনা য়াম্রে। নিপু নিংঙমদবনা লৈফম খঙলক্লে। মহাক মিয়ামি অমসুং মচাবু অমুক হন্না লৌরুগে খন্দুনা তম্পাক্তা লাক্লম্মী। মখোয়না নিংথৌদগী লৌখিবা মিয়ামিগী মমল অদুগী শরুক অনী পীরগা অমুক পুজখ্রগে হায়জরুই। নিংথৌনা শরুক তরা পীরবদি পুখিবা য়াগনি হায়রবদা মহাক উপায় লৈখিদ্রে। মমা লৈহৌরবসু মচাবুদি পীনবীয়ু, পুজখ্রগে হায়না অমুকসু হঙ্গৎচরম্মী। মদুদা নিংথৌনা য়াবীদুনা চহী মঙা শুরবা অঙাং নুপা মচাদুবু মপাদা শিন্নখিনবা পুথোকহল্লকখি। অদুগা নিংথৌনা মসিমদি হায়রম্মী, "নুপা, অঙাং অদুনা নঙগা চৎখিসি হায়বদা য়ারবদি পুখিবা য়াগনি, করিগুম্বা য়াদ্রবদি নম্ফুদা পুবদি য়ারোই।"

অঙাংদু পুথোরক্তুনা মপাগা উনহল্লে। ফিজেৎ তোপ্লা টাংমী মপাবু শকখঙদবদগী কিম্রবা অঙাংদু নিংথৌগী মনাক্তা চেনশিনখিরম্মী। নিপু কপ- কপ্তুনা ময়ূমদা হল্লকখি।

***

থাজগনবশিংদি থুবনি চিরোল লাংদা
চিংনগনবশিংদি পুৎথৈ পাপকী কোমদা।
অঙম্বা মনাক শঙশাগনু নরল তুম্না মাঙগনি
নুংশি' মহুৎ শিনগনু লাইমন পুরগা লেনগনি।

## কঞ্জাউ মাইবা

থায়না মমাংঙৈদা হয়েন খুঞ্জামশিংগী অচৌবা খুল অমদা য়াম্না মথৌনা মরীংজেল লৈবা নুপা অমা লৈরম্মী। মহাক নহা ওইরিঙৈদগী মুক্লাদা মনম লৈবাক তারকখিদে। কল্লি চাউই হায়বদগী ময়াম্না মাবু কঞ্জাউ কৌবম্মী। খরা অহল ওইরক্লবা মতমদা মহাকী মিংদা মাইবা হায়বা অমগা তপশিনখি। মদুগী মরমদি খুল কয়াদা লাইচৎ লাক্লুনা নানরকপা মতমদা মহাক্না হীদাক পীদুনা লায়েংলম্মী। তিনমু লাইমু তাম্থোক্লুনা অনাবা কয়াগী অৱাবা কোকহনখি। কঞ্জাউ মাইবদি লাইশিংবু কৌদুনা ৱারী শানবা গুন্মী হায়না খ্বাইনা থাজনরম্মী। ওইজবা য়াম্না থিবা মাইবা নত্তবনিনা ময়াম্না মহাকপু লুনা তৌখি, থাজবসু থল্লম্মী।

কঞ্জাউ মাইবা মচা নুপী অহুম নুপা অমা পোকখি। য়াম্না তাঙনা ফংজবা নুপাদু অতোম্বা অঙাংগা ওইবগা ইমুংগী মীশিংনা খরা কেথোকহনখি। মমিংসু তাঙবা থোল্লম্মী। মহাক মপুক- মপাউ ফবা, হায়না- তানবা য়াবা অঙাংসু ওইরম্মী।। তাঙবনা মথোৎ কারকপা মতমদদি মীয়ামগী মীৎয়েং চিংশিন্নফম ওইরক্লে, চুং- ফিরাল চাবা রাশি- গুণ চংখোনবা শকফমবু শীংথানদবা মী লৈশিল্লক্লে।

হৌজিক কঞ্জাউ মমৌ পুশিন্দুনা মশু উনীংবগী চহী মতাং য়ৌরক্লবনি। মরম অদুনা ফজবদা মীয়াম্না শীংথারীবী খুঙ্গংদুগী লৈশাবী থবাবু মমৌ ওইগে খন্দুনা মমা- মপাগা পাউ চৎনবা হৌরম্মী। তাঙবনা শোয়দনা থবাবু পাম্ফম থোকই হায়বসি মপাগী থাজবনি। তশেংবমকসু থবাগী মমিং পনবদা তাঙবদু খোইজংদবা তৌরমদে, য়ানীংবা উৎলম্মী।

নোংমা তাঙবা যূমগী ষন খরা চীংয়া- তময়াদা শেল্লুবদগী নুমিদাংৱাইরম কারকপদা মশাদু ইহৈ হৈনিংদনা উরম্মী। মহকচাং পূম্বা শাগৎপগা লোয়ননা মমীৎ- মনা ইচোই চোইরম্মী। মফম খণ্ডদনা মায়কৈ অমদা য়েংলগা চেন্নীংবগুম মহাক ফুক ফুক হৌগৎলকখি। ৱা- লান ঙাঙনীংদবগুম মীনা হংবদা খুল্লমদে। মতৌ অসি উরগা মমাদু য়াম্না মীপাইরম্মী।

## কঞ্জাউ মাইবা

"অদুদি করি মরমগীনো?" কঞ্জাউ ঙক্লা হংলম্মী।

"তপথৌ ইতাও, ঐ মরমদু হায়গে।" লাইনা মখা তারকখি, "নহান নুংথিল ঐগী তালোইনা পাৎসিগী নোংপোক থংবা মতোন্দা থরো থম্বাল মরক্তা ঙানু থঙ্গোংশিংগা হরাওনা শান্নরিঙৈদা পাৎয়া চীংখোঙদা ষন শেন্দুনা লৈবা নচা তাঙবনা উরুবা জাৎনি। খোংনাং মরুম অমদগী মা লোন্না য়েংখিবা জাৎনি। ঐগী তালোইগী শুমহৎনিঙাই ওইরবা শকফম অমদি শাথেক্তা মথোৎ কারক্লিবা নচা অপাম- নুংশিগা লোযননা মীৎয়েং কারল চনখি। মদু ঐগী তালোইনা খঙখ্রে। নমু তাইবং নুপাগী পুক্নীং লাকশিনবা ঙমদবা অপাম নুংশিনা মৈহৌরকপদু উবদা লাইরেম্বী শাউখি, তুকচ্চখি। খুদক্তা নচানা ফল্লিবা মফমদা লাইরেম্বী চেনখত্তুনা মথক্তা কাল্লগা চৎখ্রে। নচা নুপা মতম চুপ্পগী ওইনা নুংশি লাইমন্না নাবা তারবনি। মহাক মীকুপ কাংদনা ঐগী তালোইগী মশক মওং নীংশিংদুনা লৈরগনি।"

"ইতাও, অচিকপদা মনীং তম্না শান্নরিবী লাইরেম্বী মাবু তাইবং নুপা কনানা কল্লক- মিহৌবা পোক্লোইদগে? ইচানা তাইবং লোনচৎ থুগাইখিবা নত্তেনা।"

"মাগী মিতাবগী চাং হেনমনখ্রে। মদুগী শাহুম অমা ঐগী তালোইনা ফংখি, মদু লাইশিংগী লোনচৎতা ঙাকপীফম থোক্ত্রে। মরম অদুনা নচা তাঙবা চৈরাক ফংবা তাখি।"

"ও! মী, লাই অনীমক্কী তৌহৈবা- তৌহৈদবা লোনচৎপু মপূং ফানা খঙজদ্রিবা ইচানি। অমুক্তদি কুবীনবা ইতাওনা হায়নবীয়ু।"

"য়াররোই ইতাও, হৌখ্রবদি হৌখ্রে। ঙরাং নুমিদাং চুপ্পা ঐনা ঐগী তালোইদা থেমখি। হৌজিক নঙগী নচাগী অনাবসি কোক্লবা উপায় অমদি লাইরেম্বীনা তাক্লকই। মসি অমরোমদা য়েংলবদি ঐখোয়না নঙগী নতেং নীবনি।"

"করিনো ইতাও, ব্রাফমদু খন্নসি। ইচাবু ফহনবীগনি হায়রবদি ঐ থব্রায় ফাওবা থাদোকপা ঙমগনি।"

"মফম অসিদগী নোংপোক পাংনা চীংলোন কয়া লান্দুনা য়াম্না থাপ্পা চৎলগা মু কৌবা তুরেলনা চেনবা, চীংনা কোয়শিনবা লমদম অমা লৈবনি। মফম অদুদা ঐখোয় চহী চা কয়া পাল্লম্মী। ঐগী তালোইনা য়াম্না পামজবা মফমনি। ঐখোয় অনী মতম খরগী মমাঙদা মফম অদুদা চৎলুই। অব্রাবনি, ঐখোয়না শান্নফম পাৎকুল্লবা অচৌবা তু-খোং অমা হৌজিক্তি শীংমুৎ শীংনাং অমদি তৌনা ফুনখিদুনা তুরেলগী ঈচেলগা শম্নবা ঙল্লমদ্রে। শক্তম অদু উবদা ঐগী তালোই য়াম্না নুংঙাইখিদে, মপি শিল্পুখি। তাইবং মীওইবা কনানসু অচৌবা খোং অদু মতম অমদা অরুবা লাইজনা থনবা, থরো- থম্বালশিংনা লৈতেংলম্বনি হায়বসি খঙবীররোই। লাইরেম্বীনা মদুবু ফজনা শেংদোক্তুনা হান্নগী পান্দমগুম ফজরবা পাৎ- অনুব্রা অমা ওইহন্নীংঙি। নঙনা মফম অদুদা চৎলগা নথৌনা- নরৌশিং শিজিন্নদুনা খোং অদু

## কঞ্জাউ মাইবা

ফজনা শেংদোকপা ঙম্লবদি লাইরেম্বী হায়নিঙাই লৈতনা হরাওগনি। মদুগী মনা ওইনা নঙগী নচাগী অনাবা ফহনগনি হায়রি।"

"মস্তিক্লবা অদুমক লাইরেম্বীগী অপাম্বা ওইরবদি ঐ ফিগাউ শানা লৌজরে। মায় লৈদুনা চেঞ্জরোই, ইতাওনসু থৌজান পীবীয়ু।"

"নঙগী থৌনা ঐ খঙঙি। থবক অসি শিন্নবদা মতিক চাবা নুপানি। মায় পাক্লা হল্লকউ।"

ঈরুম নিংথৌনা কঞ্জাউ মাইববু ঈমায় ফাওবা থিন্দোরক্লে।

কঞ্জাউ ব্রাখল পোৎলূম অমা পুদুনা ময়ূমদা হল্লক্লম্মী। মহাক মতম খরা লংফৈদা লৈরুবা তারে হায়না ইমুংগী মী পূম্নমক্তা খঙহনখি। মদুগী মরমদি কনাদসু তাক্লমদে। মচা তাঙববু চেকশিন্না শেন্নরম্লবা মহাক্কী নুপীদা পাউমেল্লম্মী। মহাক থবাগী মমা- মপাগসু উনখি। মচা তাঙবা কন্না লায়েংলি, শোয়দনা ফরক্কনি, মতম খরদি মচা নিঙোনবু অতোপ্পা নুপাদা থাজবা তৌদনা ঙাইবীখো হায়জখ্রে। মদুদা থাবাগী মমা- মপানসু য়ারম্মী।

কঞ্জাউ মরূপ অহুমগা লংফৈ চৎনবা শেম শারে। মখোয় চেঙ মেরুক মঙা- মঙাগা, ঙা- থুম খর- খরগা চেঙজেন ওইদুনা নোংপোক মায়কৈ পাংলম্মী। নুমিৎ হুম্লিগী তুংদা মৈত্রবাক্কী চীংলোন কয়া লাম্হোক্লুনা মখোয় অহুম কবোশিংগী লমদা চৎলম্মী। অঙ্গো চীং অমদি নিংথি তুরেল লাল্লবা তুংদা তরেৎনি শুবা নুমিৎতা মু তুরেল য়ৌরে। মখোয়না থুংলুবা খুল অদু অব্রা নিংথৌ অমগী মখাদা লৈরম্মী। কঞ্জাউনা মু তুরেলগী ঈচেল হঙ্গৎনা, হস্থনা হিদিঙ্গা লল্লোনবশিংগা চৎমিন্নখি, মদুগী মরমদি ঈরুম নিংথৌনা তাক্লকপা অমনবা পাৎ নত্রগা খোং অদু থিখিবনি। থাখাই অমগী তুংদা কঞ্জাউনা খোং অমনবা থেংনরে।

কঞ্জাউখোয় খোংমনগা নক্লবা অচৌবা খুল অমদা লাক্লে। মখোয়বু লমদমদুগী মীশিংনা কতে হায়না কৌনরম্মী। মরূপ অহুম্না লৌ- ইংখেলগী থবক্তা শীল্লংদুনা শেল তানখি। অদুবু কঞ্জাউদি মহাক্কী মাইবা ওইবগী মহৈ লেম্না মাঙহনখিদে। অনাবা কয়াবু ফহন্দুনা অব্রাবা কোকপীখিবগী মমল নাইদ্রবা থবক অদুবু শীংথানরকপগী ব্রারী অব্রা নিংথৌগী নাকোং য়ৌখ্রে। মতম অদু নিংথৌগী মচা ইবুংঙো অমা য়াম্না কন্না নারগা লৈবা তাঞ্জামক্লি। মরম অদুনা কতে কঞ্জাউ মাইববু নিংথৌনা কোনুংদা কৌখৎখ্রে। নিংথৌনা কঞ্জাউদা মচাবু লায়েংবীনবা হায়জরম্মী।

কঞ্জাউ লায়েংবা হৌখ্রে। নোংমা নোংমা অসুম খরা- খরা ফগৎলক্লুনা মচা ইবুংঙোনা চৎপা ঙম্লকপদা নিংথৌ হবাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। মচানা মরূপশিংগা শান্নরকপা উবদা নিংথৌনা কঞ্জাউবু লাইমক্লি খল্লম্মী। সনা- লূপা অমদি মমল য়াম্বা পোৎলম কয়া কঞ্জাউদা খুদোল তমখ্রে। মদু উবদা কোনুংগী অব্রা মাইবশিং কল্লকপনা

## কঞ্জাউ মাইবা

লৈফম খঙলমদে। মখোয়না কঞ্জাউবু ইকাইবা পীবতা নত্তনা হাত্তোকপা পাল্লম্মী। ফোংনা খূৎ থাবা য়াদবনা মখোয়না কঞ্জাউদা লাইৱা তিনৱা অমদি মন্ত্র যন্ত্রগী মহৈদা চাংযেংনসি হায়না শীংনরম্মী। নোংমা হকচাং কন্না ঙমদ্রবা ফম্নাইবা অহল অমগী মিহুল যেংনবা নিংথৌনা মাইবা ময়াম কৌখৎলম্মী। অৱা মাইবশিংগী মরক্তা কঞ্জাউসু য়াওবকখি। মীহুল য়েংলগা অনাবা অদু কবি নুমিৎকী করম্বা পূংফম-খেনফমদা শিগনি হায়বদু তাকউ হায়না নিংথৌনা চাংয়েং অমা পাঙথোক্লম্মী। কঞ্জাউনা থাবা মতম চপ চানা অহল অদু নোঙ্গাখ্রে। পেল্লবা নিংথৌনা মদুদসু কতে মাইবা কঞ্জাউবু মীয়াম মাঙদা থাগৎখ্রে। হৌজিক্তি অৱা মাইবা পূম্নমক শাউবগী পন্দোন লোমখ্রে। কঞ্জাউবু শীংনবসি হিবম কয়াদা চাউথোরকখি।

কঞ্জাউ মচানা লৈহৌরিবা ফিভম মীকুপ অমা কাউবা লৈতে। মতাও ঈরুম নিংথৌগী থৌদা তত্তনা নীংশিংলম্মী। মহাক তাঞ্জা য়েংদুনা লৈরিবনি। মাইবশিংনা শীন্দুনা লমজেল তান্নবগী থবক অমা পাঙথোক্লম্মী। মদুদা কঞ্জাউনা মহাক্তা লোয়নবকপা নুপা অহুমদু পুথোকখি। কঞ্জাউগী কাঙলূপ কত্তেনা থোইবদা অৱাশিংগী নাপল তেক্লে। মুক্তা তকখৎনসি হায়না শীংনরকপদসু কতে কঞ্জাউবু থাবা ঙম্না অৱা অমত্তসু লৈখিদ্রে। মসিগী তুংদা অৱাশিংনা হিয়াং থানসি অমুক হায়রক্লে। কঞ্জাউ মমায় লৈদুনা চেনখিদে, হন্দক্তি পোম্বা চাউনা থানসি হায়খি। হিয়াং থানবগী মওং অমদি পোম্বা লেপ্পবদা নিংথৌনা সাক্ষী ওইহনসি হায়বসু য়ানরে। কোনুংদা মীয়াম তিল্লম্মী। লেপ্পখিবা রারোল নিংথৌনা লৈবাক মাঙদা অমুক হন্না লাউথোকখ্রে। মরোলদি— অহানবদা, অৱা মাইবশিং অমদি কঞ্জাউগী কাঙলূপ অনীমক্তা অপাম্বা উ খন্নদুনা হি অমমম থা তরুক্কী মনুংদা শাবা লোইনগদবনি। য়ামদ্রবদা হিরোয় কুন্দগী তাদনা তোংবা য়াবা পাকপা শাংবা মান্নবা হি ওইগদবনি। অনীশুবদা, কঞ্জাউনা মায়থীরবদি মহাকপু খুদক্তা অঙাং ওলহনগদবনি হায়বদি হাৎকদবনি। অৱা মাইবশিংনা মাইথীরগনা মু তুবেলগা তাইনবা, লম চানিপাল্লোম শাংবা খোংমন অদু হি হোনবা য়ানা, য়াম্না নান্না শেংদোক্কদবনি। য়ানরবা ৱাফমসি ঙাক্না চৎনগনি হায়না নিংথৌগী মাঙদা কাঙলূপ অনীমক্তা ৱাশক্লখ্রে।

অৱা মাইবশিং হি শানবা উ থিবা হৌখ্রে। কঞ্জাউসু মহাক্কী মরূপশিংগা লোয়ননা অচৌবা উমংদা উ থিবা থোরকখি। হুন্নিশুবা নুমিৎতা কঞ্জাউনা মউ- মতা ফবা অচৌবা তল পাম্বী অমা থেংনরম্মী। নুমিৎতু ইরাই ওইরম্মী। মহাক উ অদুগী মওং য়েংলগা মখোয়গী লৈফমদা হল্লকখি। মথং নুমিৎ থাংজগী অয়ুক্তা কঞ্জাউ মরূপশিংগা লোয়ননা তল হৌফম য়ৌবকখি। মখূৎ য়েৎনা উদা শোক্লগা লাইৱা মন্ত্র কয়া শোল্লবা তুংদা কঞ্জাউ থাঙ থাঙ্গৎতুনা লাউরকখি, "হে লাইওইরবা উ, নঙনা ঐগী হি ওইবীনবা পাউজেল পীরবনি।"

ৱাহৈশিং অসিগা লোযননা কঞ্জাউ মাইবনা লৈবাক্তগী কাপ অনী হাইগৎলগা

থাঙফম অমা য়ানখি। অঙকপনি! থাঙফমদগী অঙাংবা ঈ ব্রি ব্রি কামথোরকপা উবদা মরূপশিংদু তুজুংলম্মী। কঞ্জাউ মখা তানা উদু য়াম্দনা হল্লকখি। থাংজা তরেৎতা খরা- খরা য়াম্দুনা উদু তুহল্লবা তুংদা মখোয় নুপা মরিনা মথং থাংজ তরেৎকী মতম চঙনা হি শাবা লোইশিল্লে। থা অহুল্লোম উমংদা কংহুন্দুনা থল্লবা তুংদা কোনুংগী নুপা য়াঙ্খ্রেগী মতেং লৌদুনা হি চিংদুনা পুরক্লে।



*অঙকপনি! থাঙফমদগী অঙাংবা ঈ ব্রি ব্রি কামথোরকপা উবদা মরূপশিংদু তুজুংলম্মী।*

হিয়াং থানবা নুমিৎতু লাংবন থাগী থানিল নুমিৎ ওইরম্মী। মু তুরেল লূরবা ঈশিংনা মপুক থল্লা চেল্লম্মী। অচৌবা অনুৱা অমগী মপান অকোয়বদু মীনা ফিঙৌ ফৌখ্রে। মফম অদুদনি লেপ্লখিবা হিয়াং থানফমসি। অনুৱাগী ঈশিংগা তুরেলগী ঈশিংগা শম্নরম্মী। কোনুং মাইবশিংগা কঞ্জাউ কৌবা কতে মাইবা অমগা পুক্সিনা পোম্থা ওইরগা হিয়াং থানবগী পাউ খুঙ্গং কয়া লাল্লা শন্দোকখি। অকনবা হিরোইশিং থল্লখ্রে— মাইবশিংগীনা অৱা, কঞ্জাউগীনা কতে। অৱা লৈবাক্তা লৈবা কতে কয়া - কয়া কঞ্জাউবু পুক্নীং থৌগৎপা লাক্লরম্মী। অনুৱাগী ঈশিংগা তুরেলগী ঈশিংগা তাইনবা মফমদা হি অনী খৱাং মচীন চপ মান্ননা থমখ্রে। হিরোয় কুন- কুন মাগী মাগী হিদা কাখৎনখ্রে। কঞ্জাউ মৈতৈ কোকয়েৎ লৈতেংদুনা হিরুবাক্তা মখোঙ ওয় থল্লগা মরূপ হিরোইশিংবু থৌরাংদা লৈনবা হায়রকখি। অৱা

## কঞ্জাউ মাইবা

কোকয়েৎ য়েৎপা কোনুংগী মাইবরেন মখোঙ য়েৎনা হিরুবাক্তা নেৎলগা মায়থোং মকা লাম্না লেপ্লম্মী। হি অনী লম চহুমলোম পাকপা, মরক মরক্তা চরাং অমদি কঙনা ঈমায় কুপশ্রবা, হিরম লৈতবা অনুবা অমা তুবৎ লাম্থোক্কুনা মখা থংবা তোর্বানগী লমথুংফম য়ৌবা হানবা তান্নগদৌরিবনি। লৈবাক মন্ত্রীনা লমথাখিবগা নিংথৌ লমথুংফমদা ফম্নগা কনানা মায় পাক্কদৌরি হায়বা চেকশিন্না য়েংলম্মী। কতে অমসুং অব্বা হিরোয়শিং মতীং ফুদোক্লখি। অমনা হেনগৎত্তে, অমনা শোৎথদে। মাগী মাগী হিরম চুম্মা হোন্নখি। অদুবু অব্বাবনি! কঞ্জাউ মাইবগী হি লম য়াঙ্খেরোম চৎলবা তুংদা চপ লেপখি, ইরেঙ লেঙখিদ্রে। লম কুনগী চাং অব্বাশিংনা হেনগৎখিরম্মী। তোর্বান্দা কুম্মে য়েংলিবা মীয়াম লাউনরক্লে— 'কতে মাইবা হুন্দক্তি মায়থীরগনি, শিবা তারবনি।' কতে হিরোয়শিং নোংশাগী খোল্লাউ লাউনরকপগা লোয়ননা লৈজবী পাঙ্গল ফুদোক্তুনা হি লেঙহন্নবা হোৎনরম্মী। হি লেঙখিদ্রে। কঞ্জাউ খরা ঙক্লবসু মীপাইবদি ওইরমদে। মহাক মঙক চেপথরগা হিগী মখা ঈরোলনুংদা য়েংলম্মী। মহাক্কী হি অশাংবা মরৈ তিংথোক্তুনা চরাং চাথোকপা হোৎনরি। মদু উবদা কঞ্জাউনা মহাক্কী হিরোয়শিংদা হায়রম্মী, "ঙাইহাক পোৎথাবীখো, নীংহন্নবীগনু।"

হৌজিক কঞ্জাউনা উরে, হিগী অশাংবা মরৈনা লমথুংফম নক্লা চরাং ফোয়দৎতুনা মখাদা ইনশিন ইনশিন্দুনা চাথোকপা লোইখ্রে। মতম অসিদা অব্বাশিংগী হি লমথুং য়ৌগদবা লম য়াঙ্খেরোমতমক ঙাইখ্রবনি। হিরোয় পূম্নমক ইকাইবগা অব্বাবগা পূনখিদুনা ফুম্বংনরম্মী। অদুবু কঞ্জাউদি মোমোন নোক্লম্মী। মখোয়গী হিনা লম্বী ফাৎপা লোইখ্রে হায়বা খঙলিবসি মথন্তনি। য়েংঙু, কতেশিংগী হি পাইগুম চেনখৎলক্লে। অব্বা মাইবরেনগী হিদগী লম তরারোম মাঙ থাগৎলগা কঞ্জাউ মাইবগী হিনা পম্বুংফম য়ৌখি। কুম্মে য়েংলিবা অহল- লমন, নুপী- অঙাং পূম্নমক ঙকমনবদগী ব্রা মচেৎ অমত্তসু ঙাঙনরমদে খুবী চিক্তুনা য়েংনখি। কঞ্জাউগী হিরোয় পূম্নমক তোর্বান্দা কাখৎনবা লোইরবা মতম ফাওবদা অব্বাশিংগী হি পম্বুংফম য়ৌরকপা ঙমদনা লৈখি। অঙকপগী মথক্তা অঙকপা অমুকসু হাপখ্রে। য়েংঙু! কঞ্জাউ মাইবগী হি মমায় হুৎ লৈরগা লমথারকফম তম্না কনাগুম্বনা চিংদুনা পুখিবগুম চেনখিরম্মী। য়াম্না থুনা মু তুরেলগী ঈচেল য়ৌখিবগা হিদু উরু উরু লৈরম্নগা, য়াম্না হৌবা খোঞ্জেল অমগা লোয়ননা ঈরোলনুংদা লুপখিরম্মী। নুমিৎ অদুদগী হৌনা অব্বাশিংনা কঞ্জাউ মাইববু লাইনি হায়নরম্মী। নিংথৌনসু মহাক্কী ব্রা লূম্না লৌখ্রে। ব্রাশক্লখিবগী মতুং ইন্না কোনুং মাইবশিংদা খোংমন শেংদোক্লবা য়াথং পীরম্মী। থবক অদুদা নিংথৌনা মতেং পাংগনি হায়সনু লাউথোক্লম্মী।

খুঙ্গং কুনগী মীয়াম হুপ্লা খোংমন শেংদোকপা হৌখ্রে। কঞ্জাউ মাইবা মহাক্কী থৌরাং মপূং ফাহনবীয়ু হায়না মপু ইবুংঙোদা তত্তনা থৌনিজরম্মী। থা অমগী মনুংদা খোংমনগী

## কঞ্জাউ মাইবা

ঈশিংগা মু তুরেলগী লূরবা ঈচেলগা শম্নগ্রে।

মায় পাক্লবা কঞ্জাউনা অৱা কোনুং থাদোক্তুনা ময়ূমদা হনবগী নিংথৌ য়াথং ফংলে। নিংথৌ অমদি ফম্নাইবশিংনা মঙোন্দা খুদোলপোৎ য়াম্না পীরম্মী। মদু কঞ্জাউনা মহাক্কী খোঙলোয় অহুমগা চপ- চপ মান্ননা য়েন্নখি।

কঞ্জাউ ময়ূম য়ৌরকপা মতমদা হায়ফম খঙদনা হৱাওজখি, মরমদি মচা তাঙবা নাবা ফরম্লে।

***

অথৌবশিংনা পামজবদি
শিব- চঙবগী লানফম্নি,
মদুদা মায় পাক্লবদি
মহৈদু অমৃতগুম থুম্বনি।

## নিঙোল মৱা অপঙবা

অদুগুম্বা কুইরবগী মতম অমদা অপিকপা খুঙ্গং অমদা শূবা- নোম্বা য়াম্না কনবা ইমুং অমা লৈরম্মী। ইমুংদু মীশীং য়াম্লমদে। মমা- মপা অমসুং পাখং ফাববা মচা অনীগা মখোয় মবিখক্তনি। মখোয়গী মপাঙ্গলনা নীলজবা লৌ- ইংখোলদা থাবা ফৌ অমসুং মহৈ- মবোংনা হিংনবা হোৎনজবা ইমুং ওইরম্মী। পাখং অনীদুগী মনুংদা ময়াম্বদুনা অদুক য়াম্না পঙবগী মতিক মনাওনা হৈ- শিংলম্মী। য়াম্না ৱানা ইমুং অদু শেমগৎনবা হোৎনজরম্বা মপানা লৈখিদ্রবা তুংদা মমাসু তত্তনা নাবদগী পাঙ্গল য়াম্না শোনখ্রে। মরম অদুনা হৌজিক্তি লৌশীল- লৌরাংগী থবকসি মনাওনা তৌরম্মী।

নোংমা মেরাগী থায়ায়দা মনাওনা ময়াম্ববু মখোয়গী চাকহাউ ফৌ মপাল শাৎলব্রা হায়বদু য়েংলুনবা লৌবুক্তা থারম্মী, মশাদি কন্না হকচাং ঙমদ্রবা মমাবু শেন্নবদগী চৎথোকপা য়াখিদ্রে। অপঙবা ময়াম্বা লৌবুক য়ৌরকপা মতমদা থম্মোয় কায়খ্রে, শাওনীংবনা স্বর ফি- ফি হোল্লম্মী। মরমদি চাকহাউগী অমুবা মপালশিংদু হয়িংথীনি হায়না মহাক্লা লৌখ্রে। মমাঙদা অপঙবদু অদুগুম্বা ফৌ মখল অমুক্তসু উখিদ্রিবনি। মহাক অশাউবগা লোয়ননা অশাংবা ৱাচেৎ অমা পায়দুনা ফৌশিংদু তুম্না হাইদৎলম্মী।

অপঙবা ময়ূমদা হল্লক্লে। লৌবুক্কী ফৌনা ওইরল্লিবা ফিভম অমদি মানা তৌরম্বা থবক পূম্নমক মনাওদা তল্লম্মী। চহী চুপ্পা শূজখিবা থবক্কী মহৈ অরেম্বা তারে খল্লুবদা মনাওদু কপখি।

চহীদু মচিন- মনাওগী ফৌ ইরোক লোকখিদ্রে। মথং চহীদদি মখোয় মীঙোল্দগী পূ- লঙদুনা চানবা হোৎনবদা য়াম্না ৱারম্মী। অদুগী মথক্তা অশোনবী মমা শেন্নদবসু য়াদ্রিবনি। মনাও নুপা যূমদগী খোঙকাপ খূবৈ অমা চৎথোকপা ঙল্লমদে। ময়াম্ববু শীং চনবা অমদি লৌবুক্কী থবক তৌনবা থাবা তাবম্মী। মমানা হকচাং খজিক্তং নুংঙাইনা উবা নুমিৎ

## নিঙোল মৱা অপঙবা

অমদা মনাও নুপা ময়াম্বনা তৌরিবা লৌবুক্কী থবকশিংদু য়েংনীংবদগী চৎনবা থৌরাং তৌখি। মহাক্না ময়াম্বদা শিন্নরম্মী, "তাদ, হোরেন নুমিৎনা ৱাতোন লোমলকপা মতম্দা ইমাবু শুমাঙ নুংশাদা পুথোক্কুনা খুদেংদা ফমহল্লগা ঈশিং অশাবনা ঈরুজবীয়ু। অকংবা ফি হোংদোকহল্লগা ইমুংদা অমুক পুশিন্দুনা নুঙাইনা পোৎথাহল্লু। ইমানা চানীংবা য়েঙ্খ্রাং হংলগা থোংঙু। ঐসু ঙন্তা কারক্কে।"



জি- জি শৌবগী মখোল থোক্লিবা চফুগী ঈশিংদু অপঙবনা মমাগী মথক্তা হৈথখ্রে।

মনাও নুপা চৎখ্রে। ইকুই কুইদনা ময়াম্বা লৈরঙদা চফু থাঙ্গৎতুনা ঈশিং শৌহনবা হৌখি। নুমিৎনা ৱাতোন লোম্লকপগা নুংশাসু য়াকখৎলক্লে। অপঙবা মপান্দা মমাবু পুথোক্কুনা শুমাঙদা থম্বা খুদেংদা ফমহল্লম্মী। জি- জি শৌবগী মখোল থোক্লিবা চফুগী ঈশিংদু অপঙবনা মমাগী মথক্তা হৈথখ্রে। মমাদু লাউবা ঙমদনা মখোঙ ফ্রিং - ফ্রিং কাওরম্লগা শৎ তিংথোকপ্রে। ময়াসু লাওনা কাথোরকখি। অহানবদা অপঙবনা মমাদু ঈরুজবদা নুংঙাইবদগী নোক্লিবনি খল্লম্মী, অদুবু ইরেঙ লেঙখিদবা মতৌদু উরগা শিরে হায়বা খঙলকখি। মনাওনা শোয়দনা চৈররগনি খনবদা মা মথ্বায় য়াম্না ৱারম্মী। মমাবু অকংবা ফি অমা খুদক্তা হোংদোকপীরগা মশমসু ফজনা হাৎতোকপীখি। অদুগী তুংদা ইংখোল চুরক্তা পুশিন্দুনা

চুদা ঙারগা ফমহল্লম্মী। মান্না চুপশ্লবা চুপ্তম মপৈ অমা মমাগী মাঙদা থম্লে।

মনাও লৌবুক্তগী কারক্লে। য়ৌরকপগা ময়াম্বদা মমাগী ফিভম হংলম্মী। মমা ঈরু মায়থজবা লোইরগা চুরক্তা ফমদুনা চু চুপ্লি হায়না ময়াম্বনা খুমখি। মযাম্বগী ব্রা তাবদা মনাও কপখ্রে, মমা শোয়দনা শিরম্লগনি হায়বা খঙখ্রবনি। মহাক্না চুবক্তা চঙদুনা য়েংলুবদা, ওঙ্খোকপা মতৌ ওইরম্লে, মমাগী হকচাংগী মফম পুম্নমক ঈশিং অশাবনা পোকপগী খুদম লৈরে। ময়াম্বনা শৌরিবা ঈশিং হৈথরগা মমাবু হাৎলবনি হায়বা খঙলবসু করি তৌরগনি, খরা চৈবা নত্তনা। মচিন- মনাওদু খুলগী অহলশিং তাক্তুনা হৌনবী পাঙখোক্লবা কোইচেন চেল্লম্মী।

ময়াম্বা অপঙববু মনাওনা কুপ্পা শেন্নরম্মী। নোংমদি মনাওনা চাক থোংলম্মী। থুম্ফুদা য়েংলুবদা থুম মরূ অমা ফাওবা য়াওরমদ্রে। ময়াম্বদা পাই অমা পীরগা থুমশুংবদগী থুম লৈরুনবা থাখি। অপঙবদু থুম হায়বা ব্রাহৈগী খোঙ্খোক চুম্না হায়বা হৈরমদে, থুন হায়। মনাওনা হঞ্জিন- হঞ্জিন তাক্লবা তুংদা মচীন্দা থুম- থুম- থুম হায়রগা চৎখ্রে। ওঙ্খোকপনি, লম্বীদা খুদি থীবদগী অপঙবা উপ্রাক্রা তুরম্মী। হৌগৎলকপদা লৈরুগদবা পোংকী মমিং কাউখ্রে। মুন্না নীংশিংলবা তুংদা থুন- থুন- থুন হায়রগা চৎখিরম্মী। থুমশুংবগী ময়ূম য়ৌরবদা পাই অমা পীদুনা থুন খরা পীয়ু হায়রুরে। অহলদুনা নীংজোন্দা পোক- পোপ ফুদুনা ফাগি তৌরগা থুম ময়োম অমা পীরক্লে। অপঙবা থুম পুদুনা ময়ূমদা লাক্লম্মী। লম্বীদা শজিক চারম্বা শগোল অমনা মঙোন্দা য়েংলগা মিং ... হে ..., মিং ... হে ... হাযনা কন্না খোংলম্মী। শগোলনা থুম চাগে হায়রে, শোয়দনা মুনখিবা তারে খন্দুনা অপঙবা থুম ময়োমদু পুষ্ত্রী থোঙ্গ্রা মখাগী ঈশিং মনুংদা লোৎলম্মী। ঙাইহাক লৈরগা শগোল চৎখ্রে। অপঙবনা থুম লৌখৎলগে হায়দুনা মখূৎনা ঈশিং মনুংদা হুম্লবদা ঙাশেপ অমা ফারে। থুমদি ফংখিদ্রে। থুম চাবদা মপুক পিক থল্লবা ঙাশেপ গো- গো খোংলম্মী। অপঙবদু ঙাশেপ পুরগা লাক্লে। মনাওনা থুম লৈরক্তবদি কৈদৌরে হংলুবদা ঙাশেপ অমা উৎলকখি। মদু থুম্না ওনবনি হায়রম্মী। শাউনীংমনবদগী মনাওদু নোকথোকখ্রে। নুমিৎতু মচিন মনাও চম্ফুৎ চাদুনা লেল্লম্মী।

অপঙবা ময়াম্ববু মনাওনা য়াম্না নুংশিরম্মী। অয়ুক অমা লৌবুক্তা চৎলমদাইদা মনাওনা হায়খি, "তাদ, নঙ চাক থোংলম্মু। য়েঙ্খাংদি পাঙখোক ইরোল্লু।

অপঙবনা হাওগদবা মানবা পাঙখোক থিবদা ইংখোলগীদি ফজদে হায়দুনা খোংবান্দা হৌবা লম্বান লেপ থূম্বা অপাকপা মকা অনী হেক্লুরগা ইরোল্লম্মী। মনাওনা কারকপা মতমদা চাকথোংবা লোইরম্লে। মচিন- মনাও নে তানা ফমদুনা চাবা হৌরম্মী। আস! লোইবে! লোইরে! য়েঙ্খাংদু লেঙবনা মখোয় অনীমক ব্রা ঙাঙথোকপা ঙল্লমদে,

মচীন্দগী তিন অর অর তারগা খাঙলম্মী।

মনাওনা লাউরকখি, "শিবা তারে! তাদ, নঙ চেল্লু। মাম পুংয়বখোয়দা হৈনৌজোম হৌরিবনি। অমা হেক্ক। মদু চারবদি লেঙবসি ফগনি।"

অপঙবা চেনখ্রে। মাঙ্গোন্দা পূং শেন্নব্বা মামদা হায়রুই, "চোলোম! চোলোম! চোলোম!"

"ও- ও, নঙ চোলোম য়েংনীংঙি হায়বকো? য়েংঙু, য়েংঙু, ঐ চোলোম তৌগেসে।" অসি হায়দুনা অহল পূং থীনগৎলক্লে, হুমাং তানা চোলোম তৌরম্মী। অপঙবদু মামনা চোং- ফনবা য়েংলিঙৈদা লেঙবা ফখ্রে।

মনাওনা হল্লক্লবা ময়াম্ববু থিবা লাক্লম্মী। ময়াম্বদু নিংঙাইদনা পূং চোলোম য়েংদুনা লৈরম্লে। হন্দকসু মহাক নোক্লম্মী।

মচীন মনাও অন্নাবা কয়া খাঙদুনা চহী কয়া হিংলক্লে। হৌজিক্তি মখোয় ময়ূম- মকৈ পানবগী মতম য়ৌরকপ্রবনি। মতাং অসিদা মনাওনা ময়াম্বগীদমক ব্রাজরম্মী, অপঙবা নুপাবু করম্বা নুপীনা বর ওইহন্নীংগদগে। অদুবু, হায়নবা চুম্মী, মরিংনা শাবা শংবাই নাম্মা হাংবা হৌনদে। অপঙববু লৈশাবী অমনা ঙাইরম্বগুম থোকখ্রে। লাইবক চাউবীদু ময়ামদগী লৌশিং- লৌমান, লোনচৎ- শাজৎ হন্থবা নত্তে। মশাই কোনখৎলবা মতম ফাওবদা মমা- মপানা মচাবু থাজনবা নুপা ফংখিদবগী মরমদি মকোক তাঙবদগীনি। মদু মানা অঙাং ওইরিঙৈদা শবিরাই মঙা থুংখিবদগীনি হায়বা ময়াম্না খঙবীখিদে। চুক শারবী নিঙোলনি হায়নবগী ইকাইবা ঙাকথোক্লবা মমা- মপানা মচা নুপীদুবু অপঙবদা থাজরে। অপঙবনা নুপী ময়ূমদা য়াওং ইন্দুনা লৈখ্রবা তুংদা মনাও নুপাসু নুপী অমগা লুহোংদুনা য়ূম্বানবা ঙম্লবা হোৎনরম্মী। অপঙবগী নুপীদু মপুরোইবা নীংবীনি, মীরক তিনবা মতমদা মপুরোইবগী অপঙবা মতৌ মীনা খঙখিদনবা য়াম্না চেকশিঞ্জরম্মী।

নিঙোল মব্রা অপঙবদু তরু তনান লৈবা হৈরমদে। মখোঙ মখূৎ নুড়া থাংঙি, মকোক্কী মশম কবোকং মরাগা খেন্নদে। মতম কুইনা শেংদোক্লবা ময়াদু উবদা মনেম্বোক্লা হায়রম্মী, "অতো, নঙ মঙ্গ্রা চাশিল্লু, নয়াদু খরা ফজনবা।"

অপঙবা নুতিগী মঙ্গ্রা অঙানবা চারম্মী, মনেম্বোক্কী য়াথং ইনবদা। মদুদা মৈ হৌনা শাউখ্রবী অহন্দুনা নোংমসু হায়খি, "অতো, নঙসি চুহিনা ঈরুজরবদি খরা নানগদ্রা খঙদ্রে।"

অপঙবা মনেম্বোক্কী ব্রাদু কাউরমদে। নোংমা য়ূমগী মী পূম্নমক অতোপ্পা খুল অমদা লুহোংবা য়াওবা চৎখিরম্মী। মখোয় নুমিদাংবা ইরমদা হল্লক্কনি, নিংঙোল মব্রাদু চৎথোক্তনা লৈরম্মবা শিন্নরম্মী। য়ূমদুদা লাকঙৈদগী অপঙবনা খ্বাইদগী কিবা মীশকসি মনেম্বোক্লি।

## নিঙোল মৱা অপঙবা

মহাক নুংথিল চুপ্পা য়ুমদগী চৎথোক্লমদে। নুমিদাংৱাইরম য়ৌরকপদা ঈরুজনীংবগী ৱাখল অমা ফাওরক্লে। মহাক মনেম্বোক্লা চুহিনা ঈরুজবগী ৱাফম পনখিবদু নীংশিলক্লে। মহাক শুমাঙদা চুহি পুল অমা থাংদোক্লগা কোরেক্লা কন্দুনা মথক্তা হৈরম্মী। ইমা! ইমা! লোইজরে! মশাপুম্বা নপখিবনা লেঙবা য়াদ্রে। মহাক ইমুংদা চেনশিল্লগা কাংখদা থম্বা হুইত্রিনা ফজনা কাপথোক্লবা লশিং পোন মরক্তা থরো থরো ওল্লম্মী। মকোক- মরু, মমীৎ- মমায়, মশা পূম্বা লশিংনা য়োমখ্রে। মিংশেলদা য়েংবদা তাইবং মী নত্তবা, অঙকপা জীব অমগুম উজরম্মী। মহাক য়াম্না হরাওরম্মী, অদুগা মথন্তা জগোই শারকখি। য়াচংবা মতমদা ইমুংগী মীশিং থোঙাম্দা ৱা ঙাঙনবা তারে। মহাক মনেম্বোক্কী মীচৈ কিমনবদগী খুদক্তা শঙ্গোনগী য়াও মরক্তা চেনশিল্লম্মী। মহাক অঙৌবা য়াও মরক্তা কুল্লম্মী। অপঙবনা য়ুমদা লৈরমদবদা ইমুংগী মীশিংনা কোইথি থিনরক্লে। নুমিদাংগী চাক চানবা মতমদসু হঞ্জিল্লক্রবদা অপঙবা শাউদুনা ময়ুমদা হনখ্রমাল্লে খন্নরম্মী। মহাক্কী নুপী য়াম্না নুংঙাইরমদে।

নোংয়াই মতমদা শঙ্গোন্দা য়াও হূরানবা অমা চঙলক্লম্মী। মানা অচৌবা য়াও খনবদা মখোঙ পায় পায়দুনা য়েংলকখি। মচীন্দসু লোন্না শোল্লম্মী —'খোঙপীক- খোঙজাউ, খোঙপীক - খোঙজাউ।' হূরানবনা অপঙবগী মখোঙ তাপ পায়রকখি, অদুগা লোন্না হায়রম্মী —'লৈরে সিদা! চাউইহে!' হূরানবা অপঙবনা ওনবা য়াওদু লেঙবান্দা থোনগৎতুনা শঙ্গোন্দগী থোরক্লে।

হূরানবা অমম্বা অহীংদা হুমাং তপ তপ তানা য়াও পুরগা নিংশা ফী- ফী হোন্দুনা অসুম লাকখি। য়াম্না থাপ্পা লাক্লবা তুংদা তুরেল অমনা মাঙদা থৎলম্লে। হূরানবগী পুক্রীংগী ৱাখল মপান থোরক্লম্মী, 'ওঙ্খোকপনি, তুরেলসি করম্না লাঙ্খোকসিগে। কদাইৱাইনা খরা থেল্লিবা জাৎনো?'

মফম অদুৱাইদনি অপঙবনা শীং চনবা চৎপদা য়াম্না তোয়না তুরেলদু লাঙ্খোক- লানশিন তৌরিবসি, মহাক কদাইনা থেল্লি, লুরিবনা করম্বা মফম্লো হায়বা মুন্না খঙলম্মী। কিমনবদগী করিমত্তা লেঙদনা লাকখিবা অপঙবা হূরানবগী লেংবান্দগী হায়রকখি, "মপাসিনা খ্বাইদগী থেনবনি।"

"ইস! সিদি তাইবং মীনিনা!" য়াম্না থীনা পাখৎপ্রবা হূরানবনা অপঙবদু ঈশিংদা লংথরম্মী। অদুগা মথ্বায় হিংনবা চেনখ্রে।

অপঙবা ঈরেলদা ঈতীংদুনা মশাদগী লশিং পূম্নমক লৌথোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না নীংথিনা ঈরুজখ্রে। নূড়া ফজনা কোকপ্রবনি। নোংঙাল্লকপা মতমদা মহাক য়ুমদা হল্লক্লম্মী। য়ুমগী মীশিংনা অপঙবদু নোংমা চুপ্পা তুরেলদা ঈরুজরুবনি হায়না লৌনরম্মী।

নোংমা অপঙবগী নুপী পিক্লিবা মচা পোদুনা লৈকাই লান্না ফৌশু লঙবা চৎখি।

## নিঙোল মবা অপঙবা

অয়ুক্কী চাক অপঙবনা থোংবা তারম্মী। মহাক নুপীনা শিন্নরম্বা থবকশিংদু মথং মথং কায়দনা অদুম চংথখি। লৈরঙদগী চাক চক্ফু থাংথরগা মৈতাইদা য়াইবা তাঞ্জামক্তা ফল্লাং ময়া নল্লা উত্তীন অমা চেন্দুনা শান্নরম্মী। কাচিন- কোয়া কোয়চেন চেল্লিবা জীব অদু খ্বায়না করি কৌনৈ হায়বা অপঙবা খঙলমদে। মহাক্তি মদু শামু কৌই হায়না খল্লম্মী। অপঙবনা জীব অদু উবদা নুংশিবা পোক্তে, হাৎনীংখি। শামুবু নাছোকখিদনবা হোৎনরগা খাবৈ-চেগপ্না থাদুনা হাৎপ্রে। অদুগী তুংদা নমথীরবা শামু অদুগী মমৈ পায়দুনা মপান্দা পুথোক্লুনা অপঙবনা লাউরম্মী - 'শামু হাৎলে, ঐনা শামু হাৎলে।"

মতম অদুদা নিংথৌ মনাই অনী মমাঙ লৈরক্তা চৎলম্মী। মখোয় ফজবা শগোল লৈরুনবা নিংথৌনা থারকখিবনি। অপঙবনা লাউরকপা তাবদা মখোয় অনী ঙক্লা য়েংনরম্মী। অমনা হংলকখি, "নুপা, নঙ তশেংনা শামু হাৎপা ঙম্লা?"

অপঙবা নাপনগা লোয়ননা খুল্লম্মী, "শামু হাৎপবু অরুবা থবক্লা, তরাদুম হাৎপীগে।"

করেম্মরে খন্দুনা নিংথৌ মনাইশিংদু চৎপ্রে। অসিগী মতুং, চহী খরা লৈরগা লৈবাক অদুদা অৱাবা থৌদোক অমা থোক্লম্মী। কোনুংগী শামু ঙাওরকপদগী য়ুম-কৈ কয়া থুদেকপ্রে, মী কয়া তমথীনা হাৎপ্রে। য়েংহৈবা জাং নত্তে, মমাঙদা লৈরম্বা মী পুম্নমক মনাতোন্না কোৎলগা মখোঙ খুরুউদা য়ৈখায়রগা খোঙপাক্লা নেৎখাইখিবনি। লৈবাক মীয়াম অহীং তৃম্বা ঙম্মদ্রে, চাফম- থকফম খঙনদ্রে। কৈথেল পুম্নমক খুম্তাক লানশিপ্রে। মায়কৈ খুদিংমক্তা তেংথা- নাওইগী খোঞ্জেলনা নিল্লম্মী। নিংথৌনা থৌনা ফবা লাম্মী কয়া থাদুনা হাৎনবা হোৎনখি, অদুবু অরেম্বা তাপ্রে, মখোয় অমত্তসু হল্লকখিদ্রে। নিংথৌ উপায় মখল- মখল য়েংবদা লাং থাকখি, অতোপ্পা শামু কয়া থাদোকই অদুবু করিসু কান্নখিদ্রে।

নিংথৌনা শাবাউ- লানবাউ চেন্দুনা লাউথোকখি, 'অকন- অথৌ থোরক্লো। অঙাওবা শামু হাৎপা ঙম্বা মীদা ঐগী লৈজরিবা লন- থুম পুম্নমক্কী তঙাই অমা পীজগনি।' কনাসু চোংথোরক্রুবদা নিংথৌ মশামক খুৎলাই পায়দুনা শামু হাৎপা সনা খোঙলেঙবা তারে। মতম অসিদা মনাই নুপা অনীনা নিংথৌদা হঙৎলখি, "ইনিংথৌ, অথাপ্পা খুঙ্গং অমদা ননাই ঐখোয় অনীনা মতম অমদা শামু হাৎপা ঙম্বা নুপা অমা থেংনজরম্মী। মাবু অমুক্তং কোনুংদা কৌখৎলগা শামু হাৎহনবগী ৱাফমসি খন্ননবা তৌবীয়ু।"

মনাই অনীগী ৱা তাবদা নিংথৌনা য়াথং পীরক্লে, "চৎলু, য়াম্না থুনা নুপা অদু পুরকউ।"

নিংথৌগী মনাইশিং অপঙবগী য়ুমদা য়ৌরক্লে। মতম অদুদা মহাক্কী নুপীদি লৈকাইদা শীল্লংবা চৎখি। অপঙববু নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না কোনুংদা পুরক্লম্মী।

## নিঙোল মৱা অপঙবা

নিংথৌনা অপঙবদা হংলম্মী, "নঙ শামু হাৎপা ঙম্মী হায়বদু চুন্রা?"

"হোয়, ইনিংথৌ।" অপঙবনা খুমখি।

"য়াম্না নুংঙাইরে, অথৌবা। নঙনা ঐগী শামু অঙাওববু হাৎপীদুনা লৈবাক্কী অৱাবা কোকহনবীয়ু। ঐনা লাউথোকখিবা মনা ফংবীয়ু।" নিংথৌনা তকশিল্লকখি।

অপঙবা হরাওনা খুন্নম্মী, "ঐ শোয়দনা হাৎচগে। হৌজিক শাদু কদাইদা লৈবগে?"

"মখা থংবা চীংজাউ উমংদা লোৎতুনা লৈরি। মফম অদুদা কৈদৌঙৈ চত্তুনা হাৎলুবা ঙমগনি?"

"হয়েংমক চৎচগনি।"

"করিগুম্বা নঙনা ঐঙোন্দা করেম কথাইনবা ওইরল্লবা নত্রগা শাদু উবদা নহাক্না কিমনবদগী চেল্লক্লবা, নশা অঙাং ওল্লে হায়বা খঙজৌ।"

"নিংথৌ ইবুংঙো ঐনা শামুদু ইরায় লায়না হাৎচগনি।"

অপঙবগী ৱাঙাঙ তারগা মাবু নাপন্না থূমহৎলবা মীশক অমা ওইনা মীয়াম্না লৌনৈ। চিরবা মতমসিদদি ঈরাক্লরবা মীনা অতাউবা ইকা লাল্লকপগুমখ্রে, ওইথোকপা নত্রগা ওইথোক্কবগী ৱা থিদনা নিংথৌনা নুপাদুবু থৌরাং তৌরুনবা ময়ূমদা হলহনখিরম্মী।

অপঙবনা ময়ূম য়ৌরকপদা মহাক্কী নুপী মথ্বায় য়াম্না ৱানা ঙাইবমখি। কোনুংদা ঙাঙনরকপা ৱা পূম্নমক মপুরোইবনা তল্লবদা মহাক হায়নিঙাই লৈতনা ৱারম্মী। অপঙবনা নোংমা কাচিন্দগী চেঙ্থোরকপা শামু অমবু খাবৈ- চেগপ্না থারগা হাৎখিবগী ৱাৰীসু মঙোন্দা লীরক্লে। নুপী অদু মমীৎতগী মপি শীন্থরকখি, পুক্নীংদা শোল্লম্মী, হে অপঙবা! তোল্লিদকো! ইমুংদা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নবা উতীনবু শামুনি হায়না খনখ্রবকো। হৌজিক্কে নিংথৌগী য়াথং হিক্তোকপা য়াবরোই। অপঙবগী নুপীদু ফম্বংননা মহাক্কী নুপাদা য়েংলম্মী।

অহীং চুপ্পা অপঙবগী নুপী ভূমদনা ৱাখল তৌবম্মী। মহাক কপচখি। পঙলবা মপুরোইবনা নুংশিববা মচাবু অমদি মহাক মশাবু হুন্দোক্লম্লগা মথংগী নুমিৎতা তাইবং থাদোকখ্রগদবনি। মানা কবি মরাল লঙজরুদুনা অসিগুম্বা ইকাইনিঙাই ওইববা অৱাবা থৌদাসি পীবীরিবনো হায়না তাইবং মপুদা ৱাকৎতুনা কপচরম্মী। অহীং মমৈ ওইরক্লবদা মঙোন্দা ৱাখল অমা লাক্লে, মহাক মৈ হৌগত্তুনা কবোক পোক্লম্মী। কবোক্তু চুহি তোৎলগা মনুংদা য়াম্না শাথীবা তাইবং মীবু খুদক্তা শিহনবা, অকনবা হূ ফুল্লগা মতূম মঙা শারম্মী। শামুনা মতৎ মতৎ থদংলগা হাৎপদা অৱাবা চৈনা খাঙগদবগী শরুক হূ য়াওরবা কবোক চারগা পঙথদুনা মপুরোইবদু শিজরসনু খন্দুনা মহাক্না থৌরাংদু পায়খৎখিবনি।

নোংঙানবা অয়ুক্তা অপঙবা মপুরোইববু ঙন্তা চাক পীজরগা নুপীনা হায়রম্মী,

"খাউ অসি য়ানশিল্ল। মসিগী মনুংদা ঐনা কবোক মতৃম মঙা হাপ্লিবনি। নঙনা উমংদা হোরেন শামুদু হেক থেংনবগা কবোকসি চাও। পাঙ্গল হাপ্লবনি। শামু থেংনদ্রিবা ফাওবদি খক চাবা য়াদে।"

অপঙবদু নুপীগী ৱা মুন্না তারম্মী। মহাক নাকন্দা খাউ যানশিল্লগা খাবৈ-চেগপ পায়দুনা শামু হাৎপা খোঙশাল্লক্লে।

অপঙবা নিংথৌনা তাকপা উমং তম্না লাকখিরম্মী। উমং য়ৌরকপগা মহাক অশোঙবা নারক শীংলক, লৈমায়দা তারিবা উনাশিং হাইদোক- হাইদোক্লুনা ফত্রবা শামু অদুবু থিরম্মী। লৈমায়গী মখুলশিং অমসুং নুংলক্তসু চেপথ- চেপথা য়েংলম্মী। শামু থিবা ফংলক্রবদা মহাক য়াম্না চোকথবে, উরুমদা ফমদুনা ঙাইহাক পোৎথারম্মী। মতম অদুদা উবক্তগী চাউরবা শামু অমা মনাতোন থাঙ্গত্তুনা মহাকপু উবদা মালেম নিক্লা খোঙদুনা চেনশিল্লক্লম্মী। অপাকপা মনা, অচৌবা ময়া অমদি শাংলবা মনাতোন পানবা চীংমুক চাউরবা শা অদু মহাক মমাঙদা অমুক্তসু উজখিদ্রি। মহাক কিবনা থক থক নিক্লম্মী। লেংবান্দা য়ানবা খাউ, মখুৎনা পাযবিবা খাবৈ-চেগপ লৈমাযদা থাদবল্লগা অপঙবা উ অমদা য়াম্না থুনা কাখৎলম্মী। শামু উখোঙ য়ৌশিল্লক্লে। লৈমায়দা তারিবা খাউদু মনাতোন্না মনম নম্লগা মনুংদগী কবোক মতৃম মঙাদু শামুনা চাথোকখ্রে। অদুগী তুংদা শামুদু অপঙবনা



অপঙবা উ অমদা য়াম্না থুনা কাখৎলম্মী।

## নিঙোল মৰা অপঙবা

কল্লিবা উশাদা মনাতোম্না লাম্নবা হোৎনরল্লগা লৈমায়দা ফৈনা তুখিরম্মী। অচৌবা লৈবুং অমগী মওং মাল্লবা শামুনা ইরেঙ লেঙখিদ্রবদা অপঙবা উথক্তগী কুমথরক্লম্মী। মঙোন্দা থৌনা অমা লাকপদগী অচৌবা নুং অমা থাঙজুনা শামুগী মকোক্তা হুন্না হুন্না শুরম্মী। মদুগী তুংদা মচীন তুম্বা চেগশুনা কন্না থিল্লম্মী। হৌজিক্তি শামুগী মকোক্তগী চেম্ছরকপা ঈনা লৈমায়দু পূমঙাং ঙাংশ্রে। শাদু তশেংনা শিরে হায়বা অপঙবনা খঙবগা লোয়ননা নিংথৌগী শামু অঙাওবা হায়নবদু শোয়দনা মদু ওইরম্বা তারে হায়বসু মহাক্লা লেপ্লম্মী। মহাক লাউবা হৌরক্লে- 'শামু হাৎলে, শামু হাৎলে।'

লাউ- লাউদুনা লাকখিবা অপঙবা কোনুং য়ৌরক্লে। থাজবা ঙমখিদ্রবা নিংথৌনা লাম্মী ময়াম অমা উমংদা থাদুনা য়েংহনখি। শামুনা উখোঙ অমদা, মকোক্তগী ঈনা তুরেল ওইনা চেন্দুনা, শিরগা লৈরম্বা উবদা মখোয় পুম্নমক মঙগুম য়েংনরম্মী। লাম্মীশিং য়াম্না থুনা চেল্লক্তুন শামু শিহৌবগী পাউ নিংথৌদা তম্নরে।

লৈবাক্কী অৱাবা কোকহনবগীদমক হৱাওরবা নিংথৌনা মহাক্কী লৈজবা লন- থুম পুম্নমক্কী তঙ্খায় অমা শীদুনা অপঙববু ইকাই খুম্নরম্মী।

হৌজিক্তি অপঙবা অমসুং মপুরোইবা নীংজবী নুপী লৈবাক অদুদা অনীশুবা লৈম- নিংথৌগুম নুঙাইনা পানখিরম্মী।

***

উ অকংবা শীংওইনৈ
মী অপঙবা লাল্লোইনৈ,
লোয়নবদি অপঙবা মীগা
খেন্নবা লৈতবনি অশিবগা।

# মীনাই অঙাং

মমাংঙৈ মতম অমদা চীংখোঙ তুরেল অমগী মপান্দা খুল অমা পাল্লম্মী। খুল অদুগী লুচিংবা কোকচাউ হায়বা থৌনা- লৌশিং চাউবা নুপা অমগী লমজিং মখাদা খুঞ্জাশিং ঈংনা পান্নবম্মী। খুলগী লমখৈ অকোয়বা মায়কৈ মরিমক্তা লমহাং- লমজাউ মরাং কায়না লৈবনা মখোয় য়ৈখাই- থিনগাই য়াওদনা, শা- লানগী অকি- অখং খণ্ডদনা লৌউবগী থবক মনীং তম্না শূবা ঙমজরম্মী। মখোয় খুঞ্জাউ-লৈজাউরকপগীদমক চাউথোকচরম্মী।



অপানবীনা মৌপ্পা পোরগা লৌ যাল্লম্মী।

## মীনাই অঙাং

তাইবং পুন্সি খোঙচৎতি অকা- অকুম নাইবনি। খুল অদুগী মথক্তা অব্রাবগী লৈচিল থাবা হৌরকপ্রে। ইখঙ খঙহৌদনা কোকচাউ অমদি মহাক্কী নুপী লৈরিক নৌরিবী মমোম অমগা মপারী অমগা হুন্দোক্লক্লগা নোঙ্গাখ্রে। নুপী মচা অদুগী মমিং অপানবী কৌরম্মী, নুপামচা অদুগীনা চাউথোই। অপানবী চহী তরাহুমদোই হায়রক্রে, অদুগা চাউথোইনা মরি। অপানবীনা মৌপ্বা পোরগা লৌ য়াল্লম্মী, খুল্লং চৎলগা লৌ পাল্লম্মী অমসুং লোক্লম্মী। অহীং অহীং চাউথোইনা নিঙাই তৌরকপদা মচেম্না মতম অমদা মখোয়গী মপানা অকন অথৌ ওইরম্বগী ব্রারী শৈথাদুনা নাউথেম ঈশৈ ওইনা শক্লম্মী। অসুম নাউথেম ঈশৈদু তাবা তোয়মল্লকপদগী চাউথোইনা চহী মঙা শুরকপা মতমদদি ফজনা শকপা হৈরে।

চহী অমা লৌগী মহৈ- মরোং পূম্নমক মরেক থীনা তাবদগী ওল্লকপা মথং চহীদদি চাক তাঙখি। খুঞ্জাশিং ময়ুম থাদোক্তুনা থাপ্ল- থাপ্লবা মফমদা চত্তুনা ফৌ- চেঙ থিনরম্মী। অপানবীসু মৌপ্বাবু মনে থোকপা হনুবী অমদা শিন্নরম্লগা অহলশিংগী তুং ইন্দুনা য়াম্না থাপ্লা খুল অমদা চেঙ থিবা চৎলম্মী। পাৎ, তুরেল কয়া লাল্লবা তুংদা অচৌবা খুল অমদা মখোয় থুংলুরে। মখোয় ময়ামদু ফৌকৈ থন্না লৈবা ইমুং খবদা চঙজফম লৌনরম্মী। অপানবীখোয়গী কাঙবুনা থুংলুবা ইমুংগী য়ূম্বুরেন্দু থৌজান হৈবা মীশক ওইরবসু চেঙ-ফৌ পুজগে হায়বদি খক য়ারমদে। ওল্লকপা চহীদা মথোইগা লোয়ননা শিংজরগে হায়বদা য়ূম্বুনা ফৌ লাইতং অমা ফাওবা পীবীদ্রে। থাজবা কয়াগা লোয়ননা য়াম্না ব্রানা লাকখিবা খুল্লানবা লমলানবশিং নীংবা কায়নরে। মখোয়গী মচা মশু, অহল ওইরবা মমা- মপাশিং করি চাদুনা হিংগদৌরি। ময়ামনা ব্রাবদগী খরা হেন্না ব্রাজখিবদি অপানবী হায়বী নুপী মচা অদুনি, পিক্লিবা মৌপ্বানা করম্না হিংলমগনি খনবদা মীকুপ অমা লৈফম খঙলমদে।

খুল্লানবশিংনা কন্না হায়জবদগী য়ূম্বু ইনাক খুনবদু মমৈথংদা য়ানীংবা উৎলকখি। তৌবতবু মহাকসু ময়ামদগী নিজবগুম ব্রাফম অমা থাঙ্গৎলক্লে।

"ফরে অদুদি, নখোয়না পুবা ঙম্বা চেঙ- পোৎ অমমম লেম্না পীরগে।" য়ূম্বুনা হায়রম্মী , "অদুগা ঐনা নিজবা পোৎশক অমদি নখোয়না পীবীরম্বা তারে।"

ময়াম হরাওনা হংলকখি, "করিনো পাম্বীরিবদু, ঐখোয়না নঙোন্দা কচ্চরম্বা ঙমগদবসিবো?"

য়ূম্বুনা মখা তারম্মী, "অপানবী কৌবী লৈশাবী মচা অমা নখোয়গী নরক্তা য়াওরি, মাবু ইচানুপা অহনগীদমক ইমৌ ওইজনবা নিজরি। মহাকপু য়ুমসিদা থম্বীরল্লো।"

খুল্লানবা ময়ামদু তুমিন তুমিন লৈনখ্রে , কনানা পাউখুম পীবা ঙমগনি? অপানবী ময়ামগী ব্রাখল উরম্মী। লমদম তাম্না লৈহৌরবা পিক্লিবা মৌপ্বাগীদমক ব্রাবগী চাং অসুম অসুম হেনগৎলকখি। মহাক মীৎকী পি থিংবা ঙল্লমদে।

খুল্লানবা অহল অমনা য়ূম্বু নুপাদা হায়রম্মী, "পুকচেল চাউরবা ইতাও, নুপী মচা অসিগী মমা- মপা লৈত্রে। ঐখোয়গী মরকসিদসু ব্রাফম অদু লেপ্পবা ঙম্বা মাগী মরী- মতা কনাসু য়াওদে। মশাগী অয়াবা য়াওদ্রবদি ঐখোয়না নমদুনা য়োম্হোক্লম্বা তারগনি। মাগী মমল ওইনা করম্না ঐখোয় নঙোন্দগী চেঙ পুদুনা চৎখিগনি, য়াম্না লুবা ব্রাফম্নি।"

ইনাক খুনবা য়ূম্বুদু ইকাইবা নংলবগুম মরু লুক্না ব্রাখল তৌরম্মী। মতম অদুদা অপানবীনা খল্লম্মী — 'ময়ামসিনা চেঙ পুদনা হনখ্রবদি খুলদা লৈহৌরিবা হনুবা হনুবী অমদি অঙাং পূম্নমক হিংবগী ব্রা লৈত্রে, শিরগনি। মখোয়দুগী মরক্তা চাউথোইসু য়াওখ্রগনি, হৌজিক করি খুমসিগে?'

য়ূম্বুনা হায়রম্মী, "চুম্মি, ঐগী ব্রাফমসি ওইজবা থিবা মীগী ব্রাঙাঙনি। ময়াম্না নুংশিবীদ্রবদি ঐগী ইকাইবা অমুক কোকপা ঙম্লরোই।"

খুল্লানবা অহল মখা তারকখি, "ফরে ইতাও, ঐখোয় নুপী মচাসিদা অমুক্তং হংদুনা য়েংখিগে।"

"হোয় ইতাও, অদুনি ঐনা খনবসু। মাবু থেম্বীয়ু। মানা য়ারবদি আ খুন্দা লৈহৌই হায়বা মৌপ্পা অদুবুসু য়ূমসিদা থিনবীরকউ, মাবু নুংঙাইনা লৈহনগনি।"

লাকমিন্নবা খুল্লানবা নুপীশিংনা অপানবীবু ময়ামদগী তোখাই তানা কৌথোক্লগা মপুক্লীংগী ব্রা হংলম্মী, "ইবেম্মা, নঙ করি খল্লি, নঙনা য়ূমসিগী মৌ ওইরগা ঐখোয় পূম্নমক্কী থব্রায় কনবীররোইদ্রা?"

অপানবী কপ্লম্মী, অদুগা তপ্না খুম্লকখি, "ঐনা ময়াম্বু খজিক্তং ওইরবসু তেংবাংবা ঙমজরবদি য়াম্না লাইবক ফরবনি। অদুবু ঐ ইপ্পাদুবু হুন্দোকপদি ঙমজরোই।"

অপানবীগী পাউখুমদা লাকমিন্নবশিং হরাওনরে। মফম অদুদা চাউথোইবু য়াম্না থুনা থিনবীরকপা হায়বা ব্রাফমদা য়ানরগা মখোয় পূম্নমক চেঙ- পোৎ অমমম পুরগা ময়ূম মায়কৈ পাংলক্লম্মী। চৎমিন্নখিবা ময়াম পূম্নমক্না হন্নরক্লগা মচেনা য়াওরক্তবদা পিক্লিবা চাউথোই কপ্পুনা লৈখি। অঙাংনা মচেবু তত্তনা কৌরকপদা খুঞ্জাশিং নুংঙাইনরমদে। মচেদি মীৎনা উবা ফংলরোইদবা, চৎপদা য়ৌবা ঙম্লরোইদবা, কৌবদসু খক তাররোইদবা লমদম অমদা ময়ূম পানখ্রে, মাবু নীংশিংলুরনু হায়না ময়াম্না থেল্লম্মী। চাউথোইগী অব্রাবা হম্থখিদ্রে, চাও- থকউ হায়বা য়াদনা পম্লোঙদা ফমদুনা মচেনা হল্লকপা ঙাইদুনা লৈখ্রে। ফিভম অসিদা খুলগী অহলশিংনা মাবু য়াম্না থুনা মচেগী মনাক্তা থিল্লুনবা খন্নরম্মী। মরম অদুনা, অহলশিংগী থৌদা মতুং ইন্না নুপা অনীনা অঙাংদুবু মচেগী মনাক্তা থিনবা লাক্লম্মী।

নুমিৎ হুম্নিগী তুংদা মখোয় অপানবীনা ময়ূম পালহৌবা খুল যৌরে। অব্রাবনি, খুল অদদা মী অমত্তস্ লৈরমদরে, য়ূম অয়াম্বা ঊৎকী মপৈ ওল্লম্লে। খুত্তাক লানশিবা হায়বদুনি।

# মীনাই অঙাং

লাঞ্জেন্নখ্রে হায়বা নুপা অনীনা খঙলে। হৌজিক মখোয়গী চেঙজেন লোইশ্নবনিনা খুল অমা ফংদ্রবদি চরা হেনবা তারবনি। মখোয় লাইবক য়েংবা ওইনা নোংপোক মায়কৈ পাংনা চৎলম্মী। অঙাং চাউথোই ব্রাবনা মখোঙ থাংবা গুন্নক্রুবা মতমদা খুল অমদা থুংলুরে। মফম অদুদা মখোয় নুমিৎ নীনি পন্দুনা অপানবীগী মরী মখোঙ লীরম্মী। অদুবু কনানসু খঙঙি হায়রকখিদ্রে। মমৈথংদা নুপা অনীদুনা লোন্না ব্রাতানরগা চাউথোইবু ইনাক খুনবা নুপা অমদা মীনাই ওইনা য়োঙ্থোক্লম্মী। মখোয় অনীনা হনখ্রবা তুংদা চাউথোই মীনাই ওইরে হায়বা খঙলকখি।

মরম ওকপা, হায়বা ইনবা অঙাং ওইরবসু চাউথোইবু ইমুংগী মীশিংনা তাথীনা তৌবীরম্মী। মাবু পুক থন্না খক পীজখিদে, শান্নবগী মতমদি লায়রদনা তৃম্বগী মতম ফাওবা মপূং ফানা ফংজরমদে। মা ব্রামল্লকপদগী মচেবু য়াম্না ব্রারৌরম্মী।

নোংমা যূম্বু নুপানা চাউথোইবু খুল অমদা চৎলুসি হায়না পুরকখি। অচৌবা তুরেল অমগী হিথাংফম য়ৌরকপদা মখোয় পোখাদুনা ফল্লম্মী। ইকুই কুইদনা হিদিঙ্গা লল্লোনবশিংগী হি ময়াম অমা মথং মথং থুংলখি, তোর্বান্দা মী য়াম্না পৈরে। যূম্বুনা চাউথোইবু নীলাম লাউদুনা য়োল্লম্মী। চাউথোইগী মমল ওইনা শেল মঙা ফংখিবা যূম্বু নুপা য়াম্না হরাওনা ময়ূমদা হনখ্রে।



*যূম্বুনা চাউথোইবু নীলাম লাউদুনা য়োল্লম্মী।*

# মীনাই অঙাং

অঙাং চাউথোক্লই চহী খরা হিদিঙ্গা ললোনবশিংগা লোয়নরম্মী। চহী তরাগী অঙাংদুবু মখোয়না অহলগুম থবক শিজিন্নরম্মী। অদুগী মথক্তা মখোয়না মাবু মফম খুদিংমক্তা শেন্দোং তান্দুনা য়োনখি।

অসুম্না নাইথাং তরুক শুরকপা মতমদা চাউথোক্লইগী মমল শেল তরা য়ৌগ্রে, চহীসু তরাহুমদোই শুরক্তুনা পুংকক চাউরক্লে। মপুশিংনা থবক তৌহনবা মতমদা মঙোন্দা চৈখি, কাতন হায়না ফুবীখি, ওৎপীখি। অদুবু য়োনবা মতমদদি মরম ওকপা, হায়বা ইনবা, য়াম্না হৈ- শিংবা অঙাং অমনি হায়না শীংথাখি, থাগৎখি। মতৌসি মুন্না য়েংলগা মা মশামক্তি তাইবং মীদগী তোঙানবা জীব অমরা হায়না খঞ্জরকখ্রে।

চাউথোইনা ইকোন কোন্না লৈরুবা ইমুংদু মহে- মরোং লল্লোনবগী থবক তৌরম্মী। য়ুমদুদা অতোপ্পা মীনাই অনীসু লৈরম্মী। মখোয়দি অহলনি। মীনাই অনীনা হায়বা থবক্তু মানা তৌরম্মী। য়ুম্নু মতৈ- মনাওগা মায়োক্লনা ব্রারী শানবগী তাঞ্জা মঙোন্দা ইপী পীরমদে। মাগী মরু ওইবা থবক্তি তুরেলদগী ঈশিং হোনবনি। অদুবু মরক মরক্তসু অঙাং নাউরোইহল্লম্মী।

নোংমদি চাউথোইনা অচৌবা পুন অমদা তুরেলদগী ঈশিং পুদুনা লাকপদা মঙোক দগী খরা হেন্না চাউবা নুপামচা অহুম্না লম্বী থৎলম্মী। মাগী ঈশিংদু মুল্লগা মখোয়গী পুন্দা হৈবম্মী। হায়জবা করিসু তাবীদনা মাবু অমুক ঈশিং শোক্লুনবা মখোয়না নম্ফুদা চেলহনখি। হন্দক পুরকপা ঈশিংসু নুপা মচা অহুমদুনা মুনখ্রে। মথং অহুল্লকশুবা, হুমাংনা মশা পুম্না চোৎনা শোকচরুবা ঈশিংদুসু মুল্লগা নুপা মচা অহুমদুনা চেকশিন ব্রা হায়রকখি, "হৈ মীনাই মচা, নঙগী ঈশিং মুল্লি হায়না নঙগী য়ুম্নুদা তন্নবদি ঐখোয়না নঙবু হাৎকদবনি।"

চাউথোইনা য়ুম য়ৌরকপা মতমদা মীনাই অহলশিংনা মাবু অদুক য়াম্না থেঙলক্লিবা করিগীনো হায়দুনা চৈবীবতা নত্তনা ফুসু ফুবীরম্মী। অতনবা মীদি চাক পীজরোইদবনি হায়বা য়ুম্নুগী ব্রা ঙাক্তুনা মখোয়না মাবু নুংথিল চুপ্পা চরাম্লনা খাঙহনখি। নুমিদাংব্রাইরম য়ৌরকপদা মীনাই অহলনা য়ুম্নুরেম্বীগী মচা অতোম্বা, চহী অনীগী অঙাং পুরক্তুনা চাউথোইদা পোরগা নাউরোই নাউশেন্নবা শিন্নরম্মী। কুইমন্না পোরকপগী ব্রারবা চাউথোইনা হৈনৌ পাম্বীগী উরুমদা হঙ্গৎ হন্দা চৎতুনা নাউশুম ঈশৈ শক্লম্মী।

ইপাগী মশক খঙহৌদে  
মমিংদি কোকচাউ কৌই হায,  
ইমাগী মশক উহৌদে  
মমিংদি লৈরিক কৌই হায়,  
ইপাদি অথৌবা লুচিংবনি

মীনাই অঙাং

ইনাকসু য়াম্না খুল্লম্মী হায়।
ইমাগী শক্তি লাইরেম্বীনি।
থৌজানসু য়াম্না হৈরম্মী হায়।

চাউথোইনা ঈশৈসি শক্লগা মমীৎতগী শিঙ্ঘরকপা পি ফিজিনা তৈথোকপদু য়ুম্নুরেম্বী থোঙনাউদগী য়েংলম্মী। চাউথোই ঈশৈ মখা অমুক তারকখি।

ও! ইচে অমা লৈরম্মীকো!
মমিংদি অপানবী কৌবনিকো,
আ! মানা ঐবু কাউথ্রবকো!
লমদম কৈদবু লৈরমগবকো!

য়ুম্নুরেম্বী মপান্দা চেম্থোরক্লে, অদুগা চাউথোইদা হংলম্মী, "নুপামচা, ঈশৈ অদু নঙোন্দা কনানা তম্বীবগে?"

চাউথোই হিক্লা হিক্লা য়াম্না ইকাইনা মপি তৈথোক্লাগা খুম্লকখি, "ইচেনা তম্বীরম্বনি।"

য়ুম্নুরেম্বী খঙহৌদনা কপখ্রে। "ইচেগী ইবুংঙো" হায়দুনা চাউথোইবু চেৎনা কোনবীরম্মী। য়ুমগী মী পুম্নমক ইঙক ঙক্লা য়েংনরম্মী।

অসিগী তুংদা অমুক হন্না মীনাই ওইখিদ্রবা চাউথোই মচেগী য়ুমদা নুংঙাইনা লৈখি।

***

ইচেদি অনীশুবা ইমানি
অপোকপী পলেমদগী তাদবীনি
মপাম লমদমগী ৱাজবীনি
শাগৈ অনীগী ল্যাংদাইনি।








| | |
|---|---|
| পোক্লফম | - ককচাং |
| পোকপগী চহী | - জুলাই ২২, ১৯৪৪ |
| অপোকপা | - ক্ষেত্রি কুন্দ্র সিংহ |
| অপোকপী | - ক্ষেত্রি ওংবী হেনৌবী দেবী |
| লোয়নবী | - ক্ষেত্রি ওংবী নলিনী দেবী |
| মচা | - ৬ (নুপা ২, নুপী ৪) |
| মহৈগী থাক | - এম. এ., বি. এদ., সাহিত্যলঙ্কার (হিন্দী) |
| শিনফম | - পোথারবা হায়স্কুলগী হেদমাষ্টব |
| ফংখ্রবা সাহিত্যগী মনা মশীং | - ৭ |

**অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং**

| | |
|---|---|
| Where is our living | - ১৯৭৫ ৱাবেং |
| লোৎলুবা চিঠি | - ১৯৯৯ উপন্যাস |
| হিংলম্লনি ঐ মাগীদমক | - ২০০০ উপন্যাস |
| ফিরেপ | - ২০০২ উপন্যাস |
| ঐ | - ২০০৫ উপন্যাস |
| নঙবু ঙাইবদা | - ২০০৯ উপন্যাস |
| ৱারী লীবিয়ু পুপু | - ২০১০ ফুঙ্গা ৱারী |